# বঙ্কিমচন্দ্র নৈনবা ৱারেং



নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
ইম্ফাল

# চন্দ্র নৈনরা ঝারেং




সম্পাদক

হিজম গুণ সিংহ



নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

ইম্ফাল

# BANKIMCHANDRA NEINABA WARENG

**a collection of critical essays on Bankimchandra Chatterjee**






অহানবা ফোঙবা : জুলাই ১৯৯২ ইং

কোপী মশীং : ১০০০

ফংফম থোকপা : নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৩০.০০

# অফোঙবগী মায়কৈদগী ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবশিংগী পুন্সি অমস্তুং সাহিত্য নৈনবা লাইরিক সমিতিনা মথং মথং পুথোকচল্লে। অহুবু ভারতকী খুৎমাবা অইবশিংগী পুন্সি অমস্তুং সাহিত্য নৈনবা লাইরিকতি অমতা পুথোকখিদ্রি। হৌৱম অসোমদা য়েংলুরগদি মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা অচৌবা অৱাৎপা অমা লৈরি হায়বা তাই। মীৎয়েং অসিদা পুথোকচবনি, বাংলা লোনগীতা নত্তনা ভারত সাহিত্যগী ওইনস্তু খুৎমাবা অমস্তুং অথোইবা উপন্যাসকার অমা ওইরিবা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী পুন্সি অমস্তুং সাহিত্য নৈনবা লাইরিক, 'বঙ্কিমচন্দ্র নৈনবা ৱারেং'। শ্রীলমাবম গোজেন্দ্র সিংহনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরিঙৈ সমিতিনা ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর, কলিকতা অমস্তুং ডাইরেক্তরেৎ ওফ সোসিয়েল ৱেলফিয়ার, আর্টস এন্দ কলচর, মণিপুর সরকারগী মতেংগা লোয়ননা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মরমদা সেমিনার অমা ওক্টোবর ১-২, ১৯৮৯ ইংদা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়নগী হোল, ইম্ফালদা পাঙথোকখি। মণিপুরগী মন্নুং অমস্তুং মপালগী অথং-অহৈ মাপলনা চে পাথোকখি। চেশিং অহুনি লাইরিক অসিদা য়াওরিবসি। শেল-থুমগী খুদোংচাদবা লৈবনা সেমিনার অহুদা পুথোকখিবা নীংশিং-চেফোঙদা য়াওখিবা ৱারেংশিং অহুদি লাইরিক অসিদা হাপচবা ঙমখিদ্রে। ৱারেংশিং অহু য়াওরম্লগদি লাইরিক অসি হেন্না মপুং ফারমগদবনি। অহুবু বঙ্কিমগী পুন্সি অমস্তুং সাহিত্যগী মৱম নৈনবদা লাইরিক অসিনা খরগীমথৈদি মতেং ওইরগনি হায়না সমিতিনা থাজে।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং ইবিরিবা সর্ব্বশ্রী নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ, চোংথাম মণিহার সিংহ, অরিবম কুমার শর্ম্মা, লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ, নহাকপম অরুনা দেবী, খুদিরাম দাস, বিরজিৎকুমার দত্ত, কানক কান্তি দে অমসুং সিপ্রা সিনহাগী মফমদা সমিতিগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মপালগী অথং-অহৈশিংনা ইংরাজিদা ইবা ৱারেংশিং মণিপুরীদা হন্দোকপগী থৌদাং লৌবিবগা লোয়ননা লাইরিক অসিগী ইদিটর ওইবগী লুম্নবা থৌদাংসু লৌবিরিবা শ্রীহিজম গুণ সিংহগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মথংদা থাগৎচনীংই, শরৎচান্দ থিয়াম, মহাক্না থরায় হকচাং য়াওনা ইদিটরগী মতেং পাংবিরমদবা তারগদি লাইরিক অসি পুথোকপদা ৱানা থোক্লমসু য়াই। লাইরিকসিগী মথুম ওইরিবা বঙ্কিমগী লাই য়েকপিরিবা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ, সেমিনার পাঙথোকপদা খুৎশম্নখিবা অমসুং মতেং পাংবিখিবা ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর, কলকাতা, ডাইরেক্তরেৎ ওফ সোসিয়েল ৱেলফিয়ার, আর্টস এন্দ কলচর, মণিপুর সরকার, লাইরিক অসি ফোঙনবা শেলগী তেঙবাঙ পীবিরকখিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমদি লাইরিক অসি নম্বগী থৌদাং লৌবিরিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী মীওইশিং খুদিংমকপুসু সমিতিগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

পাবিরিবশিংনা অশোয়-অঙাম থেংনবিরবদি তাকপিরকউ। মথংগী খুৎনমগীদমক পুক্নিং-লৌশিং ওইজগে।

লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ

২ নি চনবা জুলাই, ১৯৯২ ইং — জেনেরেল সেক্রেটরী

# সম্পাদককী ৱারোল

বাংলা সাহিত্য অমসুং সমালোচনাবু অনৌবা য়াওন অমদা পুবকনবা হোৎনবদা মায়পাকখিবা, "বন্দে মাতরম" মন্ত্রগী ঋষি, বাংলা সাহিত্যগী মকোক থোংবা উপন্যাসিক অমা ওইখিবা অমসুং "সাহিত্য সম্রাট" হায়না খঙনখিবা, বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মরমদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা শিন্দুনা খুঃ কুম ১৯৮৯ গী ওক্তোবর থাগী তাং ১ অমসুং ২ নুমিৎ নীনি চুপনা ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্তর, কলকাতা, মণিপুর সরকারগী আর্টস এণ্ড কলচর ডিপার্টমেন্ট অমসুং নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, অহুম অসিনা খুৎশয়মদুনা পাঙথোকখিবা সেমিনারদা মণিপুর মন্নুং অমসুং মপানগী অখণ্ড-অহৈশিংনা থিজিল-হুমজিল্লগা পুথোকখিবা চে-শিংদা নৈনখিবা বঙ্কিমচন্দ্রগী সাহিত্যগী, কলাগী, মরু ওইনা উপন্যাস অমসুং সমালোচনা সাহিত্যগী য়াম্না কুপ্পবা অমসুং ৱাখল চঙলবা অনৌবা মিৎয়েং কয়া য়াওরিবশিং অসি সাহিত্যবু পামজব-শিংদা অমসুং সাহিত্যগী মহৈরোইশিংদা শোয়দনা কান্নহনগনি খল্লদুনা সমিতিনা চে'শিং অসি থোমজিল্লগা লাইরিক ওইনা পুথোকসি লেপ্লখিবনি। সেমিনার অসিদা শরুক য়াবীখিবশিংগী মন্নুংদা মরী অমদি মণিপুরগী মপানগীনি। মথোয়গী চেশিং ইংরাজী লোনদা পুথোকপীখি। লাইরিক ওইনা পুথোকপদা ইরোনদা পুথোকপনা হেন্না কজগনি, অসিগী মথক্তা ভারত সংবিধানগী নিপালগুবা সিড্যুলদা ইরোল অসিবু চলহন্নবগী হোৎ-নবসিদসু অচোবা পান্নমকমগী শরুক অমা ওইগনি খনবদগী ইংরাজীদা ইবশিং অসিসু ইরোলদা হন্দোকচরি। মসিগী থৌদাং

অসিমন্থু লাইরিক অসি সম্পাদন তৌবগী মথক্তা ঐবু পাঙ-থোকচৌ হায়না ঐঙোন্দা শিন্নবী।

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গুম্বা যুগ পুবা সাহিত্যিক অমগী মরমদা ইরকপা চে-চাংশিংবু সম্পাদন তৌবা অতুগা ইংরাজীগুম্বা লোন অমদা মাগী মতৌক মগুণ দোষ গুণগী রাফম কয়া ইবশিংবু ইরোন্দা হন্দোকপা অরাইবা থৌদৌ নত্তে। ইপা থুংলরোই-দৌবা ঐগী থৌদাংনি খঙনা খঙনা থবকসি পায়জরুবা সমিতিগী য়াথং অতুতবু ঙাকচবগী ভাবতনি। ইথৌদাংসি মপুং ফানবা হোৎনবদা অখণ্ড-অহৈশিং কয়াদা চঙজখি, মখোয়গী পাউতাক ফিগাউ শানা লৌজখি। অতুমকপু অশোয় অঙাম কয়ামরুম য়াওরমখিগনি। মসি পুন্নমক ঙাকশ্লিনবা ময়ামগী মফমদা চঙজরি।

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মরমদা খঙদবা মী পংয়াম য়াম লৈরমগনি হায়বা থাজদে অতুমকপু থোইদোকনা হৌরকলিবা নহারোল মহৈরোইশিংগী য়েংহুনা য়াম্না তেম্না মাগী পুন্সিগী রাফম থরদং থমজরি।

মহাক যাদবচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অমসুং দুর্গাশুন্দরী অনীগী অহুমশুবা মচানুপানি। খৃঃ কুম ১৮৩৮ গী জুন থাগী তাং ২৬ তা চব্বিশ পরগণাগী কাঁটালপাড়া কৌবা খুঙ্গং অমদা পোকলমই। মপা মপুশিংগী হৌরককমদি হুগলী জেলাগী দেশমুখো কৌবা খুঙ্গংদনি। বঙ্কিমগী মপা পোকপা মপুগী মপা রামহরিগী মতমদা কাঁটালপাড়াদা হোংলকখিবনি। মহাক্কী মমাপোকপা মপূবোক অফাওবা পণ্ডিত ভবানীচরণ বিদ্যাভূষণ হায়বহুনি। মশাগী চহী মঙা শুরকপদগী শাগৈগী পুরোহিত বিশ্বম্ভর ভট্টাচার্য্যনা লাইরিক ভম্বীবা হৌখি। মপানা ডেপুটি কলেক্টর ওইনা মেদিনীপুরদা থবক মফম তাবদগী মকমহুগী ইংরেজী স্কুলদা মিং চন্দুদা লাইরিক তমথরমই। খুজংগী পাঠশালাদদি মহাক খক চংখিদে। ইংরেজী স্কুলসিগী হেড মাষ্টর, ইংরেজ মচা, টীড সাহেবনা মাবু ইংরাজী

লোন তম্বীবা হৌখি। খৃঃ কুম ১৮৪৯ দা কাঁটালপাড়াদা হল্লক-লগা নারায়ণপুর খুঙ্গংদা লৈবী অঙাং ওইরিবী মুপীমচা অমগা লুহোংলমই। চহীসিমক্তদা হুগলী কোলেজদা লাইরিক মখা তমথরমই। সংস্কৃত শ্লোক অমস্থং বাংলা কবিতা তমখিবসি কাঁটালপাড়াগী শ্রীরাম ন্যায়বাগীশ কৌবা অফাওবা পণ্ডিত অমদনি। পণ্ডিত হলধর তর্কচূড়ামণিনা মহাভারতকী ৱারী লীবী-রমই। নৌরিবা বঙ্কিমচন্দ্রগী মপুকনীংদা শ্রীকৃষ্ণগী ফিদমনফম ওইবা ৱারী শিংবুন কয়া মতমথুদগী হৌনা মমি তাবা হৌখি। হুগলী কোলেজদা মুতিগী ওইনা মনাওমুপা অতোনবা পূর্ণচন্দ্রগা গঙ্গা তুরেল লান্দুনা চংমিম্নে। কোলেজসিদা জেনেরেল ইফি-সেন্সীগীদমক মহাক মনা মথুম ফংখি। খৃঃ কুম ১৮৫৩ গী বৃত্তি পরীক্ষাদা মকোক থোংদুনা থাদা বৃত্তি লুপা নিপান/নিপান ফংলমই। মথংশিংদা খৃঃ কুম ১৮৫৫ কী বৃত্তি পরীক্ষাদস্থু অমুক বৃত্তি ফংলমই। খৃঃ কুম ১৮৫৬ কী পরীক্ষাদদি মানা থারিবা পরীক্ষা অমুতা নত্তনা অতৈ পরীক্ষাগী ফল মন্নামতু য়েংলগা মঙোন্দা চহী অনীগীদমক লুপা কুনগী বৃত্তি পীরমই। খৃঃ কুম ১৮৫৮ দা মহাক্না কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী অহানবা বি-এগী পরীক্ষাদা খ্বায় পুন্নমক্কী মকোক ওইখি। প্রেসিডেন্সী কোলেজদা আইন তমনবা মিং চল্লুরগা মথা তমথখিদে মরমদি মহাক খৃঃ কুম ১৮৫৮ গী আগষ্ট তাং ৬ তা ডেপুটি ম্যাজিষ্ট্রেট অমস্থং ডেপুটি কলেক্টরগী ফমদা থবক তৌবা হৌরমই। খৃঃ কুম ১৮৬৯ গী জানুৱারীদা প্রেসিডেন্সী কোলেজদগী বি-এলগী পরীক্ষা থাখি অমস্থং অহুমশুবা তাদুনা পাস তৌখি।

চাকরি তৌনা তৌনা লাইরিক লাইস্থু কন্না পাদুনা মশাগীতা নত্তনা জাতিগী চাওখৎনবগী মরমদা কন্না হোৎনরমই। ধর্ম, সমাজ, শাজং-লীচংগী মরমদা থিজিল্লমই। মতমসিদা মহাক মশাগী তুংদা লাকদৌবা ৱাখল্লোনগী লম্বী য়াংখিরমই। মশাগী থবক থানাদা

য়ায়া মথৱায় য়াওবা, অচুম্বা তৌবদা হনবা নাইদবা, লুট পাৎ-নচিংবা নমথনবা হোৎনবদা ইচং থৌবা মীশক অমা ওইরমই। মসিগী মরমদা মহাকপু মতমত্তুগী সরকারগী রিপোর্টতা অস্নুমনা শীংথাখি—

"He rendered good service in a number of districts and also acted as Personal Assistant to the Commissioners of the Rajshahi and Burdwan Divisions. In June 1867, he was Secretary to a commission appointed by Government for the revision of the salaries of ministerial officers. While in charge of Khulna Sub-Division (now a district) he helped very largely in suppressing river dacoities and establishing peace and order in the eastern canal" —Bengal under Lieutenant Governors, Vol. II, P. 1077.

খৃঃ কুম ১৮৫৯ দা বঙ্কিমচন্দ্র মাগী মুপীগা কায়নৈ। খৃঃ কুম ১৮৬০ জানুৱারী থাদা মহাক যশোহরদগী মেদিনীপুরগী নেগুঁয়া মহকুমাদা (হৌজিক্কীনা কাঁথি) ত্রানসফর তৌরমই। কুমসিগী জুন থাদা হালি সহরগী মমিং চংলবা চৌধুরী শাগৈগী নিংভোল রাজলক্ষ্মীগা লুহোংই। রাজলক্ষ্মী মপুরোইববু য়ায়া নীংজবী মুমুবী ওইখি। বঙ্কিমনা মাগী মরমদা অস্নুয়া হায়রমই, "ঐগী পুন্সিগী বা ইবা তারবদি মাগীস্তু ইফম থোকই। মহাক য়াওরমদ্রবদি ঐ করি ওইরমগদগে ঐ হায়বা ঙমদে।" (বঙ্কিম প্রসঙ্গ—লামাই ১৯৪) খৃঃ কুম ১৮৫৩-৫৬ চহী মরীসিদা মাগী য়াবেং-শৈরেং কয়ামরুম কবিবর ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্তনা "সংবাদ প্রভাকর" অমস্তুং "সংবাদ সাধুরঞ্জন" কৌবা চেফোঙশিংদা ফোঙদোকলমই। খৃঃ কুম ১৮৬৪ দা খুলনাদা থবক মফম তারিদৈ কিশোরীচাঁদ মিত্রগী Indian Field হায়বা চেফোঙদা Rajmohan's wife' (রাজ-মোহনগী মুপী) হায়বা ইংরাজীদা ইবা উপন্যাস মথং মনাও

নাইনা ফোঙলমই। উপন্যাস অসিগী অহানবা শরুকী মতাং তরেৎ ফাওবা বাংলাদা মখুৎমকনা অনুবাদ তৌরমই।

খৃঃ কুম ১৮৬৩-৬৪ দা খুলনাদা লৈরিঙৈ "দূর্গেশ নন্দিনী" ইরমই। খৃঃ কুম ১৮৬৫ দা ফোঙদোকলমই। খৃঃ কুম ১৮৬৬ "কপাল কুণ্ডলা" ফোঙলমই। চহী অহুম লৈরগা খৃঃ কুঃ ১৮৬৯ দা "মৃনালিনী" ফোঙই। অহুমসি ফোঙবদগীদি বাংলা লোনগী ফজবা নিংথিবা মহাউ মী পুন্নমক খঙবা হৌরকলমই।

বহরমপুরদা লৈরিঙৈ ( খৃঃ কুম ১৮৬৯-৭২ দা ) উপন্যাস ইবতা নত্তনা মহাক সাহিত্য সংস্কৃতিনা য়ুমফম ওইরগা সমাজ-রোমদা য়েংবা হৌরকলমই। Bengal National Science Association দা "On the origin of Hindu Festivals" অমসুং "A popular literature of Bengal" কৌবা নিবন্ধ-শিং অসি পাথোকখি, মথংদা "ট্রানজেক-সানসে" হায়বা এসো-সিয়েসনগী মুখপত্রদা য়ারেং অনীসি ফোঙদোকলমই। Calcutta Review দা ( ১৮৭১ ) Bengali Literature 3 Budhism and Sankhya Philosophy কৌবামা চিঠিগী মওংদা ইবশিং ফোঙলমই।

অসিগুম্বা য়ারেং নিবন্ধ কয়া অমসু লৈরি।

খৃঃ কুমঃ ১৮৭২ দা মশানা সম্পাদক ওইহুনা "বঙ্গদর্শন" চহী মরী ফোঙখি। রবীন্দ্রনাথকী মশাগী লোন্দা মসিবু অস্মুন্না শীংথাখি, "বঙ্কিমগী বঙ্গদর্শন পুথোকপদগী মসিনা বাঙালিশিংগী থম্মোয়বু অথাকপা লৈতনা হুগ্রে।" মতাং অসিদা মাগী সাহিত্য জীবনদা উপন্যাস থাদনা ফোঙদোকখিবা লাইরিকশিং মথাদা পীজরি।

১। ললিতা — ১৮৫৬ (ফোঙবা)

২। লোকরহস্য — ১৮৭৪ „

৩। বিজ্ঞান রহস্য — ১৮৭৫ „

৪। কমলাকান্তের দপ্তর— ১৮৭৫ „

৫। বিবিধ সমালোচনা—১৮৭৬ (ফোঙবা)
৬। রায় দীনবন্ধু মিত্র বাহাদুরের জীবনী—১৮৭৭ (ফোঙবা)
৭। কবিতা পুস্তক—১৮৭৮ (ফোঙবা)
৮। প্রবন্ধ পুস্তক—১৮৭৯ ,,
৯। সাম্য—১৮৭৯ ,,
১০। মুচিরাম গুড়ের জীবনচরিত—১৮৮৪ (ফোঙবা)
১১। কৃষ্ণ চরিত্র/প্রথম ভাগ—১৮৮৬ / ,,
১২। বিবিধ প্রবন্ধ/প্রথম ভাগ—১৮৮৭ ,,
১৩। ধর্ম্মতত্ত্ব/প্রথম ভাগ, অনুশীলন—১৮৮৮ ,,
১৪। বিবিধ প্রবন্ধ, দ্বিতীয় ভাগ—১৮৯২ ,,
১৫। সহজ রচনা শিক্ষা। ,,
১৬। সহজ ইংরেজী শিক্ষা। ,,
১৭। শ্রীমদ্ভাগবতগীতা—১৯০২ ,,
১৮। Rajmohan's wife. ১৯৩৫ ,,

মাগী উপন্যাস 'মৃনালিনী' গী মতুংদা মথংশিংনা "বিষবৃক্ষ" ( ফোঙবা খৃঃ কুম ১৮৭৩ ), "ইন্দিরা" ( ফোঙবা ১৮ ৩ ), যুগলাঙ্গুরীয় ( ফোঙবা ১৮৭৪ ), "চন্দ্রশেখর" (১৮৭৫ ), "রাধারানী" ( ১৮৭৭ ) উপন্যাসশিং অসি অহানবদা "বঙ্গদর্শন" দা মথং মনাও নাইনা হাপ্পুনা মীয়ামদা খঙহনথ্রগা মথক্তা পীথ্রিবা খৃঃ কুমশিং অসিদা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকখিবনি। মথংগী উপন্যাস "কৃষ্ণকান্তের উইল" (লাইরিক ওইনা পুথোকখিবনা খৃঃ কুম ১৮৭৮) অহানবদা বঙ্গদর্শনদা মতেক থরা ফোঙথ্রবনি। "রাজসিংহ" উপন্যাস "বঙ্গদর্শন" দা মথং মনাও নাইনা ফোঙদোকলবা তুংদা লাইরিক ওইনা পাক পুথোকখিদে। খৃঃ কুম ১৮৮২ দা ফোঙদোকলকপা মতমদা লামাই ৮১ দং মপাল্লি, অনীশুরকপা ফোঙবদা লামাই ৯০, অহুগা মরীরকশুবদনা ( ১৮৯৩ ) মসিগী লামাই মশীং ৪:৪ শুরমই। মসিগী মরম মহাকনা উপন্যাসসিগী রাহৌ-

মোক্তা শন্দোকনা তাক্কুনা ইরমই। ঐতিহাসিক নাটকী চপ-চাবা মওংহু তানবা হোৎনরকপদা, ইতিহাসতা ইরমলিবা মীচং মীথায় নাইবগী রাকমশিং কয়া থেঙনবদগী অশেংবহু থিজিল্লগা উহল্লবগী হোৎনরকপদা মওং মতৌ বয়া হোংখিবদগী চাওথোক-লকপনি হায়না মশানা হায়খি। রাজসিংহ উপন্যাস হৌজিক ফাওবা নৈনবা লোইদ্রি। মথংদা ফোঙলকখিবা "আনন্দমঠ" (ফোঙবা ১৮৮২) অহানবদা "বঙ্গদর্শন" দা মথং মনাও নাইনা ফোঙগ্লবনি। মসিদা য়াওরিবা নীংতম লানগী মন্ত্রনি হায়না লৌনখিবা "বন্দে মাতরম" কৌবা ইশৈ়হুগীদমক অচুগা নীংতমবা পান্নগী ঈথিন অমা পীখিবহুগীদমক থোইদোকনা মমিং চৎলি। মথংগী উপন্যাস "দেবী চৌধুরাণী" অহানবদা "বঙ্গদর্শন" দা অনী-শুবা পন্দুপ ফাওবা ফোঙলবা মতুংদা খৃঃ কুম ১৮৮৪ দা লাইরিক ওইনা পুথোকখি। মাগী অরোইবা উপন্যাস "সীতারাম" "প্রচার" কৌবা পত্রিকাদা মচেৎ থরা ফোঙদোকগ্রবা মতুংদা খৃঃ কুম ১৮৮৭ তা লাইরিক ওইনা পুথোকখি।

অস্সুমনা মমারোলগী সাহিত্যগী খোঙচত্তা অনৌবা মঙাল অমা পীখিবতা নত্তনা মাগী মচিন থৌরবা কলমনা ধর্মগী অচুম্বা মওং, সমাজ অসি করমনা অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপা য়াগদগে অমস্তুং থোইদোক হেন্দোকনা মীথা পোল্লবা মমালৈবাকপু কনবা ওমগদগে হায়বগী মরমদা মমাংদা থক থোকখিদ্রিবা ঈথিন কয়া পীখিবা বঙ্কিমচন্দ্র খৃঃ কুম ১৮৯১ গী সেপ্টেম্বর থাগী তাং ১৪ দা সরকারগী থবক্তগী পোত্থারমই। থবক্তগী পোত্থারবা তুংদস্তু মহাক সাহিত্যগীদমক হোৎনবা থক লেপলমদে অহোইনহুম হেঙ্গৎলমই হায়বা য়াই। মাগী উপন্যাস অমস্তুং নিবন্ধ কয়ামরুম অমুক নৌহৌনা শেমদোক শেমজিন তৌহুনা ফোঙদোকলমই। মহাক নহারোলশিংগী অৱাংবা থাক্কী মহৈ মশীং তম্বগী লমদস্তু য়ান্না থরায় য়াওখিবা মীশকনি। মহাক কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী

সেনেটকী মেম্বর ওইরমই (খৃঃ কুম ১৮৮৫ দা), সেন্ট্রেল টেকসবুক কমিটিগী ইংরেজী লোন অমসুং সাহিত্য অমসুং বাংলালোন অমসুং সাহিত্যগী সব কমিটিগী মেম্বর ওইখি (১৮৯০), সোসাইটি ফোর হায়ার ট্রেনীং ওফ য়ং মেনগী (মমৈদা য়ুনিভর্সিটি ইনষ্টিট্যুট) মেম্বর ওইরমই। অতোপ্পা সংস্থান কয়াদসু মহাক য়াওরমই।

খৃঃ কুম ১৮৯৪ গী মার্চ থা অহুরাইদগী মশা ঙমলক্তবনা এপ্রিলগী তাং ৮ দা মহাক তাইবংপান থাদোকখি।

শ্রীঅরবিন্দনা বঙ্কিমনা তৌরম্বা অবদানবু শীংথাহনা ইখিবা আলোচনা অমদা অসুমনা হায়, "The earlier Bankim was only a poet and stylist—the later Bankim was a Seer and nation-builder" (খৃঃ কুম ১৯০৭, এপ্রিল তাং ১৬) অমুকসু মমৈথংদা "বন্দে মাতরম" গী মরমদা মহাকনা হায়,

'It was thirty two years ago that Bankim wrote his great song .. . .. the Mantra had been given and in a single day a whole people had been converted to the religion of patriotism .. ..'

অসিগুম্বা মীশক অমবু নীংশিংবা ওইনা পুথোকচবা লাইরিক অসিবু ময়াম খ্বায়না হরাউনা লৌশিনবীগনি নীংজে। মহুতদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা লৈবাক্কী সেবা তৌজবগী মহৈ ফংজগনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বঙ্কিমচন্দ্রগী মরমদা নৈনবা রারেংশিং অসিদগী মহাকনা বাংলা সাহিত্যদা তৌরম্বা অবদান ময়েক শেংনা উরে। মহাকনা সমালোচনাদা অনৌবা লম্বী অমা হাযবদি অচৌ অচৌবা অইবশিংগী তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিং তামগা অমগা চাংদমনহনা য়েংলম্বা অমসুং ইরম্বা অসিনি। মসিনা সাহিত্যগী, কলাগী ফজবশিংবু পুথোকপদা ময়েক শেংহল্লি। মাগী

খুৎইশিংদা কলাবু মীওইপোক্কী পুন্সিগী য়াইফনবগীদমক শিজিন্ন-নবগী অরেপ্পা ফিরেপ অমা লৌরমই হায়বসি মাগী উপন্যাসতা শেম শারিবা থৌদোক য়াথোকশিং, মতুদা শরুক য়ারিবা মপুং ওইবদগীনা ইচম চম্বা চরিত্রশিং পুম্নমক্তা "Destination Man" হায়বা মরুওইবা পান্দমফম অসিবু ময়েক শেংনা উৎলি। কলাগী ওাক্তা ওইনা মহাক থক ইথিদে

মীওইবা অঙকপা জীব অমনি, মশানা মশাবু শেমজবা ওমই, মাওহনজবসু ওমই। লাইবক্কী য়া লৈত্তবদি নত্তে হায়ববু মশাগী হোৎনজমন, লমচৎ শাজৎ, পুকনীংগী থৌনা, অসিদগী হেন্দোক্তুনা মশাগী অমসুং জাতিগী পারমচৎ পুরমচৎপু চেকশিন্না ওাকপা হায়বসিগী মহৈ ফংফম থোকই, ফংই হায়বসি লেপনমক তাকই। রাজনীতি অমা ওইনা মীথা পোল্লবা লৈবাক অমনা কয়া য়াম্না মাঙজবা, অমগা অমগা পুকচেন মরুবনা রাজনীতিদা মায়থীবা, মসিবু কোকহন্নবগী করি তৌবা তাবা হায়বনচিংবা মাগী খুৎইশিংদা ইরয়থু নৈনরিবা চেশিং অসিদা ফজনা তাকলি।

নীংতম্বগী অকনবা লানফমদা করি পায়খৎফম থোকপা মাগী অচেৎপা ফিরেপ লৈজে। মসিমকনা জাতিগী অন্দোলনদা থোই-দোকনা মতেং পাংখি।

সমালোচনাগী মরমদা মহাকনা পায়খৎলম্বা থৌরাং অসিমক মণিপুরী সাহিত্যগী হৌজিক হৌজিক লৈরিবা সমালোচনা সাহিত্যদা পুশিল্লকপদা য়াম্না কান্নগনি নীংই। ঐখোয়গী সমা-লোচনা সাহিত্যগী খোঙথাং য়াম্না তপথনা চৎলি। মসিমকনা ঐখোয়গী খোঙচত্তা তুংদা খুরৌ চেল্লকপা য়াই।

য়াম্না মরু ওইবা অমনা ভারতকী হৌজিক লৈরিবা মচোই মচোই তাবগী মওং অমা লাকলিবসিদা মহাকনা লেপলম্বা ভারতকী লৈজরম্বা কুষ্টি ক: াবু হন্না য়েংখৎলগা অমসুং পুকচেল তীন্নদবগী করি ওইখিবগে হায়বা মহাক্না তাকলম্বথু খন্নফম থোকলে নীংই।

শমনা হায়রবদা বঙ্কিমগী ময়মদা লাইরিক অসিদা নৈনরিবশিং থোইদোক হেন্দোকনা মপুং ফাবমক নত্রবস্থু মথল মথেলদি শুরে নীংই। অসিফাওবদি ঐখোয়গী হোৎনজমন মহৈ য়াম্লে। মসি তাহনবীবগীদমক চে পুথোকপীখিবা অখণ্ড অহৈশিংবু থাগচরি। □

ইম্ফাল

১।৭।৯২

হিজম গুণ সিংহ

সম্পাদক

## য়াওরিবশিং

# সমালোচনা সাহিত্য অমসুং
# বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

## *কনক-কান্তি দে*

বাংলাগী সমালোচনা সাহিত্য বঙ্কিমচন্দ্রগা হৌমিন্নরকপনি। তৌবগীদি মহাক্লা সাহিত্যদা খোঙদারক্ত্রিঙৈ থাচৎ কুমচৎ নাইবা পত্রিকা খরদি লৈরমই। শ্রীরামপুরগী খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপা পাদ্রীশিংনা খৃঃ কুম ১৮১৪ দা "দিগদর্শণ" কৌবা'মা ফোঙলমই, রামমোহন্না "সম্বোদ কৌমুদী", ঈশ্বর গুপ্তনা "সংবাদ প্রভাকর" পুথোকলমই; সিগী মথক্তা "তত্ত্ব বোধিনী" নচিংবা অতৈ খরসু লৈরমই। অদুবু মখোয়গী পান্দমফমদি সমাজগী, অফবা শাজৎ-লীচৎ অমসুং শিক্ষাগা মরী লৈনবা রাফম ওাক্লগী ওইনা তৌরমই। সাহিত্যগী অতম্নবা পত্রিকা হৌদোকখিবসিদি বঙ্কিম-চন্দ্রনি। সাহিত্য চাউখৎননবগী অতম্নবা পান্দমফম লৈবা পত্রিকা অমা হিংহনবা হায়বসি য়াম্না থৌনা ফবা অমসুং পুমনো নৌবা থৌদো অমনি। মরম অসিনা "বঙ্গদর্শন" ফোঙবা হৌখিবা চহী খৃঃ কুম ১৮০২ বাংলা সাহিত্য সমালোচনাগী ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা কুম অমনি।

ওসিদি বাংলা লোনবু মুংশিবা মী রাজ্রে। লোনসিগী মতীক চাবা থাক অমসুং মান মর্যাদা লৈজরে। মাগী অনা লাইচুরবা মরেংবাম্না য়াম্না হকচিল্লবা রাখল য়াওবা রাফম পুবা ওমগনি থাজরমদবা মতম অমা লৈরমই, অদুগা দেশী লোন অসিবু ওাংবদা

ইকাইজবা য়াইতোং খমদোংবা কয়া অমা লৈরমই। বঙ্কিম মশা মক ফাওবা বাংলা লোন্দা ইবদগীদি ইংরাজীদা ইবনা মঙোন্দা খুৎলোইনা থোকই হায়না হায়রমই। অদুবু মহাক্না বঙ্গদেশপু অদুগা বাংলা লোনবু মুংশিজবদগী অচেৎপা ফিরেপ অমা লৌখিবনা বাংলা সাহিত্যগী খোঙরাই হোংখিবনি। মাগী লৈজবী মপাঙ্গল অমসুং অচেৎপা ফিরেপ অসিতনা বাংলাবু ইকাইনীংঙাই ওইবা অবস্থাদগী মতীক মঙান নাইহনখিবনি। মাগী সমালোচনা সাহিত্যগী অমত্তা ওইবা লমথুংফমদি মসিনি।

মসি তরাই তরাইবা থোদৌ নৎলমদে। রবীন্দ্রনাথনা হায়, "বঙ্কিমচন্দ্রনা লৌরম্বা দায়িত্ব অসি অতোপ্পা অমনা লৌরম্বা তারবদি ওম্মোকনা পুঙম থাঙঙম্লোইদৌবনি। অহানবদা, মতমদুদা ওইরম্বা বাংলা লোনগী ফিভমদুনা লাইরিক লাইশু হৈবশিংগী মপুক্নীংদা ফাওবদুমক ফোঙদোকপা য়াগনি হায়বসি খঙবদা নত্তনা থাজবামা পোকহনখিবসি তশেংনমক থোইদোক হেন্দোক্না থৌনা ফবামা চঙই। মথংদা, সাহিত্যগী অরেপ্পা ধারনা অমা লৈত্রিঙৈ, অপাবশিংনসু মসিদগী থোইদোক হেন্দোকপমা থোকলক্কনি থাজদ্রিঙৈ, অইবশিংনসু কম্বা কল্লেংননা মইবা অদুগা অপাবশিংনসু চানবীবদগী অদুক মপাবীবা, করিসু নত্তবদসু পংথা মথাগৎপা অদুগা সমালোচনা তৌববুনা অরেম্বদা পাঙ্গল রাহনবনি হায়নবা মতাসিদা, ফংগনি থাজদ্রবা পস্থংফমসিবু ফংননবা য়াম্না চেকশিন্না হনবা নাইদ্রবা থৌনাগা লোয়ননা তাম্নরিবা মহাক্তদি, মাগী থম্মোয়মুংদা ফাওরিবা অরাংবা আদর্শ অদুতবু অপাম্বা পুন্নমক্কী মাংদা থমলগা লাইনা ফংবা য়াবা মিংচৎপু পামদবা তশেংনমক চাউরবা মীশক্নি।"

অসিগুম্বা দায়িত্ব অসি বঙ্কিমচন্দ্রনা লৌরমই অমসুং লুমলবা কোকথোংদু নিংথিনা পুখি হায়বসি ঙসিগী বাংলা সাহিত্যনা অদুম তাকই।

মহাক্কী সমালোচনা সাহিত্যনা থায়নগী অরীবা অমসুং মাগী মতমগী অইবশিং পুন্নমকপু কোল্লি। মহাক্না বাল্মীকি, ভবভূতি, জয়দেব, বিদ্যাপতি, শেক্সপীয়ার, ৱালটর স্কোট, বিদ্যাসাগর, প্যারীচাদঁ মিত্র, মধুসূদন, ঈশ্বর গুপ্ত, হেমচন্দ্র, নবীনচন্দ্র অমসুং অতোপ্পা অইবশিংনা ইরম্বা কয়ামরুম সমালোচনা তৌরমই। মহাক সংস্কৃত অমসুং ইংরেজী সাহিত্য মমুৎ তানা খঙলমই; মরম অসিননি মহাক্না বাংলাগী সাহিত্য সমালোচনাদা অমগা অমগা চাংদমনবুনা নৈননবগী (comparative study) শরুক হাপচিনবা ঙমখ্রিবসি। মহাক অসিগুম্বা মখলগী সাহিত্যবু তমহন্নবা হোৎনরম্বা লময়ানবা অমনি হায়বা য়াই।

বঙ্কিমচন্দ্রগী সাহিত্য —সমালোচনাবু কুপনা নৈনবুনা য়েংবদা বিষয় অসিদা মহাক্কী মরু ওইবা তোঙান তোঙানবা মিৎয়েং অনীখক লৈ হায়বসি খঙবা ঙমই। অমনা ডঃ জোনসননা তৌবগুম্না অচুম অরানলোমদগী (judicial approach) য়েংবা মিৎয়েং অমা মঙোন্দা য়াওই। মসিদা মহাক্না ইরিবা খুৎই অবুবু শরুক কয়া থোক্লা খায়দোক্লুনা, হায়বদি, ইরিবা খুৎইবুগী মওং (নমুনা), বিষয়, মবুদা য়াওরিবা চরিত্রশিং, অমসুং পুন্নমকসিবু য়েংলগা মগুণ লৈবা লৈতবশিং তাক্লুনা মাগী রায় পী। অতোপ্পা অমদনা মগুণ লৈবশিংবুবু থৌগৎপীবগী মিৎয়েংলোমদগী (appreciative approach) য়েংবনি; মসিগী মিৎয়েং অসোমদগী য়েংলিবসিনা ইরিববুদা য়াওরিবা ফজবশিং অবুদা মহাকসু য়াওশিল্লি অমসুং অপাবশিংদা ফাওরিবা মুংঙাইবা অবুদা মাসু শরুক য়াই। হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্বা মখল অসিনা হেন্না চৎনরকলে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মখল অসিদা য়াম্না চঙখোম্না খঙই, মবুদি মগাক্না ইবা অসিগুম্বা মখলগী সমালোচনাশিং অবুমক খ্বায়দগী ফজরবা কলাগী মচাক ওইখি।

বঙ্কিমচন্দ্রগী সমালোচনাগী মরমদা খন্ন নৈনবদা ঐখোয়না [illegible]উরোইদবদি মহাক মশানা মসিগীদমক অচৌবা দায়িত্ব অমা

লৌই হায়বসিনি, মরম অসিননি মহাক্না থৌগৎপগী মওংদত্তা ইবা সমালোচনানা পেনবা ঙমখিদ্রিবা। মহাক মশানা অতোপ্পশিংবু তম্বীবা তারমই, কৈ ফত্তে হায়বগী রায় পীবা তারমই অমস্তুং চৈস্ন চৈবা তারমই। মহাক অফবা লেখকশিং শেমগৎপা পাম-লমই, মরম অত্তুনা মাগী মথৌদি থৌগৎপদা নত্তে থিংকমস্তু থোকই। মহাক্না ইরকপশিংগী অরানবশিং চুমথোক্নবা শেম-শাত্নুনা লৈরমই অমস্তুং নহা ওইরিবা অইবশিংদা থুপত্নুনা লৈরিবা শক্তি অমস্তুং গুণবু মকা ফলহন্দুনা তরু তরুনা পুথোকহন্নীংলমই। মসিগা লোইননা মথোং খওদনা পংই ইবস্তু মহাক য়ারমদে। মমলদি য়াওদবা, সাহিত্যগী মিংচৎতা মপাম্বা, অইবশিংনা মহাক্কী চৈফু নওখিদবা য়াওদে। রবীন্দ্রনাথকী বাহৈদা হায়রবদা মহাক্না মৈগী মৈরী থোকহন্নবা তোৌরম্বতা নত্তনা মৈরীত্তুদা মৈখু চেলহন-দনবগীস্তু মথৌ ওইনা লৌখৎলমই।

বঙ্কিমচন্দ্রগী সমালোচনা সাহিত্য মখল অনী থোক্না খায়-দোকপা য়াই। অহানবদা থায়নগী অরীবা অইবশিংগী মরমদা ইবা সমালোচনা অতুগা অনীশুবদা মাগী মতমগী অইবশিংগী মরমদা ইবা সমালোচনা।

## থায়নগী অইবশিংগী মরমদা তৌবা সমালোচনা

**উত্তর রাম চরিত:** ভবভূতিগী "উত্তর চরিত" কী সমালো-চনাদা সাহিত্যদা পুথোক পুশিন তৌবগী কলাগী মরমদা মাগী অভিমত খরা ফোঙদোকই। ভবভূতিনা বাল্মীকিগী রামায়ণদগী রারী ওয়্লোক ওনশিন খরা তৌত্তুনা লৌশিল্লি। বঙ্কিমনা মতাং-সিদা শেক্সপীয়ারনা ঘটনা শেম শাবদা থায়নগী অইবশিংদগী লৌশিনবস্তু মহাক্না লৌশিল্লিবশিংত্তু মশানা শেমজবা কলাগী পোৎশক অমা ওইহন্নি হায়। দীনবন্ধু মিত্রগী মরমদা ইবা সমা-লোচনাদা মহাক্না Merry Wives of Windsor দা মত্তুং

লৌখিবদু পল্লি, অসিগুনা "মহাভারত" না "রামায়ণ" দগী "Aeneid" না "Iliad" তগী মতেং লৌখিবদুস্থ পল্লি। অসুন্না পুথোক পুশিন তৌবসিবু মহাক্না অইবশিংগী অশোইবনি হায়না লৌরমদে।

মহাক্না মরীক চুন্না পাউদমদুনা ইবা খুৎইগী কলাদা ভবভূতিগা কালিদাসকা চাংদমনৈ। মহাক্না হায়, ফজ নিংথিবা থাবগী মতাংদা কালিদাসনা অথোং অমেংগী পোৎকা উপমা তৌদুনা থাবদা ফজবা হেল্লি। অমরোমদা ভবভূতিনা ফজবা ঙাক্তবু খোমজিনবা মী নত্তে, মহাক্না থীরবা অমসুং কিনীংঙাই ওইরবা ফাওববু তাংলবা থৌদৌদা, মদুদা য়াওরিবা অচুম্বগী মশক্ত উত্তুনা কলাগী থাক্তা থাঙ্গৎলি হায়।

মহাক্না ভবভূতিবু থম্মোয়দা ফাওরকপা অহকপা ঈহুন ফোঙ-দোকপদা খ্বায়দগী চঙখোনবা মীনি হায়না শীংথাই। মহাক্না হায়, মুংশিবা, চাউথোকপা অমসুং অৱাবগী চৈনাখোল হায়রিবশিং অসি মাগী কলমগী মচিন্দা পক্তনা লৈ, অদুবু করি করিগুম্বদা পুক্নীং নৌগনবনা হেনমনখিবগী মতৌ য়াওই। "উত্তর রাম চরিত" কী রাম তাঞ্জা খজিক্তং হেক ফংবদা হেক্তা মকপই; বঙ্কিমচন্দ্রগী পুক্নীংদা বাল্মীকিনা থম্মোয়মুংগী ইহুন ফোঙদোকপদা চেকশিল্লিবা অদুগুম ভবভূতিদি চেকশিনদে হায়না নীংই। বাল্মীকিনা মাগী চরিত্রশিংবু নাটকী খোঙফম মপুং ফাহন্নবগীদমক হায়ফম থোকপা ৱারোলতা মহায়হল্লি, অমরোমদা ভবভুতিনা থম্মোয়মুংগী ইহুন-শিংদু ফোঙদোকনবগীদমক উৎফম থোকপদুফাও উত্তুনা তোকই। মরম অসিদগীনি বঙ্কিমচন্দ্রনা "উত্তররামচরিত" কী ইফা ফাদোকনা শাগৎপদু উৎননবা "ম্যাকবেথ" কা চাংদমনরুরিবা। অসিগুম্বা দোৎশিং লৈনা লৈনা লাইরিকসিগী কবিতা খুৎইসিগী ফজবা অসিনা "উত্তর রাম চরিত" পু ফজরবা কলাগী লাইরিক ওইনা তোপ তোপ অদুম মরৈগনি হায়রমই।

জয়দেব অমস্থং বিদ্যাপতিগী মরমদা মহাক্না অস্থন্না হায়, "জয়দেবগী ইশৈশিং রাধা কৃষ্ণ অনীগী অপাম স্থংশিগী থুপ্না শান্ন-মিন্নবগী রানা পিক থল্লি, বিদ্যাপতিগীনা মখোয়গী স্থংশিনবগী রানা পিক থল্লি। জয়দেবগীনা অপাম মিহৌবনি, বিদ্যাপতিগীনা ঈখৌ লাংবনি, হৌখিবৱু নীংশিংবনি। জযদেবগীনা স্থংঙাইবনি, বিদ্যা পতিগীনা অৱা চৈনানি। জয়দেবনা বসন্তনি, বিদ্যাপতিনা নোংজু পাম্থানি। জয়দেবগী কবিতাদি তরু তরুবা লাইজনা থল্লবা পাৎনি— হরা০ তয়ামলবা থম্বাল লৈরাংনা লৈতেংলবা, উচেক রায়াশিংনা মথরায় পালহল্লবা; বিদ্যাপতিগীনা ঈরাউখোলগা লোইনরবা ঈচেল কল্লবা তুরেল্লি, অরাপ্পা লমথুংফম তাল্লিবা। জয়দেবগী কবিতাদি সনাগী লীকলাং পরেংনি, বিদ্যাপতিগীনা রুদ্রাক্ষগী পরেংনি। জয়দেবগী ইশৈনা বীনা অমস্থং তবলানা স্থর চানা ইল্লিবা ইকাই খুম্ননীংঙাই ওইরবী স্থপীনা শকপনি; বিদ্যাপতিগী ইশৈনা স্থমিৎনা লৈথখিবদা ফুইরিবা স্থংশিংকী স্থংশা মপীনি।" মথক্কীসিনা তাকপদি বঙ্কিম চাংদমনবগী কলাবু নিংথিনা থওই হায়বতুদা নত্তনা মাগী সমালোচনা সাহিত্যগী খুৎই অসিমক শেম শাবা হৈবগী শক্তি য়াওরবা সাহিত্য মখল অতু-মকনি হায়বসিনি।

বঙ্কিমচন্দ্রগী "শকুন্তলা, মিরাণ্ডা অমস্থং ডেসডেমোনা" চাং-দম্নবা মখলগী সমালোচনা সাহিত্যগী ফজরবা নমুনা অমনি। মহাক্না মিরাণ্ডাবু মীওইবগী সমাজ অসিদগী অস্থপকী মতীক লাপ্না লৈখ্রে মতুদি মহাক করম্না ইকাইগদগে হাযবাফাও থওখিদ্রে হায়না মখুৎনা থিন্দুনা তাকই। মহাক অস্থপকী মতীক চমজত্রে মপাগী মাংমক্তদা মহাক্না ফারদিনেণ্ডবু কয়ামুক স্থংশিবগে হায়বতু অথাকপা লৈতনা হায়দোক্লমই; অমরোমদা শকুন্তলাদি আশ্রম-দা লৈজরবস্থু মী মশেন লৈনবা মরীগী মশানা খওফম থোকপা রাখলতুদগী মহাক ইকাইবা করিনো হায়বতু থওই। বঙ্কিমচন্দ্রনা শকুন্তলানা তুষ্যন্তগী কোস্থং য়ৌরকপা মতাংদা মাগী শাজৎ

ৱাঙাংদা খংওন ওনখিবছু উথি। মুংশিবনা অঙাও-লাই চুরবী অমা ওইরম্বদগী য়ুমবাল্লবী মুপী, মমা অমসুং মহারাণী ওল্লকই। মহাক্না য়াম্না শাওনা দুষ্যন্তবু লৈবাক্কী ফমনাইবশিংগী মাংদা মীফম্ত হায়না চৈবা ওম্লমই, "মীফম্ত। মী খুদিংমক নংগুম্বনি হায়না খল্লবা শারিব্রা ?" শকুন্তলাগা ডেসডেমোনাগা চাংদমনহুনা য়েংবদা মহাক্না বাংলা সাহিত্যগী পুক্নীং নৌবগী ৱানা শুমহৎলবা উপন্যাস অমসুং নাটকশিংদা উৎলিবী মুংশিবনা থুমহৎলবী মপুরোইবা নীংবী য়ুমগী মৌশিংগী মরমদা সমালোচনা তৌই। ডেসডেমোনানা মপুরোইববু নীংজবা চাংদমনীংঙাই অমুক লৈতে। মপুরোইববু নীংদবী য়ুমবাল্লবী মুপী লৈরমগনি হায়বাফাও মাগী মপুক্নীংদা খনবাফাও খনখিদে। শকুন্তলানা রাজসভাদা লৈরিবা দুষ্যন্তদা মাগী থম্মোয়মুংদা ফাওরিবছুগী মচেৎ খজিক্কুং ফোঙদোকখি অদুগা ডেসডেমোনাদি মপুরোইবনা মাবু ফনা থীনা তৌরবাফাওবদসু অসুম্না তৌবা ওমগনি হায়বসি মমঙদা ফাওবা মঙলমলোই। মতাং অমদা মহাক্না শেক্সপীয়ারগা কালিদাসকা অসুম্না চাংদমনৈ, "শেক্সপীয়ারগী নাটকতি সমুদ্রনি, কালিদাসকীনা নন্দন-কানননি। সমুদ্রগা নন্দন কাননগা চাংদমনবা য়াবা হৌনদে। অসিগুম্বা নন্দন কানননসিদা জ্ঞানেন্দ্রিয়দা মুংঙাইবা পোকহাল্লিবশিং অসিনি হায়বছু কাউবা ওমই, অমরোমদা সমুদ্রদা লৈরিবনা অক্নবা, মপান নাইদবা অমসুং ঈথক ঈপোম নাইবা কারনো হায়বছুনি। মহাক্না "টেমপেষ্ট" অমসুং "শকুন্তলা" (কালিদাসকীনি হায়বছু পল্লি) হায়রিবশিং অসি ৱারী শৈরেংগী অয়োবীনি, নাটক নত্তে হায়। চরিত্র শেম্বগী মতাংদা মহাকনা হায়, "শকুন্তলা লাইয়েকপগী লাইয়েকনি, ডেসডেমোনানা হিংলিবা অহকপা মুর্তিনি। ডেসডেমোনাগী থম্মোয়দি ঐখোয়গী মাংদা হাংদোক্কনা লৈ, ঐখোয়বু ইরাই লাইনা উহল্লি ; শকুন্তলাগীনা মোং-হাদবা ইঙ্গিৎ অমনা ঐখোয়দা খঙহল্লি।"

## হৌমিন্নবা অইবশিংগী মরমদা সমালোচনা

বঙ্কিমচন্দ্রনা "বঙ্গদর্শন" গী লামাইশিংদা মধুসূদনবু থোই-দোক্লা থাগৎলি, "কনাগুম্বা হোৎনজমনগী মহৈদা চাউথোকচরবা ইউরোপ মচা অমনা নখোয়গী করি আশা তৌনীংঙাই লৈরি হায়না ঐখোয়দা হংলবা, বাঙ্গালীশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা অচৌবা মী পোকখ্রবরা হংলবা, ঐখোয়না খুমগনি, ধর্ম্মগী আচার্য্য, চৈতন্য দেব, দার্শনীক রঘুনাথ, কবিশিং শ্রীজয়দেব অমসুং শ্রীমধুসূদন।"

দীনবন্ধুগী মপুন্সিগী বা অমসুং মহাক্না ইরম্বশিংগী মরমদা ইবদা মহাক্না হায়, ঈশ্বরচন্দ্রদা থোইদোকপা বুদ্ধি লৌশিংগী অতুগা দীনবন্ধুদা নোকহন্নবগী মচাক লৈ। মহাক্না দীনবন্ধুবু চাকরী তৌনা তৌনা "নীলদর্পন" ফোঙবা ঙমখিবা মাগী মথৌ-নাদুবু থাগৎলি। বঙ্কিমচন্দ্রনা হায়, মাগী মপাঙ্গল হাপখিবদি মহাক্না য়াম্না নকননা লোইনখিবা সমাজ অসিদগী খঙলকপা অভিজ্ঞতাশিং অমসুং মহাক্না উখিবা মীওইশিংগীদমক মশাদা পোকখিবা মীনুংশি অসিদগীনি। পোৎচাক অনী অসিদা য়ুমফম ওইরগা "তোরাপ," "আদুরী" অমসুং "নিমচাদ" গুম্বা চরিত্রশিং অসি শেমখিবনি। মহাক্না মখোয়বু মখোয়না ঙাংন শক্করিবা লোন অতুগী ফাওবা নুংশিবী; মসিদগীনি দীনবন্ধুনা ভদ্রসমাজদা কয়া ঙাংনদবা মথোং হুক্তবা লোন্দা শিজিন্নরমলিবা। সাহিত্যদা ফজবা মহাউ লৈহন্নবগী ঙাকশেনবা ওইরিবা বঙ্কিম অসিগুম্বা মথোং হুক্তবা লোন শিজিন্নবসি পামদেদি হায়ববু মহাকসু কলাকার অমা ওইনা অসিগুম্বা লোনশিং অসি শিজিন্নত্রবদি "তোরাপ" নত্রগা "আদুরী" নত্রগা "নিমচাদ" গুম্বা মপুং ফারবা চরিত্রশিং শেম্বা য়ারমলোই হায়বসি মহাকসু য়ারমই। দীনবন্ধুনা উক তারুবদগী খঙলকপশিংদা কা হেঙ্গিন্না তাংলুবদগী অমসুং কা হেন্না মীনুংশি লৈরুবদগী মাগী লমচৎ ফজবগী শক্তমদা শেম-খিবা চরিত্রশিং অয়াম্বা অরেম্বা তাখি, মরমদি মখোয় পুন্নমক

মাগী কল্পনাদগী শেমখিবনি অমসুং মীনা ঙাংনদবা লোন্দামক্তা ঙাংই। দীনবন্ধুগী মরমদা মহাক্না ইবা সমালোচনাগী লোই-শিল্লকপদা বঙ্কিমনা পনখিবশিংহ্নু সমাজ সংস্কারগীদমক সাহিত্যনা পাঙথোক্কদোবা থৌদাংগী মরমদা য়াম্না মরুওইবা ৱা য়াওই।

"কবিতাগী (মহাক্না কবিতা হায়রিবা ৱাহৈসিনা কোন-শিল্লিবসি সাহিত্যগীদমক ইবা পুন্নমকপুনি) মরু ওইবা পান্দম-ফমদি ফজববু শেম শাবনি। মহ্নু তাহন্নবগী সমাজ সংস্কারবু মরু ওইবা বিষয় অমা ওইহনবসি পীথোরক্লবা কবিত্ববু অরেম্বা তাহন-বনি। অহুমকপু "নীলদর্পন" গী পান্দমফমস্নু মহ্নু ওইজরবস্নু কবিতা ওইনদি মসি খ্বায়দগী হেল্লি। মসিগী মরম হায়ববু অইবা মশাদা য়াওরিবা মীসুংশিনা ইরিবা পুন্নমকতু পুময়োম য়োম-খিবদগীনি।" বঙ্কিমচন্দ্রগী সমালোচনা সাহিত্যগী য়াম্না মরু ওইবা থৌদোদি মহাক্না শেমলক্লিবা অহুবু কুপ্না থিজিনবতা নত্তনা অশেম্বা মীশক্তুগী মশাদা চৈল্লিবা মী অমগী হৌনশা ওইবা মগুণ, মহাক্না লৈরিবা সমাজহুগী মওং অমসুং মশাদা চুপশিন-খিবা পরমপরাগী চৎন-লোনচৎ অসিবুস্নু কুপ্না য়েংশিল্লি। "কৱিতা হায়বদি কবিনা লেংলিবা, ঐখোয়গী খুত্তা হৌজিক হৌজিকমক লৈরিবসিদি ঐখোয়না পাবা য়াই অমসুং মহ্নু খঙবস্নু ঙমই। তৌইগুম্বসুং ইরম্বহুবু থাদোকখ্রবা মী অহুগীদি, মাগী করি মগুণ লৈরম্বগে, মহাক্না মসিবু করম্না ইরমলিবনো হায়বহ্নু য়াম্না চুম্না লৌশিনবা ভাই। মসিগী মরু ওইবা পুন্নমক খঙগদোবসি পুন্সি ৱারী অমসুং সমালোচনাদগীনি।"

ঈশ্বর গুপ্তগী মরমদা মহাক্না হায়, "মধুসুদন, হেমচন্দ্র, নবীন চন্দ্র, রবীন্দ্রনাথ লাইরিক লাইস্নু হৈবা বাঙ্গালীশিংগী কবিনি, ঈশ্বর গুপ্তনা বাঙ্গালীশিংগী কবিনি।" মাগী কবিতাদি কলকাতাগী ষ্ট্রিটশিংদগী, খুঙ্গংগী থাংপোকশঙশিংদগী চুমহ্নিং লাকই। বঙ্কিমগী মত-তা অশেংবা বাংলাদা, বাঙ্গালীশিংগী থম্মোয়গা চানবা

লোনদাদা, ঈবা কবিদি মহাক্তনি। মহাক্না লোনদি সংস্কৃত অমস্যুং ইংরেজী লোনগী মতৌ তম্বা অনা লাইচুরবা লোন্দা অতুদগী পুমশেং শেংই। অতুবু মায়কৈ অমম্বোমদা ঈশ্বর গুপ্ত লাইরিক লাইস্যু হৈবা ব্বাংলি। "করিগুম্বা ঈশ্বর গুপ্তনা মাগা হৌমিন্নখিবা কৃষ্ণমোহন বন্দ্যোপাধ্যায় নত্রগা মাগী তুংদা হৌরকপা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগুমনা লাইরিক লাইস্যু হৈরম্বা থোক্লবদি মাগী হাক্তকমক্তদা বাংলা সাহিত্য ফনা য়াম্না য়াংনা চঙশিল্লম্বা য়াবনি। ...... মহাক্না খুংইদা মুংনাংনীঙাই ওইবা মরম অনীথক লৈ—অফবা মহাও য়াওদবা অতুগা অরাংবা আদর্শ লৈতবা। অয়াম্বনা চুন্নগী ফাগী ফারাং ওইনতা মতৌই।" বঙ্কিম ফাগী তৌববু য়াদবা নত্তে, অতুবু মহাক্না মপুক্নীং মুংশিজ-খিবদি অসিগুম্বা কবিত্বগী মগুণ অসিবু অরেম্বা ফাগীগী থাক্তা, করি করিগুম্বদা হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা মওংদা, হম্বহনখিবা অসি-বুনি। মধুসুদন মীওইপোক্নী পুন্সিবু উবা ঙমলমই অমস্যুং উরিবতু মাগী কবিতাদা মশাগী আদর্শ অমস্যুং নীংজবা অপাম্বতুনা কুয়োম ওইরগা ফোঙদোকপা ঙম্মমই। ঈশ্বর গুপ্তদি মতুম তৌবা ঙমলমদে। বঙ্কিমচন্দ্রনা কবিতাদা আদর্শ ঙাক্তদা নৈনবা পাম-লমদে, আদর্শ অতুমক থবক থৌওংদা পুথোক্ত্‌না উৎপা পাম্নমই। ঈশ্বর গুপ্ত চঙ চঙ থোক্লিবা থৌদোকশিং অতুগী কবিনি। মধু-সুদননা করি ওইরগদগে হায়বতুগী কবি ওইবা তারবদি, ঈশ্বর গুপ্তনা হৌজিক হৌজিক ওইরিবতুগী কবিনি। অসিগুম্বা হৌজিক হৌজিক ওইরিবতুগা শাগোম্নরুবদগী মাগী কবিতাদা করেম কথাই-নতুনা ইবগী ঈহৌসি লাকখিবনি। করি করিগুম্বদা মাগী করেম কথাইনবসি অম্মুপকী মতীক চৈথেং কল্লমই অমস্যুং চমোৎনরমই, অতুনা মহাক বঙ্কিমগী চৈক্ষু নঙবা তারমই। অতুবু সমাজ অসিদা লৈরিবা মীনম শোরিবা অমস্যুং ওইদবদা অওইবগুম শেমজিন শাজিল্লিবা ময়ামসি উক্লরগা ঈশ্বর গুপ্তনা মতুগীদমক ব্বারোবতুদা

বঙ্কিমনা মাৰু ইকাইথুম্নদবা ওমলমদে' মওোম্দা ঈশ্বর গুপ্ত, অমকপা লৈত্রবা বাস্তব-বাদীনি, করেম কথাইনবা হৈবা মীনি। মাগী লোনগী মতাংদা কা হেন্না লৈতেং শেম্বগীদমক বঙ্কিমনা য়ানীংদবা ফোঙদোকই। অমুপ্রাস অমস্মুং ৱাকোই শুবা হাক-মনবদগী হায়নীংবা হায়দোকপদা ফুঙ্গংহল্লি। দোষশিং অসি য়াওদবা মতমদদি মাগী লোন য়াম্না চমই, অপাম্মৈ অতুগা তনৌ তনৌই।

মহাক্না ইবা "লুপ্তরত্নধর" গী ৱাহৌদোক্লা প্যারীচাদ মিত্র-না ৱারেংদা শিজিন্নরিবা লোনগী অমস্মুং নৈনরিবা ৱাফমগী মরমদা য়াম্না কুপ্না শন্দোক্লা ই। বঙ্কিমচন্দ্রনা অইবা অমনা ইগদোবা লোনসি মীচম মীয়াম্না খঙগদোবা লোন্দাহুনি হায়। "কবি অমনা লোনতু নিংথিনা হৈরবদি কাব্য ফাওবা ঙচম্বা লোনদা ইবা য়াই। সংস্কৃত লোনগী "র,মায়ণ" অমস্মুং কালিদাসকী কাব্যশিং মমল য়াম্নবা কাব্য কয়াদগী পুমহেন হেল্লি। অস্মুপ লাইনা খঙবা য়াবা সংস্কৃত লোনদা ইবা অতোপ্পা কাব্য'মা লৈত্রে।" ৱাজা রামমোহননা ইবা হৌদোক্লম্বা ৱারেংগী লোন ময়ামনা ঙাংন-শক্লরিবা অসিদগী ওম্হোক্লা লাপ্পা লৈত্রে। শেংনা হায়রবদা মতম অতুদা লোন মখল অনীখক লৈরমই—অচৌ অশাংশিংগী লোন অমস্মুং "অতোপ্পা" লোন হায়বমগা। বিদ্যাসাগর অমস্মুং অক্ষয়কুমার দত্তনা খরদং লাইথোকহল্লমইদি হায়ববু বাংলা লোন সংস্কৃত লোনদা তাংজবগুম অতুম মরৈরমই। ইৱিবা হীরমগী মরমদস্মু বাংলা সাহিত্যনা সংস্কৃত অমস্মুং ইংরেজীদগী পুরমই। ইচম চম্বা লোনদা ইহান হান্না ইখিবসি প্যারীচাদনা মাগী "আলালের ঘরে তুলাল" হায়বা লাইরিক অতুদনি অমস্মুং মসিগী অফাওবা লাইরিকসিগী বিষয়স্মু মহাক্না হিংলিবা পুন্সিদগী চুমত্রিং লৌশিন-তুনা ইখিবনি। "আলালের ঘরে তুলাল" খুায়দগী ফজবা লাই-রিক হায়বতুদি ওইদবা য়াই অতুবু বঙ্কিমনা হায়,— "মসিনা ঐখোয়গী জাতিগী সাহিত্যগী অহানবা মমি তম্বা হৌখিবনি।"

হেমচন্দ্র বন্দ্যোপাধ্যায়গী "বৃত্রসংহার" গী মরমদা মহাক্না হায় মতুদি মসিদা য়াওরিবা মরুওইবা ভাব অসি মিলটোনদগী পুবা ওইরবস্নু শেম-শারিবা অসিদা মশাগী ওইবা ফজবগী শরুক্না করিস্নু রাক্তে। বঙ্কিমনা বৃত্র অমস্নুং মাগী মুপীগা শানরিবা রারী রাতাইগী মওংতু কয়া পামদে। মসিদা শিজিন্নরিবা লোন্দাতু ময়াম্না পান্নবা লেমজনীংঙাই থাক্তু য়োদে নীংই।

ঐখোয়না বঙ্কিমগী সমালোচনাদা ইরিবতু য়েংবদা মাগী অপাম্বা অমদি থঙবা ঙমই। করিগুম্বদা মহাক্না নৈনরিবা লাই-রিক্তুগী মরমদা পংহায় হায়দে অতুবু সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংদগী থঙবা য়াবগী মরমদা হায়রবদি মহাক্না গঙ্গাচরণ সর-কারগী "ঋতু বর্ণন" গী সমালোচনা তৌবদা তৌখিবগুমনা, মাগী মত ফোঙদোকই। মহাক্না কবিতাতুদা য়াওরিবা রাফমদগীদি কবিতা হায়বসিগী পান্দমফম কৰিনো হায়বরোমদনা হেন্না নৈনৈ। কবিতানা করি করিগুম্বদা পুন্সিদা য়াওরিবা থাজবশিং লৌখৎলি, করিগুম্বদা পুন্সিবু ফজবা অমস্নুং অথীবশিংগা পুন্না উহল্লি হায়বসি পুথোকই অতুগা করিগুম্বদনা কবিতাতুদা উৎলিবা আদর্শ অতুগী মহুত্তা অসি ওইরমগদৌবনি হায়না তাকই। মহাক্কী অহানবগী মিৎয়েং অনীসিনা কাচিন কোয়া ফংনা শন্দোক্না ইবগী মরমদনি অতুগা অকোনবগীসিনা অশোয়বা পুথোক্তুনা তাকপগীনি। মহাক্না "বৃত্রসংহার" বু অসিগুম্বা চুমথোক্তুনা তাকপগী থুৎইনি অতুগা ঋতুবর্ণন" বুনা শন্দোক্না ইবা থুৎইনি হায়।

মহাক্না নবীনচন্দ্র সেনগী "পলাশীর যুদ্ধ" হায়বা নাটক্কী কবিতাবু শৈরেংগী শরুক্তগীদি নাটক্কী শরুক্না হেল্লি হায়না আলো-চনা তৌই। মহাক্না নবীনচন্দ্রগা বাইরোনগা মশা মশাদা শৈলীগী পীথোরকপা মগুণগীদমক অমস্নুং নাটক্কী উৎফম থোকপা থোদৌ-শিং উত্তবগীদমক চাংদমনৈ। বঙ্কিমগী আলোচনাগী থুৎইদা থোইদোক্না শীংথানবা য়াবদি মহাক্না কনাগুম্বা অমবু মাগী

অশোয়বা শরুকশিংহু পুথোক্তুনা আলোচনা তৌরবসু অতৈ অতোপ্পা শরুকশিংদা অইবা মুখাহুনা হোৎনরিবা মাগী মথৌনা-হুবুদি তৌবীমল খঙবগা লোইননা থাগৎপা অসিনি। মহাক্না নবীনচন্দ্রগী মবুকনীং নৌগনবা থৌদৌবু য়ানীংদে অহুম ওইনমক থম্মোয়মুংদা ফাওরকপা ঈহুনবু ফোঙদোকপদা খুৎলোইরিবহুদি থাগৎলি।

## অরোইবা

হায়জখ্রিবা খরসি বঙ্কিমচন্দ্রনা সমালোচনাগী মরমনা ইখিবা নিবন্ধ খরগী চাউরাকপা মিৎয়েং অমনি। মসিদগী ঐখোয়না সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা মশাশিংদা মাগী মত করিনো অমসুং বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যবু চাউখৎনবগীদমক লেপ্পা নাইদনা থৌগত্তুনা, লম্বী তাক্তুনা অমসুং চৈ-থাংহুনা কয়া ৱানা হোৎনখিবগে হায়বহু খঙবা ঙমই। মহাক্না বঙ্গাব্দ চহী ১২৯১ গী শ্রাবন থাগী (খুঃ কুম ১৮৮৪ জুলাই-আগষ্ট) "প্রচার" হায়বা সাহিত্যগী চেফোঙ অহুদা মহাক্না নৌনা লাইরিক ইরকপা কাংবুদা হায়জখিবা ৱারোলহুদা মখোয়না পাঙথোক্কদৌবা করিনো হায়বহু তাকই। মহাক্না মখোয়বু মিংচৎকী নত্রগা শেলগীদমক, অরানবা ৱা নত্রগা লমচৎ নাইদবা নত্রগা মশাগী ওইজবা থিবগী নত্রগা অতোপ্পগী মাঙ তাক্লবা নত্রগা মশানা খঙখি-উখিদ্রিবা ৱাফম ইরোইদবনি হায়না থিংই। মীনা ফজ্জে হায়সমু হায়না ইবা, অরেম্বদা লৈতেং হাপচিনবা নত্রগা মীগী মতৌ তমহুনা ইবা অসি-নচিংবা তৌদনবা পাউত্তাকসু পী। অহুগা অরোইবদা মহাক্না হায়, "মীওইবা জাতিদা মসিমা ইরবদি কায়গনি নত্রগা ফজবামা শেম-শারগনি খন্নবা অহুগুম্বহু ইয়ু। অসি নত্তবা অতোপ্পা ৱাখল অমদগী ইরিবা মখোয়হু মবুক ফত্তবা লল্লোনবনি হায়না লৌবা য়াই……।" □

# বঙ্কিমচন্দ্র—মরৈবাক নীংবা

ডঃ খীরজীৎ কুমার দত্ত

বঙ্কিমচন্দ্র কলকাতা বিশ্ববিদ্যালযগী ইহাং হানবা গ্রেজুয়েট-নি। মহাক ইংরেজী শিক্ষানা শেমখিবা মীশক অমনি। নোংপোকলোমগী লাইরিক মতম্বীগী মহুত্তা ইংরেজশিংগী মতম্বীদা স্কুল অমস্তুং কোলেজশিংদা তম্বীবা হৌদোকপা পামখিবসি রাম মোহননি। ইংরেজী শিক্ষা ফংবা বাঙ্গালীশিং অয়াম্বনা মতম্বী অসি হৌদোকপদা য়ানীংলমই হায়বসি অমুক হায়রুবগী কান্নদে। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোমপানীগী লৈঙাক পথাপ শেম্বা কাংবু মবক্তা অসিগুম্বা মরু ওইবা থীরমসিদা মত খেন্নবা লৈরবস্তু পথাপসি পুশিল্লকপা পাম্বশিংনা মমৈথংদা মায় পাক্লমই। চাংয়েং অসিদা মেকোলেনা ওল্লমই।

ইংরেজী শিক্ষা হায়ববু ঐখোয়গী সমাজদা অওনবা কয়া পুরকপবুনি। ইংরেজী শিক্ষা পুশিল্লকপা পাম্বশিংনা নোংপোক-লোমগী মরমদা হায়বদি oriental India গী মমুং চনবা Derozian গুম্বা তম্ববু পুযা য়াদবা নত্তে হায়বসিমস্তু ঐখোয় নীংশিংগদৌবনি। মরম অসিদগী লাইরিক-লাইস্ত নিং-থিনা হৈবা বাঙ্গালীশিংনা মরৈবাকী কান্নগদৌবরোমদগী মিৎয়েং থম্লগা য়াফমসিবু য়েংলমই। অস্তুম্না নোংচুপলোমগী অনৌবা ভাব-ধারা কয়ামরুম ঐখোয়গী লৈবাক্তা হৈজিল্লকই। বঙ্গদেশনা লৈবাকী চাউখৎনবগী আন্দোলন অসিগী লানবন ওইরমই। বঙ্কিমচন্দ্র ঈরাং অসিগী মরক্তা পোক্লমই অমস্তুং চাওরক্লমই। মহাক ব্রিটিশ রাজগী লৈঙাক শাসনগী মখল কয়াগী ফম পায়রমই। অদুবু শাসনগী থবক্তদা মহাক্না মাগী মতম শিজিন্নরমদে। মাগী

পুক্নীংদা অৱাংবা থাক য়ৌনীংবদ্মী অপাম্বমা পোক্লমই। মহাক্না মাগী তাংলবা মতমবু জাতিগীদমক শিজ্জিন্নগে থল্লমই।

ঐখোয়না খণ্ডলিবহ্নু মণ্ডাই—মতমহুদা ভারত মচাশিংগী কান্ন-নবগীদমক ফোঙদোক্লীংবা ৱাফম পুন্নমক মীয়ান্না ফোঙদোকখিবসি ব্রিটিশ ইণ্ডিয়ান এসোসিয়েসন (১৮৫১) হায়বামা লীংখৎখিবহুগী খুখাংদা ফোঙদোক্লমই। বঙ্কিমচন্দ্রনা ব্রিটিশ সরকারগী চাকরী তৌরিঙৈ মরকসিদা এসোসিয়েসন অসিগী থবক থানাদা মথৱায় য়াম্না য়াওরমই। ব্রিটিশ রাজগী চাকরী ৱালা ওইবদগী বঙ্কিমচন্দ্র-না রাজনীতিগী থোদোশিংদদি য়াওরমদে অহুমকপু ঐখোয়না ফংবা প্রমানশিংদগী মহাক এসোসিয়েসন অসিগী সদস্যশিংনা তৌরিবহুবুদি য়ানীংলমই। মাগী য়াম্না চান্নবা মরুপ, "নীলদর্পন" ইবা হাক্তক্তগী মমিং চৎখিবা, দীনবন্ধু মিত্রনা এসোসিয়েসন অসিগী পাঙথোক্কদোবা থবকশিংগী অকোন অহান শেমলিবহুবু মহাক্না য়াম্না থাগৎলমই। মরৈবাক নীংবা, "দি পেট্রিয়োট" কী সম্পাদক হরিশ্চন্দ্র মিত্রসু এসোসিয়েসন অসিবু ইকাইখুম্নবা নুংশিজবা মীশক্নি। অহুম ওইনমক বঙ্কিমচন্দ্রদা থিন্দনা চমন্নবামা পোকখিরমই। এসোসিয়েসন্না শিক্ষাগী মরমদা লৌরিবা ফিরেপ-কা মানা নীংলিবহুগা খেন্নরমই। এসোসিয়েসন অসি জমিদার-শিং অমসুং বাঙ্গালী সমাজগী অচৌ অশাংশিংনা শেমখিবনি। অহুনা থবক তৌরকপা মতমদা মখোয়গী কান্নগদোবহু হান্না তৌননবা হোৎনবা মশানা তাবনি। সিগী মথক্তা মীচমশিংনা করি পামলিবগে অহুগা করি তাল্লবগে হায়বহু মখোয় নিংথিনা খণ্ডদে। সদস্যশিং অসিনা তৌরিবা হায়ববু ব্রিটিশ রাজদা দরখাস্ত থাবা, হায়জ চচ্চবা অসিদগী থক হেল্লমদে। মখোয়না কাংলুপকী ওইবা কান্নবা অহুতমক তৌরমই। থক হেল্লমদে। অহুমকপু রাষ্ট্রগুরু সুরেন্দ্রনাথ ব্যানার্জীনা "ইণ্ডিয়ান এসোসিয়ে-সন" লীংখৎত্রিঙৈ মমাংদদি ভারত মচাশিংনা লৈবাক্কী কান্নগ-

দৌবা হৌরম পুন্নমক "এসোসিয়েসন" অসিনা য়েংশিল্লমই অমস্তুং মখোয়গী থুখাংদা পুন্নমক্ত ফোঙদোক্লমই।

বঙ্কিমচন্দ্রনা মীহ্লামদা মখোয় মখোয়গী য়াম্না হন্থনা লৈরিবত্ত কোকহল্লনবগীদমক লাইরিক-লাইস্তু তম্বদা বাংলা লোনদা তম্নবা হায়জরমই। মহাক্লা তম্নগদৌরিবত্ত পুন্নমকপু কোনবা য়াবা শিক্ষা মখলত্ত ওইহল্লীংলমই। বাংলা লোন্ন মীয়ামগী পুন্সিগী হৌরক-ফম মরুত্ত ওইহনগদৌবনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা খৃঃ কুম ১৮৭২ দা "বঙ্গদর্শন" পুথোক্লমই অমস্তুং থিন্দনা মসিনা জ্ঞান তারবা বাঙ্গালী-শিংগী মুখপত্র ওইরক্লমই। বঙ্কিমচন্দ্রনা ৱারেং, উপন্যাস, বেল-লেতর, ( রম্যরচনা ) লাইরিক্কী সমালোচনা ইত্তুনা "বঙ্গদর্শন" দা ফোঙলমই। মহাক্লা মমারোনবু কয়াম মুংশিজবা হায়বত্ত অমুক শীংথানীংঙাই লৈতে। শেংনা হায়বা তারবদা "বঙ্গদর্শন" না বাংলালোনবু অমস্তুং বাঙ্গালীশিংগী সংস্কৃতিবু চাউখৎননবা হোৎন-খিবসি অস্তুপকী মতীক মহী ময়াই কনখ্রে মত্তুদি বাঙ্গালীশিংদা লোন অমস্তুং সাহিত্যগী মহাও পোকহনখিবসি পত্রিকা অসিননি। "বঙ্গদর্শন" না শিক্ষাগী শেমলিবা "Filter down" (অনৈবমথৈ ফিজুম থাত্তুনা চুমথোকপগী ) থৌশিন মওংত্তুবু নিন্দা তৌরমই অমস্তুং মমারোনদা তমননবা তকশিল্লমই। খৃঃ কুম ১৮৬৭ তা "চৈত্র মেলা" মমৈথংদা "হিন্দু মেলা" হায়না খঙনখিবা মেলাত্ত ঠাকুর শাগৈনা বাঙ্গালীশিংগী য়াইফনবগীদমক লীংথংখিবনি। মেলা অসিদা মরু ওইনা খঙহল্লিবসি মী মশানা মশাবু থাজবা অমস্তুং মশানা মশাবু ইকাইখুম্নবা হায়বসিনি। জাতিগী স্বার্থগী ইশৈশিং লেংত্তুনা, খুৎকী লল্লুমগী পোৎ-চৈ চফুনচিংবা পুথোক্তুনা মেলাসি পাঙথোকই। নবগোপাল মিত্র খ্বায়না "নেসনেল" নবগোপাল হায়না কৌনবা মীওই অসিনা মেলাসিগী শেম শাবা মীশকনি। মেলা অসি বাঙ্গালীশিংনা হৌদোকচরবস্তু মত্তুদা ঙাংলিবা ৱাফমশিং, শকলিবা লেংলিবা ঈশৈশিং অত্তুনা তাকপদি

শিল্লি-লাংল্লিবশিং অত্তুনা উৎনীংল্লিবদি মেলা অত্তু অপুনবা ভারত মচাশিংগী থম্মোয়দা ফাওরিবা পান্দমফম অত্তুমকনি। বঙ্কিম-চন্দ্রগা মেলা অসিগা করি মরী লৈনবগে হায়বত্তুদি ঐখোয় খঙদ্রে। অত্তুবু মহাক্না ইখিবা লাইরিক্কী সমালোচনা অমদা মেলাসি তৌবা হাক্তক্তা লেংখিবা ইশৈ অমগী ৱা পল্লমই। মসিদগী খঙবদি বঙ্কিমচন্দ্রনা মেলা কমিটিগী থবক থৌওংশিংবু থরায় য়াওনা শেম্লরমই হায়বসিনি। মজাতিবু মুংশিবা মীশক অমনিনা থ্বায়না পাম্লরবা জাতিগী আন্দোলনগী ঈহৌ অত্তুবু মহাক থৌওইদবা ঙমলমদে। সুরেন্দ্রনাথ ব্যানার্জীনা "ইণ্ডিয়ান এসোসিয়েসন" লীংখৎলকপদা বঙ্কিমচন্দ্র মথরায় য়াওরমই। মতাং অমদা এসোসিয়েসন অসিনা ভারত মচাশিংগী স্বার্থগীদমক ইংলণ্ড-দা মীহুৎ কাংবু অমা থাননবা ৱারেপনরমই। মসিদা বঙ্কিমচন্দ্রনা রাণী স্বর্ণ ময়ীদগী শেল খায়নবগী মতেং পাংলমই। বঙ্কিমচন্দ্রনা থাজৈ মত্তুদি কনাগুম্বনা মশাদা মজাতিবু মুংশিবগী ঈহৌ পোক-হনগে হায়রবদি মহাক মশানা মশাগী হৌখিবা ৱা খঙগদৌবনি। মরম অসিদগী মহাক্না মরৈবাকচাশিংগী মফমদা ঐখোয়গী অচুম্বা ইতিহাস পুথোক্লবা হায়জরমই। অসিগুমত্তুনা মহাক্না ইতিহাস হায়বসি জাতি অমগী অভিভাবক দেবতানি হায়না থাজরমই। অসিগী মথক্তা মীরৈবাকচাশিংনা ইবা ইতিহাসতি তুক্কচ্চনীংঙাই ওইবা মীনম্বমক্তনি। মীরৈবাকচাশিংনা ঐখোয়গী ইতিহাস ইরিবসি স্নুপ্নগী ঐখোয়গী জাতিগী চরিত্রদা লৈখোম তৈশিন্নবগী-দমকনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী হৌখিবগী ৱা অমসুং ইপা ইপুশিংগী মতীক মঙান নাইবা অচুম্বশিংত্তু অমুক হঙ্গিলহনগ-দৌবনি। ঐখোয় খঙই বঙ্কিমচন্দ্র মশামক্না ভারতকী ইতিহাস, মরু ওইনা বঙ্গদেশকী মশাগী লৈজরম্বা মওংদা, অমুক শাগৎনবা হোৎনরমই। মাগী ময়াম্বা সঞ্জীব চন্দ্র চাটার্জীনা পুথোকখিবা "ভ্রমর" হায়বা পত্রিকাত্তু ফোঙবগী অহানবা চহীমক্তদা বঙ্কিম-

চন্দ্রনা "জাতিশিংগী মরক্তা য়েংথিনবা" কৌবা প্রবন্ধ অমা ইরমই। বঙ্কিমচন্দ্রনা ভারত মচাশিংনা নোংচুপলোমগী মীশিংদগী বিজ্ঞানদা, অচুম অরান লেপ্পবগী আইনদা অমসুং সাহিত্যদা য়াম্না শোংখ্রি হায়না ফোঙদোকই। অওইবমক ঐখোয় ইশাবু মতীক চাহনগে হায়রবদি নোংচুপলোমগী জ্ঞান তানশিনবা তঙাইফদে। বঙ্কিমচন্দ্রনা জাতিশিংগী মরক্তা অমগা অমগা য়েংথিনবগী রাখল পোক্লবসি তুকচ্চনবগী মশকনি হায়। লৈবাকমচা তানা অমসুং মরূপ মপাং ওইবগী মুংশিনবগী থোওদা অথোই অহেন তাম্নগ-দৌবনি হায়। অশেংনা হায়রবদা বঙ্কিমচন্দ্রনা পামথিবদি নোং-চুপলোমগী ভাব ধারানা চেকশিন্না ঙাক্লবা অতুগা জাতিগী লৈজরিবা শক্তমতুদি মাঙহন্দবা অতুগুম্বা জাতি মথল অতুনি।

মাগী নিবন্ধগী লাইরিক্তা য়াওবা "লোকরহস্য" দা মহাক্না "বাবু" হায়না কৌজবা শাবা, মশাগী ওইজবা থিবা, ইংরেজ ওফিসারশিংদা চিরোন তৌবশিংতুবু শিদোক্লমই। মহাক্না বাঙ্গালী বাবুশিংবু করেমনচুনা ই। মাগী করেমনবগী খুৎই য়াম্না চৈথেং কল্লি। য়াম্না তুকচ্চরবা "ইলবর্ট বীল" ব্রিটিশকী শাসক-কারী-শিংনা চৎনহল্লকপদা মীয়াম্না থৌনা ফনা অশাওবগা লোইননা য়ানীংদবা উৎলমই। ইংরেজশিংনা অসিগুম্বা কুচু কুমেনদা থেন্নবা থম্বগী শাজৎ অতুবু নিন্দা তৌতুনা বঙ্কিমচন্দ্রনা "Bransonism" কৌবা নিবন্ধ অমা ইরমই। হায়রিবা বীল অসিদা মতাং অমা য়াওরি, মতুদি দেশী জজ অমনা মরাল লৈরবা ইংরেজ অমবু বিচার তৌনবগী ক্ষমতা লৈরোই, করিগীনো হায়রবু জজ অদু লৈবাকসিদা পোকপা মীওই ওইবদগীনি। অমরোমদা ইংরেজ জজ অমনদি ভারত মচাবুসু ইংরেজবুসু দণ্ড পীবা য়াহল্লি। বঙ্কিমচন্দ্রনা অসিগুম্বা হন্নবা মিৎয়েং য়াওবা আইন অসিবু মথা চিক্ত্না শীংনরমই। বঙ্কিমচন্দ্রদা হর্বট স্পেনসর, জোন ষ্টুয়ার্ট অমসুং কোমতেগী প্রভাব চঙলমই। অসিগুম্বা রাখল চাউবা

পণ্ডিতশিং অসিদগী মহাক মানবতাবাদকী মশুংগী অর্থ খঙবা ঙমলমই। বঙ্কিমচন্দ্রনা অচুম অয়ান খিবা য়াবগী লম্বীতুদা চৎ-লমই। মহাকসু মানবতাবাদপু শোগৎপা মীশক অমনি। মীবু শুংশিবা হায়বসি মাগী মশাগী নীতি তাকপা য়াহৈনি। শুংশিবনা জগৎ অসিবু পুমকুপ কুপতুনা লৈ অমসুং মীওইখক্সু শুংশিবনা পুম্নমক্কগী পুমহেন হেনবনি হায়বসি মহাক খাজরমই।

মরম অসিদগী মহাক্না খ্বায়না খঙনরবা "বঙ্গদেশের কৃষক" হায়বদি বঙ্গদেশকী লৌউবশিং অমসুং "সম্যা" হায়বদি মায়বা কৌবা নিবন্ধশিং অসি ইখিবনি। মহাক্না জমিদারশিংনা কায়াম চাউবদগী লৌমীশিংবু ওৎনৈবতুবু শাথীনা নিন্দা তৌরমই। লাইরবা লৌমী, মাগীমি হায়বা কনাসু লৈজব্রবা পরম মগুলনা শিননবা ঙাইতুনা লৈখিবতুবু মসিগী নমুনা অমা ওইনা মহাক্না তাকই। ডিপুটি ম্যাজিস্ট্রেট অমা ওইবনা বঙ্কিমচন্দ্রনা লৌমী-শিংনা কয়ামুক য়াবগে হায়বতু খঙলমই। অমুক জুমিদাংগী পুন্সিদা লৌমীশিংনা পুলিশশিংগী, খুথাংচাবশিংগী, পেসকার-শিংগী, উকীলশিংগী, পুম্নমকসিগী মথক্কা জমিদারশিংগী চৈরমদা হিংই। লৌমীশিংনা শেন্দোনগী সমুদ্রগী লুরবা লৈখাদা লুপ্তুনা লৈ। জমিদারশিংদগী পুবা শেন্দোনগী শেন্দোই জ্যামিতিগী খুৎহেনদা চোংখৎলক্কুনা হেঙ্গৎলকই। শেন্দোন শিংগত্তবগী মথোয়বু ফু-চৈ, জেলদা থমই। অচৌবা রোহিত ঙানা ঙা-মচা য়োৎশিনবগুম জমিদারশিংনা লাইরবা লৌমীশিংবু য়োৎলি। বঙ্কিমচন্দ্রনা ব্রিটিশ ইণ্ডিয়াগী চৎনবিবা লম শান্দোকপগী পথাপ-তগী থোক্লকপা পাপশিংতু ময়ামদা শন্দোক্না তাক্কুনা খঙহল্লি। মসিগী নিবন্ধ অসিমক বঙ্গদেশকী লৌমীশিংগী "ম্যাগনা কার্টা"নি।

হৌজিক "পারম্যানেন্ট সেটলমেন্ট" তগী ভারতকী মুপী-শিংগী নীংখা তক্কগী সমস্যাশিংদা লাক্লসি। বঙ্কিমচন্দ্র মুপীশিংগী সংক্ষম থোকপা হকশিংগীদমক মায়োং য়াখিবা মীশক্লি। ঐবু

হায়জো হায়রবদি মহাক মুপীগী নীংখা তম্নবগী আন্দোলনদা মায়পুননা হোৎনখিবা লময়ানবা অমনি। মায়কৈ অসোমদা মহাক মশাদা চঙ চঙ লাউবা আধুনিকতাগী মিৎয়েং লৈরমই। মাগী নিবন্ধ "সম্য" হায়বসিদা মহাক্না ঐখোয়গী মুপীশিংগী শক্তি অমসুং মথৌনাবু কয়া য়াম্না মাণ্ডহল্লবগে হায়বন্থু উৎলি। ঐখোয়গী সমাজদা লৈরিবা মুপীগা মুপাগা খেন্নবা লৈরিবা অসিনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী চাউখৎনবগী খোঙথাংদা তপথহল্লি। মুপীশিংদা স্বত্তাধিকারগী হক পীদে। মখোয়বু মপুরোইবনা লৈখিত্রবা মতুংদা অমুক হন্না লুহোংবা য়াহন্দে। বঙ্কিমচন্দ্রগী মত্তা মুপীশিংবু ৩ৎ নৈবী, ওৎলিবনা মুপাশিংনি। মীল-না তৌখিবগুম বঙ্কিমচন্দ্রনা মুপীশিংবু সমাজদা হন্থনা থম্বীবগী সমস্যা নৈনরমই। চহী কয়াদগী চৎনরক্লবা শাস্ত্রগী মিৎয়েং অসিবু বঙ্কিমচন্দ্রনা আলোচনা তৌখিবা অসিনা ইংরেজী শিক্ষা লাকখিবগী অপাম্নবা মহৈনি। কোমতে-না তৌবগুম বঙ্কিমচন্দ্রসু মাগী অহানবা খুৎইশিংদা ঈশ্বর থাজ-দবগী খুৎইদা ইরমই, মাগী জ্ঞানগী মিৎয়েং বৈজ্ঞানীক ওইরমই। মহাক্না অচম্বা বৈজ্ঞানিক জ্ঞানগী মরমদা লাইরিক অমা ইরমই। মহাক্না মরৈবাক মচাশিংদা প্রাকৃতিক— বিজ্ঞান রসায়ন বিদ্যা অমসুং জ্যোতিঃ শাস্ত্রদা মপুকনীং চঙনবা হায়জরমই। মাগী মত-তা ভারতনা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা আধ্যাত্মিক জ্ঞানগীদমক য়েংলু নীংঙাই করিসু লৈতে হায়রমই। ভারতনা মপান লৈবাকশিংদগী তঙাইফদনা কাম্নরিবদি বিজ্ঞান্নি। মদু মতীকচানা লৈরবতদা ভারত মচাশিংনা নোংচুপকী মীশিংগা লাম্বা পাবা ঙমগনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা মরৈবাকপু মুংশিজবা "কমলাকান্ত" দা ফজনা মমি তাই। কানি চাবা কমলাকান্তনা মমালৈবাক্কীদমক তেংথাজে। মহাক্না লৈবাকসিগী হৌগ্রবা মতীক মঙালগীদমক তেংথাতুনা কপচৈ। মহাক্না কারবারবালাশিংগী মুংশি হৈত্রবা লমচৎ-শাজৎ ময়েক শেংনা উৎলি। "আমার দুর্গোষ্টব" তা বঙ্কিমচন্দ্রনা দুর্গা

লাইরেন্মীগী শক্তম ফজনা তাকই। লাইরেন্মীছু ইমা ভারতনি হায়বসি অমুক হায়রুদ্রবস্নু য়ারে। ঐখোয় ইমা ভারতকী মচানি। ইমা ভারত হায়বসিগী ভাব "আনন্দমঠ" উপন্যাসতা মপুং ফানা উবা ফংই। "কমলাকান্তের পোলিটিক্স" কৌবা নিবন্ধদা কমলা-কান্তনা হৌজিক্কী রাজনীতিবু মখল অনী থোক্লা খায়দোকই। অমনা শন-লাবা মালহল্লি, মহুদা থাংনা হেন্না শক্তি লৈহল্লি; অতোপ্পহুনা হুই মালহল্লি, মহুদনা চিয়োম্না রা-মচং ওইহল্লি। বঙ্কিমচন্দ্রনা নাকোইননা মাগী মতমগী রাজনীতিগী মওংছু মসিদা উৎলি। ব্রিটিশ রাজগী রাজনীতি শন মাল্লি। অহুনা ভারতকী রাজনীতিনা হুই মাল্লি। হুইগুমনা ঐখোয়না ব্রিটিশ রাজদা হায়জে।

বঙ্কিমচন্দ্রনা করেম কথাইনবা অমস্নুং হকচিন্না ইবা মাগী নিবন্ধশিংদা ইরিবশিং পুম্নমক মাগী উপন্যাসশিংদা শন্দোক্লা তাক-লমই। বঙ্কিমচন্দ্রনা মাগী ভাবধারাশিং ফজনা শাগৎলি অহুগা মাগী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিংদা ফোঙদোকই। মাগী উপন্যাস-শিং কুপ্না নৈনদ্রিবৈদা মাগী "কৃষ্ণ চরিত্রগী" মরমদা রাহে অমনী-দং পনবা য়াই। শ্রীঅরবিন্দনা বঙ্কিমচন্দ্রগী মরমদা পীখিবা খ্বায়না খঙনরবা অভিমতদা অস্নুমনা হায়রমই, বঙ্কিম ওল্লিবৈদা শেম-শাবা হৈবামা ওইরমই, মমৈথংদা বঙ্কিম ঋসি অমা ওইরমই। মসি য়াম্না মরু ওইবা অমস্নুং নীংশিংফম থোকপা রানি। বঙ্কিম মশানা মহাক ঈশ্বর থাজদবা মীনি হায়জরমই অহুবু মমৈথংদদি মহাক ঈশ্বর থাজবা মী ওনখিরমই। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরগী অবতারনি থাজরমই। অহুবু মাগী লাইরিক অমদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু আদর্শবাদী অমা ওইনা উৎনীংই হায়না কন্না হায়। আদর্শবাদী অমদা লৈগদোবা গুণ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণবু চেলহল্লি অমস্নুং লৈতেংহল্লি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মখল মখা য়াম্নবা থৌদোশিংগা ঐখোয়গা মরী লৈনদে। ঐখোয়দা হেক পাল্লিবদি মাগী রাজ-

নীতিনি। শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডথোকখিবা থৌদোশিংবু কুপ্না নৈনরগা বঙ্কিমচন্দ্রনা কৃষ্ণবু অচৌবা রাজনীতি অমনি হায়। মীতোপশিংগী মখুত্তা মীথা পোনবদগী লৈবাকসিবু কন্নবগীদমক রাজনীতিগী থৌদাং চঙই। রাজনীতিদফাও মরাল লৈবশিংবু দণ্ডি পীবা তাই, তঙাইফদ্রবদি ইমালৈবাক্কীদমক হাৎপাফাও য়াই। অশেংবা রাজনীতিদা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা মরুপ মপাং ওইবগী ফজবা মরী থম্নগনি অহুবু ঐখোয়গী য়াইফববু ওন্নথোকপদি চুমদে। জাতি খুদিংমক মরা তপ্না পানসন্নু হায়বসি বঙ্কিমচন্দ্রগী মশাগী নীতি তাকপা হৈনবী রাঙাংনি। শ্রীকৃষ্ণনা রাজনীতিগী অচুম্বা লম্বীহু উৎলম্মে হায়খি।

ঈশ্বরগী থৌজান্না মাগী রাখন্দা ফাওহনবীখিবদগী হান্ননা ইগ্রবা "বন্দে মাতরম" ইশৈ "আনন্দমঠ" তা হাপচিল্লমই। মমাং থরা গুনখৎনা বঙ্কিমচন্দ্রনা মাগী নিবন্ধ অমদা মতম অমদা মশাগী সংস্কৃতি অমসুং লাইরিক লাইস্নু হৈবগীদমক ফাওরম্বা নবদ্বীপকী য়াম্না তোম্বরকপা ফিভমহু উবদা তেংথারমই। মাগী থম্মোয়-শোক্লবা তেংথাখোন্না ঐখোয়গী থম্মোয় কায়রমই। মসিদসু মহাক্না মায়থীরবা ইমা ভারতকীদমক তেংথাখি ঐখোয়না খঙ-লিবহু মঙাই "বন্দে মাতরম" না জাতিগী আন্দোলনদা অঙকপা ঈছন অমা পীরমই। মসিনা নহারোলশিং অমসুং লানহৌবশিংদা মমালৈবাক্কীদমক কখোকপগী রাখল পোকহল্লমই। "বন্দে মাতরম" হায়বা ইশৈসিনা পোকহনখিবা ঈহুন্দগী অরবিন্দ ঘোষনা লান-হৌবশিংদা হৈনীংবমা পোকহল্লমই। মহাক্না বঙ্কিমচন্দ্রগী "আনন্দ-মঠ" তা উৎলিবা অহুগী মওংদা লানহৌবা খুৎপু অমা শেমগৎ-লমই। অওইবমক স্বদেশী আন্দোলন্না ইশৈ অসিদা অচৌবা লমন তোল্লি। "বন্দে মাতরম" সিদা নত্তনা বঙ্কিমচন্দ্রনা নীংতম লান্মীশিংনা থকসি খাসি ফজনা ঙাক্লবা সংস্থান অমসু থমগদৌবনি হায়বসি খঙলমই। থকসি খাসি ঙাক্লত্রবদি কনানসু পম্বুংফমহু

য়ৌবা ওমলোই। আনন্দমঠকী সন্ন্যাসী শিংনা ক্রোমওয়েলগী সিপাহীশিংনা তৌখিবগুম মথৌদা মপুক্লীং চঙবগা লোইননা ইমা ভারতকীদমক মথৱায় কখোকলমই। মখোয়বু সত্যানন্দনা দীক্ষা পীরমই। মখোয়না মখল মথেল কয়াগী মহৈ তমলমই। ভাগবত গীতানা মখোয়গী থম্মোয়দা অনৌবা ঈহুন ফাওহল্লমই অমসুং সন্ন্যাসী অমগী পুন্সি মরেনদা মখোয় পুন্নমক লেল্লমই। মখোয়গী অমত্তা ওাইরবা মথৌদি মমা লৈবাকপু মীতোপ মচাগী মীখা পোনবগী য়োংহল্লীংদগী নাম্থোকহনবা হায়বসিনি। শ্রীচিত্ত-রঞ্জন বন্দ্যোপাধ্যায়না হায়, বঙ্কিমচন্দ্রদা মহারাষ্ট্রগী নীংতম লান্মীগী লুচীংবা ফড়কেগী প্রভাব ফাওরমই। বঙ্গদর্শনদা "আনন্দমঠ" অহানবা হেক ফোঙলকপদা সন্ন্যাসীশিংনা ব্রিটিশ রাজগী মায়োক্তা লান হৌখি হায়বত্তু উরমই। অদুবু মথং ফোঙলকপদা আনন্দ-মঠতা বঙ্কিমচন্দ্রনা মহাক্লা হান্না ইখিবা মওংদু ওম্থোক্লমই অমসুং ইংরেজগী মহুত্তা যাবন হায়না থমলমই। মসিগী মরম মশানা অদুম মতাকই। বঙ্কিমচন্দ্রনা রাজ অদুগী চাকরী তৌবনিনা মপুক্লীংদা চিংনবা অমা পোকপদগী অম্থুন্না ওম্থোকখিবনি। ঐখোয়না মঙোন্দা ফড়কেগী প্রভাব তাখিবগী মরমদা অমুক নৈনরুবগী কান্নদে। ঐখোয়না নীংশিংগদৌবদি লালহৌ কাংবুদুগী শেম শাবগী মওং অমসুং সন্ন্যাসীশিংগী মথৌনা অমসুং মরীংজেল সনাগী ময়েক্লা ইগদৌবনি। অদুদি করিগীদমক ব্রিটিশ রাজগী নত্রগা যাবনগী মথক্তা হৌখিবা লালহৌ অদু মায়থীগ্রিবনো? বঙ্কিমচন্দ্র মশামক্লা মসিগী পাউখুম পীরমই। ভারত মচাশিংনা বিজ্ঞানগী জ্ঞান রাৎপদগী মতীক চাওরবা ব্রিটিশ রাজগী মখুত্তা মায়থীখিবনি। ঐখোয়না হায়নীংবদি সন্ন্যাসীশিং অদুনা মখোয়না লেপখিবা মুলতত্ত্ব অদু ইনবা ওমখিদে। মখোয়না লেপখিবা রাশক থুগাইরমই। ভবানন্দনা মহেন্দ্রগী মুপী কল্যানীবু পাম-লকপা, জীবানন্দগী মুপী শান্তিনা মঠতা লৈরবা অদুগা ধীরানন্দনা,

ইমুং মমুংগী ৱাখল্দা ঙাওরকপা অসিনচিংবা ময়ামসিনা লালহৌ অহুবু পুন্নাঙ মাঙহল্লমই। সন্ন্যাসী হায়বসিগী অচাবা অর্থদগী য়েংবা তারবদি মখোয় ময়ামহু সন্ন্যাসী অমত্তা নৎলমদে। সন্ন্যাসীদি অপাম্বা পুন্নমকপু লাকশিনবা ঙমগদৌবনি। তাইবংপান অসিগী অপাম মীহৌ পুন্নমক থাদোক্কদৌবনি। মসি ঙাকপা ঙমদবদগী মাঙ তাকপগী মথক্তা মায়থীবস্নু নঙথি। সিগী মথক্তা লাল হৌবগী মতমস্নু চারমদে।

বঙ্কিমচন্দ্রনা অতোপ্পা উপন্যাস "দেবী চৌধুরাণী" হায়বা'মস্নু ইরমই। মসিগী মপুং ওইবী নায়িকা প্রফুল্লা নত্রগা দেবী চৌধুরাণীবু ভবানী পাঠকনা মমালৈবাক্কী ৱাখল পোক্লনবগী তাকপী তম্বীরমই। দেবী চৌধুরাণীদি মপুরোইবা নীংবী য়ুমগী মৌনি। সিগী মথক্তা নোংদম্বনা মাবু থৌজানবীরমদে। মকুবোক্তা মাবু য়ুমদগী তাম্থোকপীরকই। শুকলবা উমং অমদা ভবানী পাঠক্কা মাগা থেঙনরমই। চহী তরানীথোই চুপ্পা মহাক অকনবা পাল্লা তম্লমই। মহাক্কা ভবানী পাঠক্কী মতেংদগী পৈশা য়াম্না তানশিল্লমই, অহুবু ওম্থোকপনি মহাক মপুরোইববু কাউবা ঙম্লমদে। মরম অসিনা মহাক নীংথা তম্বগী লালহৌগীদমক মশা কথোকচবা ঙমলমদে।

বঙ্কিমচন্দ্রনা জাতিগী লুচাংবা নায়ক অমা থিবহু থক লেপলমদে। মহাক্কা "সীতারাম" কৌবা উপন্যাস অমস্নু ইরমই। সীতারাম ঐতিহাসিক নিংথৌ অমনি, মহাক্কা মোগল সম্রাজ্যগা লান শোক্লরমই অহুবু লানফমদা মহাক মায়থীখি। বঙ্কিমচন্দ্রনা সীতারামবু মীচম অমদগী হেনবা মগুণ কয়ামরুম লৈরিবহু উত্তুনা ঘটনা অমা শেমগৎলমই। যাবনগী লান্মীশিংবু মায়থীবা পীহুনা মহাক নিংথৌ ওইরমই। মহাক্কা মতম খরা মোগল সম্রাজ্যবু মখা পোলহন্দুনা লৈবাক ৱায়েল্লমই। মাগী প্রজাশিংনা সীতারামবু জাতিবু কনবীবা মীনি হায়না ইকাইখুম্নরমই। সীতারামনা

মাগী হিন্দু অমস্মুং মুসলমান প্রজাশিংবু লৈবাক্কী থাপ্প থাপ্পবা মফমশিংদা পুত্নুনা য়েংহল্লমই। চাদ শাহ কৌবা মুসলমান ফকির অমনা মাগী অরু অরুবা মতাংদা পাউতাক পীবা মী ওই-রমই অহুগা মৃন্ময়ী অমস্মুং গঙ্গারামনা মাগী মন্ত্রীশিংনি। সীতা-রামনা মীচং মীখায় নাইদনা লৈবাক ৱায়েল্লমই। মাগী লূচীংদা হিন্দুশিং অমস্মুং মুসলমানশিং পুন্নমক মরা তপ্না পাল্লমই। অহুম ওইনমক মহাক্না থাদোকখ্রবা, মতম অমদা মাগী মুপী ওইরম্বী শ্রী না মাগী পুক্নীং হুখিবহু থক কাউবা ঙমলমদে। পুন্নমকপু কাওহনবা ঙমলবা মাগী পুক্নীং হুরবী শক্তমবু মহাক কাউথোকপা ঙমলমদে। অস্মুম তৌবদগী সীতারামনা মাগী লৈবাক ৱায়েনগী থবক্তা খোইজঙখিদে। শ্রী-বু অমুক হন্না মাগী মুপী ওইনবা হোৎনরমই অহুবু শ্রী-না সীতারামদা মাগী নিংথৌগী হৌনবী থবক-থানাদা নিংথিনা পাঙথোক্নবা হায়বহু য়ারমই, মাগী অপাম মুংশিগী ৱাহু ইল্লু হাযবদি য়ারমদে। মমৈ কায়নথংদা সীতারাম কণ্ডাওনরক্কুনা শা-ঙাদোনা মথোং মরম খঙলক্কে। ইকুই কুইদনা মহাক লৈখা তাখিরমই। মশাবু খুহুমচনবা ঙমজদবা নত্তনা মাগী অৱাৎপা অমত্তা লৈরমদে। মহাক্না শ্রী-বু পামজখিবহু হায়নীংঙাই পান্দম লৈখিদে। মসিমক্না মহাক জাতগী লূচাংবা অমা ওইবা ঙমলমদে।

মায়থীবা হায়বসি মায় পাক্লবগী যুম্মীনি। মতম অহুৱাইদা বঙ্কিমচন্দ্রনা মাগী "কৃষ্ণ চরিত্র" অমস্মুং "ধর্ম তত্ত্ব" ইবা লোইরমই। মপুংফাবা মী অমা ওইবগী হৌনবী মীহুগী মশাদা করি য়াওভম থোকপগে হায়বা মহাক খঙলমই। মী অমগী গুণ মরীথক লৈফম থোকই— হকচাং ফবা, জ্ঞানগী খোৱাংবা, কর্মগী খোৱাংবা অমস্মুং ফজ-নিংথিজববু খোবাংবা। হায়রিবা গুণশিং অসি খবগীনা হেন্না লৈ খরগীনা ৱাৎলি। মী অমগী মথৌদি হায়রিবা গুণশিং অসি মশানা চপ মান্নবা থাক্তা থম্বা হায়বসিনি। অস্মুন্না থম্বা

হায়বসি মী মশাতুনা মশাগী কৃষ্টিবু থিজিল্লবতদা ওইথোকই। শ্রীকৃষ্ণদা অসিগুম্বা গুণশিং অসি মশানা মশাগী কৃষ্টি খঙবদগী চপ-চানা য়াওই। শ্রীকৃষ্ণ তত্ত্ব খঙবা মীনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা মহাকপু জাতিগী নায়কনি হায়না লৌই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা জাতিবু শেমগৎ শাগৎকদৌবা মতৌকচাবা মীশক্তি হায়বসি মহাক থাজে।

খৃঃ কুম ১৮৯৫ দা বঙ্কিমচন্দ্রনা জাতিগী নায়ক অমা পুথোক-নবা হোৎনরমই। মহাক্না থিরিবত্থ মাগী "রাজসিংহ" হায়বা উপন্যাসতা ফংবা ঙমলমই। উপন্যাস অসি খৃঃ কুম ১৮৭৯ দা ইখিবনি। খৃঃ কুম ১৮৯৩ দা মসি অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরমই। অকোনবগী রাজসিংহ পুমনৌ নৌবা লাইরিক অমা ওইরে হায়বা য়াই। রাজসিংহ রাজস্থানগী লৈবাক মচা অমগী নিংথৌনি। অতুবু মহাক্না মপাঙ্গল কল্লবা মোগলগী নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবকী মায়োক্তা মপাস্কোম তিংলমই। হিন্দুশিংদগী লৌখৎ-খিবা ঝিঝিয়া হায়বা খাজনাস্থু লৌনবা আইন জারিরকপদা মহাক মৈ হৌনা শাওরমই। খাজনা অসি লৌনবগী রাতৌফমদি জাতি অনী লৈহনবগী রাফমনি। মতাংসিদা ঐখোয়না নীংশিংবা য়াবদি ব্রিটিশ রাজগী মতমদা বঙ্কিমচন্দ্র মতেক ময়াগী শাসনগী থবক্তা ইকাইবা কয়ামরুম নঙখিরমই। রাজ অসিনা ভারত-মচাশিংদা কাংলুপকী মুংশিদবা য়াওবা শাজৎ অমা চৎখি। ফনা কুইনা চাকরী তৌতুনা লৈজরবস্থু বঙ্কিমচন্দ্রবু ম্যাজিষ্ট্রেটকী ফমদা থক কাহনখিদে। সিগী মথক্তা বঙ্কিমচন্দ্রনা সনাথিবা কাংবুনা মরাল লৈতবা, আমেরিকাদা চান্না খুন্দাজরম্বা, মীশিংদা মী অমদা তৌবা হৌনদ্রবা শাজত্তা ওৎনৈখিবত্থ উপন্যাস অসিদা উৎলমই। মসিগী থৌদোক অসি বঙ্কিমচন্দ্রনা ইতিহাসতা মসিগা মরী লৈনবা রারী-রাখোঙ থিবদা থেঙনখিবদগী নীংশিংতুনা ইরম্বস্থু য়াই। রাজসিংহ কুটনীতি হৈবা মীনি। তুংদা করি থোক্লগদগে উবা ঙম্বা মী অমা ওইবনা মহাক্না করিগুম্বা ফিরেপ অমা লৌবা

তারবদা তহা তহানা খক লৌরমদে। মাগী খোঙলোইশিংবু ফজনা মথৌ শঙনবা তুংদা মহাক্না মোগল নিংথৌরেলগী মপক্তা লান হৌরমই। শোক্নখিবা লানতু "গোরিল্লা" লান ওংনি। মথৌনা ফবা, মরাংজেল লৈবা অমসুং লাম্থোংশিনবা হৈবা পুন্নমক অসিদগী রাজসিংহনা লানফমতুদা মায় পাক্লমই। উপন্যাস অসিদা বঙ্কিম-চন্দ্রনা ভারত মচাশিংদি মপাঙ্গল শোল্লি হায়না ইতিহাস ইবশিংনা পংহায় হায়জিনবতু য়ানীংদবা উৎনীংলমই। মাগী য়ানীংদবতু মহাক্না রাজসিংহদা ভারত মচাশিংদি মপাঙ্গল কল্লি হায়বতু মাগী লাম্থোংশিং বগী হৈশীংবা উত্তুনা চপচানা ফোঙদোক্লমই। ঔরঙ্গ-জেবনা রাজসিংহদা মকোক নোনবা তারমই। সীতারামগা ওন্ন-তৈনবদা রাজসিংহদি মশাবু মশানা লাকশিনবা ঙম্বা নিংথৌনি হায়বতু তাকই। রাজপুতকী নিংথৌ মচানুপী চঞ্চলবু মোগলগী নিংথৌরেন্না নমতুনা ফাগনি হায়না কিহল্লকপদগী মহাক্না রাজ-সিংহদা মাবু কনবীনবা চিঠি ইরকলমই। চিঠিতুদা মহাক্না রাজ-সিংহবু শ্রীকৃষ্ণগা চাংদম্নরমই। মহাক্না রাজসিংহদা মাবু ফাবীরো হায়জরমই। নিংথৌনা অতুমক তৌরমই। অতুবু চঞ্চল-না মাবু মাগী নুপী ওইনা লৌশিনবীয়ু হায়জরকপদদি মহাক্না য়ারমদে। করিগুম্বা চঞ্চলগী মপা নিংথৌ, বিক্রম সোলাঙ্কিনা য়াফমতু য়ারবতদা মহাক্না চঞ্চলবু লুহোংগনি হায়রমই। রাজসিংহনা মশাবু য়ারকপা ঙমই হায়বসি থৌদোসিনা তাকই। চঞ্চলগী নিংথিজবী শক্তমনা মাবু শুমহৎপা ঙমখিদে। অতুগা অমরোমদা মশাগী অপাম্বতু থুংননবা তহা তহানা ফিরেপ লৌখিদে। মহাক অপাম মিহৌববু তুক্কচ্চে। হিন্দুশিংনা মূর্তি লাৎপবু কাফেরনি হায়না তুক্কচ্ছখিবা ঔরঙ্গজেবপু হিংচাবা হিরন্য কৌশিপুগা চাংদম নরমই। রাজসিংহনা মহাকপু ফজবা পারা অমা তম্বীগে খল্লমই। ফিদম লৌনীংঙাই ওইবা নায়ক অমগুম্না মহাক্না পাম্বতুমক পাঙ-থোকখিরমই। অসুম্না জাতিগী আন্দোলনদা লমচৎ শেম্বমা

চঙই হায়বসি বঙ্কিমচন্দ্রনা ঐথোয়দা তাক্লমই। হকচাংগী পাঙ্গল-তনা অতৃগা জ্ঞান লৈবা ঙাকনা থব্বায়না তাবা ম়হৈ থক ফংবা ঙমদে। অসিগুম্না কর্মদা, ম্নুংশিবদা অমস্নুং ফজবদস্নু অতৃমঙাই। ময়াম চুংশিন্নবা কথোকপা, জ্ঞানগীদমক থৌরাংবা, ইথৌ পাঙ-থোকনীংবা, নীংথা তমনীংবগী ব্বাথল অমস্নুং মী থুদিংমক অমগা অমগা চপ মান্নে হায়না থনবা পুন্নমক অসিনা আদর্শ লৈবা রাজ্য অমা শেমগৎপা য়াগনি হায়বসিনি বঙ্কিমচন্দ্রনা জাতিগী আত্মা-জ্ঞানগী অমস্নুং মরৈবাক নীংবগী মরু ওইবা ব্বাফম ওইনা থমলম্লিবা। □

# বঙ্কিমচন্দ্রবু খ্বায়দগী হেনবা কলাকারনি হায়বসিবু শোগৎপদা

প্রোফেসর ক্ষুদি রাম দাস

হৌখিবা মতম খরদা বাংলাগী সমালোচনা সাহিত্য কুপনা নৈনরকপদা বঙ্কিমচন্দ্রবু য়াম্না মগুণ লৈরবা লেখক, থোইদোক্না পুন্সিগী শক্তম তাকপা কলাকার অমনি হায়না লৌনবদগীদি নীতি ঙাকনা চৎপা অমসুং মরৈবাকপু পংথুংদা মুংশিজবা হিন্দু লেখক অমনি হাযবসিনা হেন্না য়ানবগুম তৌই। অসিগুম্বা য়াম্না অখুবা অমসুং মীচং মীখায় নাইবা ৱাফমসি হৌজিকসু বাঙ্গালী সমাজগী অৱাংবা থাক্কী কাংবু অমদদি অতুমক লৈরি অমসুং মখোয়না হৌজিকসু মাবু মহাক্না সাহিত্যদা অবদান তৌরম্বা খুৎশেমশিং অতুবু করিসু থওইদনা ঋসি অমনি হায়না অতুম নীংশিংনরি। শেংনা হায়বা তারবদা সাহিত্যদা মহাক্কী হৈনীংবগী ৱাখল হন্থ-রকপা মতাংদা সমাজগীদমক অৱাংবা ৱাখল খঞ্জবা অমসুং বঙ্গদেশকী নবজাগরণগীদমক হোৎনবদা লময়ানবা অমসু ওইখিবা অচৌবা ঔপন্যাসিক অসিনা মশাগী ওইবা সামাজিক ধর্ম তত্ত্বগী ৱাখললোমদা কন্না মায় ওনশিল্লমই। হায়রিবা মাগী ৱাখলসি-মক্তি সংস্কার তৌরবা হিন্দু ধর্মগী মশকনি, মসিগী য়ুমফম্না গীতা অমসুং নোংচুপকী কোমতে, মিল অমসুং বেন্থেমগী চৎনরিবা সুত্র-শিংগা তোংশিন য়ানশিন্নরগা শেম্বশিং অতুনি।

অতুগা মসিমসু অচুম্বনি মতুদি মাগী কল্পনাগী ৱাহীশিংদা অশেংবা পুন্সিগী শক্তম উৎননবগী থৌদোক ৱাথোক অমসুং চরিত্রশিং শেম-শাবদা মহাক্না হায়খ্রিবা মচাকশিং অসি শিজিন্নে।

ঐখোয়না খণ্ডলিবত্থু মণ্ডাই উপন্যাসকার অমনা মাগী ভাবনা শাগৎ-লিবা নত্রগা খল্লিবা অত্থু ফোংদোক্লোংবা মওংদা ঘটনাশিং অত্থুগা চান্নহল্লগা ফোংদোকপা য়াই, তৌবতবু অস্তুম তৌবদা শাগৎ-লিবত্থুগী মন্নুংদা চেল্লিবা কলাগী ফজবগী মগুনশিং অত্থুবুদি লেং-হনদনা থমই। ধর্মগী পাউতাক মানবা ৱাফোংদোক খরদি বঙ্কিমগী মমৈথংগী উপন্যাসশিংদা মতমত্থুগী চনৈনরবা লৌথুপ লৌকোই লৈরবা অপাবশিংনা পান্নবগীদমক হাপলমইদি হাযববু মত্থুনা মাগী চরিত্রশিংগী মন্নুং হুক্তিল্লবা অশেংবা মশক অত্থুবুদি শোকহল্লমদে। মহাক্কি মতমত্থুদা পুমতোপ তোপ্পা মীশক অমগুম হায়বদি কাল্পনিক অমস্তুং মীওইবা জাতিবু মুংশিবা অমা ওইনা থৈদোক্তুনা লৈ। প্রকৃতিগী ফজবা শক্তমবু চরিত্রশিংগী থম্মোয়-মুংদা পোক্লকলিবা লানফমগা য়ান্না চান্নহন্দুনা থাবদা বঙ্কিমগা পাবা য়াবা অমত্তা লৈতে। সমাজগী অমস্তুং ধর্মগী মীচং মীথায় নাইবগী ৱাখল মাগী চরিত্রশিংনা পোক্লকপা মতমদা বঙ্কিমনা মশানা নোংপোক নোংচুপ অনীগী মরক্তা মত খেন্নরিবা অত্থু মাংদা থম্লগা ঐখোয়গী সমাজবু অস্তুম তৌরবদি শেমগৎপা য়াগনি হায়না মানা লেপচবা নীতিরোমদগী য়েংলগা লেপই। অত্থুম ওইনমক অয়াম্বা মতমদা মহাক্না পামলিবত্থু চুমলপ্রা হায়বত্থুদি চাংয়েং ওইনতা মথমই। সাহিত্যগীদমক ইবদা কলা অমস্তুং ফজবনা মরু ওইনা খল্লি হায়না বঙ্কিম মশানা হায়খিবত্থুমক মথাদা হাপচরি। মসি মহাক্না ভবভূতিগী "উত্তর চরিত্র" গী মরমদা ইখিবা আলোচনাদা পীখিবা মাগী মতনি।

"ফজববু শেম-শাবা হায়বসিনা কাব্যগী মরু ওইবা পান্দম-নি। অপাবশিংগী থম্মোয়বু শেংদোকপনা কোম্না খন্নগদৌবা ৱাফমনি।"

মাগী উপন্যাস "সীতারাম" গী অহুমশুবা শরুক্তা মহাক্না অস্তুম্না হায়, "উপন্যাসকারনা মরু ওইনা খনগদৌবসি মন্নুংগী

অরোনবশিংহ্ কমদৌনা খঙগদগে হায়বসিনি, হায়বদি চরিত্রশিংগী থম্মোয়মুংদা অমসুং চরিত্র মশেনশিংগী মরক্তা লৈনরিবা অমগা অমগা মত খেন্নবগী মুক্কবগী ৱাফমহুনি, মপাম্বোংগী থৌদোকশিং উৎপদি অৱাইবা ৱানি অমসুং মরম চারবদি অসিগুম্বসিদি থাদোক্লমবস্থ য়াই।" মফম অসিদা ঐনা মহাক্কা পল্লম্বা ইতিবৃত্ত নত্রগা ঐতিহাসিক ঘটনাশিং হায়বগী মহুত্তা দার্শনীক বিবেচনা হায়না থমনীংই।

মথক্তা পন'খবা উপন্যাসকার অসিগী মরমদা লান্না লৌনখিবা অসিগী মথক্তা অতোপ্পা য়াম্না থুন্নং ওইবা অমসুং তরাই তরাইনা হেক্তা মহায়দোকপগী ৱাঙাংদা মহাকপু পরম্পরাগী চৎনবী ঙাকপা হিন্দু ধর্মবু অমসুং মহুগা শাগোন্নরিবা অখুবা মিৎয়েং অমসুং অন্ধ বিস্বাসকী থাজনবীবু ঙাকলিবা মীশকনি হায়বমস্থ হায়জিল্লি। ৱাফম অসিমস্থ ঐখোয়না পুমলাল লাল্লবা অমসুং মীচং মীখায় নাইবা মিৎয়েংনি হায়না ককথৎকদোবনি। উপন্যাসকার অসিনা অকোনবদা ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা ইরম্বা নিবন্ধশিংনা তাকলিবদি মহাক হিন্দু কোড হায়না খঙনবা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা য়াম্না খুরবা হিন্দু ধর্মগী নিয়মাশং অসি হৌজিক্কী ইউরোপলোমদা মতম চারে হায়না য়ানরহুনা চৎনরিবা অমসুং বৈজ্ঞানীক ওইবা মওংদা ফত্তবামখৈ শেংদোক্লগা চৎনহনবা মহাক পাম্লমই। চাউরবা উপন্যাসকার অসিনা লুহোংহুনা লৌনবা নত্তবা অনীগী মরক্তা নত্রগা অহানবদা লুহোংহুনা লৌনবগা য়াম্না থুনা কায়নখিবা অনীগী মরক্তা নত্রগা লুহোংলবা মীওইশিংনা অতোপ্পগা লোঞ্জা লোম্থ্‌পননা মরী লৈনরিবা অশেংবা মুংশিনবগী চৈথেংহু ফোঙদোক্তুনা ইবদা কৰিস্থ নাচুংখিদে হায়বসি থেঙ-নবীরবনি। হৌজিক ফাওবদা ঐনা উপন্যাসকার অসিবু তাকপদা মীমুংশি য়াওত্রবা অমসুং মখোয় মখোয়না পাম্বা 'মতবাদ' অহুবু উপন্যাসকার অসিনা শৌগৎলমই হায়বহু উৎনীংবগী মিকাবনা

থুমহৎগ্রবা অমসুং মহাক্কী কলমগী হৈশীংবা অতুমকনা মহাক্না অশেংবা পুন্সিগী সমালোচনা অমা ওইনা মিংচৎ থম্বা ঙমখিবা মগুণতুবু থিজিন্নীংদনা ইখিবা সমালোচক কাংবু অমনা ইখিবশিং হাল্লা পুথোক্কুনা খঙহনখ্রে। হৌজিক্কি মহাক্না ইখিবা খ্বায়না য়াম্না পাম্লনা পানগ্রবা উপন্যাস খরগী অশেংবা মশক্কু নিংথিনা য়েংলগা মাগী অশেংবা শক্তম তাক্লবা হোৎনজরগে। অতুমকপু মসি পায়খৎত্রিঙৈ মমাংদা ঐনা অপাবশিংদা হায়জনীংবদি মুংশিবা অমসুং হকথেঙননীংবা অপাম মিহৌবা হায়বসিনা মাগী উপন্যাসশিংগী মপুং ওইবা ভাব ওই অমসুং অসিগুম্বা মুংশিনবগী ৱারীগী খোঙফম, লুহোংতুনা য়ুম্বানমিন্নবশিংগী নত্রগা লুহোংদনা অমসুং আইন্না ম্বাবা য়াদবা খঙদনা অরোনবা মরী লৈনবা কাংবু-শিংগী মরমদা ইবশিং সাধারন ওইনা অৱাবদা লোইশিল্লি হায়বসিদা ময়ামগী পুক্নীং চিংশিঞ্জরি।

মহাক্কী অহানবা উপন্যাস "দুর্গেশনন্দিনী" দা অপাবশিংদা তাপ হেক উহল্লিবসি আয়েষানা জগৎসিংবু অরোইবী থাদুনা মুং-শিজবা অতুগা নায়কনা মতুবু ইফোঙ ফোঙদোক্কনা ওকচখিবা অমসুং আয়েষাগী থম্মোয়দা অমুম্না খল্লিবতু মানা কয়াদা হরাউজ-খিবা হায়বসিনি। জগৎসিং অমসুং তিলোত্তমা অনীগী মুংশিনবা অমসুং মমৈথংদা মখোয় অনী লুহোংমিন্নখিবগী ৱারীদা মখোয়-নীগী মমুংশিনতু অপাবশিংগী মফমদা চপ চানা পালহনবা ঙমদে। আয়েষানা জগৎসিংবু মুংশিবসিদা কনাগুম্ব শাস্ত্রনা চপয়ুংনা থাজবী সমালোচকশিংনা হৌনদবা থোদোনি হায়বদা অমসুং অসিগুম্বা হৌনদ্রবা মুংশিনবগী মরী অসিনা মখোয় অনীমকপু মাঙ তাকহল্লগদোবনি হায়রমলবদি ঐহাক করিস্ু ঙকলমলোই। অদুবু ঐনা খঙবদা মখোয়না অইববু মত্তং অসিদা মরাল থক শিথিদে মসিগী চাউরাকপা মরম হায়ববু অইবনা আয়েষাবু ওম্মোক্না ৱাংনা থাগৎলমই অমসুং মাগী মুংশিবা মমুংশিতু স্বর্গদগী

পৃথিবী অসিদা পুরকপা মঙাম্লি হায়না শীংথারম্বত্রুনা ওইরম্বা য়াই। মতাংসিদা থোইদোক্লা নীংশিংবীগদোবা অমনা হিন্দু পাথং অমগা মুস্লিম লৈশাবী অমগা উম্নরকপগী মতাংশিং লীরকপদা অইবনা হিন্দু ধর্ম চৎপশিংগীদি মসি নামুংবা থোদোনি হায়বসি মিকুপ অমফাও মশাদা ফাওখিদে।

মহাক্কী মথংগী উপন্যাস "কপালকুণ্ডলা" দদি পুমতোপ তোপ্পা য়ুমফম অমদা লেমই। লেখকনা নুপী ওইবীগী থম্মোয়দা অপাম নুংশিগী য়াওভম থোকপা ইরাং অমত্তা য়াওদবী অমবু নায়িকা ওইনা লেমলিবা অইবগী করম্বা মথলগী কল্পনানো থিবা য়ারবস্থু, অইবনা উপন্যাস অসিগী অহোবদগী লোইবা ফাওবদা ইরিবা খুৎইসিদি অঙকপা ফংলবা কল্পনাগী কলা মথল অমনি। অসিগুম্বা খুৎই রোমান্স নত্রগা উপন্যাস কৌনীংবামা কৌসম্নু অত্থুগা কপালকুণ্ডলাদা মোতীবীবীনা অত্থুগা "রাজসিংহ" দা জেবুনীষানা উৎখ্রিবা কখোকপগী মতৌশিং অসিদি তোল্লবা নুপী অনীগী মফমদা থোইদোকপা মীনুংশি উৎপনি হায়নীংই। করিগুম্বা বঙ্কিমগী মপুক্লীংদা হিন্দু ধর্মগী মতবাদ অমা লৈরম্বা থোক্লবস্থু অইবা অমা ওইনা মশাগী অচুম্বা কলাগী চেতনাদা মত্থুনা করিস্থু তৌরুবা ঙমখিদে।

মহাক্কী অহুমশুবা উপন্যাস "মৃণালিনী" স্থু বকটিয়ারগী লান-মীশিংনা নবদ্বীপপু নৈথিবগী চঙখোম্না থাখিবা শরুক খরত্থু নত্তুনা য়াম্না রোমান্টিক ওই অমস্থুং কবিতাগী ফজবা পুন্নমক্লা লৈতেংই। মসিদস্থু অইবনা পশুপতি হায়বা মবুক মাঙবা মন্ত্রীত্থুগা মনোরামা কৌবী পংজরবী লুখ্রাবীত্থুগা (তৌবগীদি মহাক পশুপতিনা চহী কয়াগী মমাংদা লুহোংখিবত্থুনি অত্থবু মসিগী রাসি পশুপতি মশানা মাগী অরোইবা ফাওবদা খঙজখিদে) লৈনখিবা ওক্ত লমচৎকী মতাং ফজনা ফোঙদোকই। বঙ্কিম মশাদা শেক্সপীয়ারদা তৌবগুম কল্পনা শক্তিগী মনুং ফাওনা উবা ঙম্বগী পীথোরকপামা য়াওরি।

মহাক্লা পৃথিবীবু স্বর্গগা অদুগা স্বর্গবু পৃথিবীগা। মায়পাক্লা তিনশিন্ন-হনবা ঙমলমই, হায়বদি, অশেংবা পুন্সিগী শক্তম শাগৎপা ঙম্নমই। মরম অসিনা মাগী "রোমান্স" শিং মহাউ লৈতবা অরেম্বদা পংশক শকচিনবা ইশৈ ওইরমদে, অহোইনদুম অরাপ্নদা থোকখিবা পুন্সিগী অশেংবা থোদোক্‌ম উহল্লি। দুর্গেশ নন্দিনীগী আয়েষা-গুম মৃণালিনীগী মনোরমাসু তম্বদা থোক্লোইদৌবা চরিত্র অমনি—মিত্রংগী উপু মন্নুংদা লোৎশিন্দুনা থমলিবা অপাম মুংশিববু অরোই অথম লৈতনা ফংগে তান্নরিবা তোপ তোপ্লা মাগী মরোশীংনা শেমগং'খিবনি। অসিগুম্বা থিজিনবা অসিদগী ফংখিবা মহৈনা মমৈদা ইরকখিবা উপন্যাসশিংগী মূলভাবনি ; উপন্যাসশিং অদুদি, বিষবৃক্ষ, চন্দ্রশেখর, কৃষ্ণকান্তের উইল, রাজসিংহ অমসুং সীতারাম অসিনচিংবনি। মমা অমবু মপা অমবু অমসুং মমা মপানা মচাবু মুংশিববু মপুং ওইনা উৎপা মহাক্লা ইথিবা উপন্যাসশিংদা য়াঙ-থিদে। লোইবা থম্বা নাইদনা লৈহৌরগদৌবা মুপা মুপী অনীগী অমনা অমবু চিংশিন্নবগী মরীনা মুপা মুপী অনীগী অরোই অথম নাইদনা অমগা অমগা চিংশিন্নবগী মিহৌনবা অসিনা মাগী থুংই পুন্নমক্কী মপুং ওইবা রাফম ওইহল্লিব। অসিনা ঐখোয়দা নীংশিং-হল্লিবদি শ্রীচৈতন্য অমসুং বৈষ্ণব সাধকশিংনা উৎপীখিবগুম বৈষ্ণব অমসুং বাউল ইশৈশিংদা 'পরকীয়া প্রেম' অমসুং মসিগা ইরোই-নরিবা অৱা অনাগী চৈথেংশিংনা মপুং ওইহল্লগা 'প্রেম' হায়বসিবু রোমান্টিক ওইনা পুথৎলমই হায়বসিনি। শ্রীচৈতন্য অমসুং বৈষ্ণব সাধকশিংনা অসুম্না তাক্লমই,

"রাধাগী কৃষ্ণ প্রেমদি কোন্সেং সনানি
ফংগনি মসি কল্পনানা শেম্বা জাম্বুনাদতদা,
পাক ফংফদে তাইবংসিদা
ফিজোন্নরিবা অমাং অতাগী লৈখোম লৈনাংনা।"

অমুক শকই সাধক কবিনা—

"থোকখ্রবদি অসিগুম্বা মিলন পৃথ্বীসিদা,
পোক্লরোই রাখল কায়নবগী অনীতুদা
শিত্রি'মথৈ মখোয় অনী।"

মহাক্লা ইশৈতু লোইশিল্লি অস্নুম্না—

"মাঙফদ্রবনি মসি অতুবু অস্নুম মশকলি মসিগী রা
অতীন্দ্রিয়বাদী শৈরংবশিং।
ওস্থোকপনি, থাজদে অতুবু সংসারসিগী মীনা
অসিগুম্বা কংগ্রবা ময়াই ঈখৌসিগী।"

তৌইগুম্বসুং বৈষ্ণবশিংনা লুহোং খোংদোংতুনা পুরোহিত অমসুং মৈগী মতেংদগী শেমখিবা লৈপুন্না অসিগুম্বা মুংশিবগী হৌরকফমনি হায়বতুদি য়ারমদে, মরমদি খম্বম্বদগী হায়বদি বিরহ-দগী থোক্লকপা খ্বায়দগী হেন্না অপেনবা পোকহনবা মম্নুংঙাই অতুমদি মসিদগী ফংবা ঙমদে। অতুগা মখোয় অনীবু অমগা অমগা তিন্নবা য়াদনবগী মুঙগী চেকপলস্নু খক খাখিবা লৈতে। সমাজনা তৌফদবনি হায়না থিংবসিদা অরোনবা মুংশিনবগী ঈখৌ লাংনববু হেন্না মথৌ শঙই।

ঐখোয়না বঙ্কিমগী উপন্যাসশিংদা য়াওরিবা অম্মোবী মুং-শিবগী মতৌসি য়েংবদা মুংশিনরিবা অনীতু, লুহোংববু ওইরবস্নু হোংদববু ওইরবস্নু মখোয়গী অরোইবা খোঙফম য়ৌরমদাই, মিকুপ খরদংগী পুন্না তিন্নবতু ফংদ্রিতৈ মমাংদা হায়নীংঙাই লৈত্রবা অৱা অনা থোদো থৌওং কয়ামরুম নঙই; নত্রে হায়রগা মুংশি-নরিবা মখোয়না মখোয় অনী মমাংথৈদা লুহোংমিন্নথি হায়বসিগী করিগুম্বা খঙনীংঙাই ইঙ্গিৎ অমত্তা পীদে; মখোয় অনীগী মরক্তা অমদদি লুহোংখি হায়বগী রাসি সুপখঙ খঙহন্দনা থমই। থম লিবা মওংতু ঙম্মোক্লা লুরবা, পাক হেক খঙবা ঙমদনবা নমথাক তৌতুনা থমখিবদগী মখোয় অনীনা মুংশিনরিবগী ঈৱাংতু "পরকিয়া রতি" গী মতৌ চপচানা মালহল্লি। অতৈ উপন্যাসশিং খরদনা

য়াদে থিংবা অপাম মুংশিগী ইরাং পুন্নমক কে মৌনা, মিৎ তাংলবা সমাজ অসিনা করি তৌরক্কদগে হায়বগী করিস্সু নাচুংদবা মওংদা উৎথোকই। বঙ্কিমচন্দ্র প্রকৃতিগী শাজৎ মুন্না খঙলবা হৈ-শীংলবা কলাকারনি। সমালোচক খরনা মখোয়গী মীচং মীথায় নাইবা মিৎয়েংদগী অপাম্বা হায়নীংবা কয়া হায়জরবস্সু মহাক হিন্দুগী ধর্মনীতিদা অয়োৌবীদা থাজবা মী নত্তে।

বঙ্কিমচন্দ্র মশানা পরকীয়া রতি নত্রগা লুহোংদনা লৈনবা মুংশিনবগী মরী নত্রগা হৌনদবা মুপা-মুপীগী মরী লৈনবগী মরোইনশিং অসিদা য়াওরিবা থিংঙমত্রবা শুমহৎনীংঙাই মচাকশিং অসিনা অককনবা পুন্সি খোঙচৎপু তাওথোকহনবা ঙমই হায়বসি ময়ামদা ফোঙদোকচবা অসিদা ময়ামনা ঐবু ঙাকপীগনি। মখাদা পীজরিবশিং অসি মহাক্কী মপুংফারবা কলমদগী চেন্থরকখিবা "সীতারাম" হায়বা উপন্যাসতা সীতারামনা শ্রী হায়বী ঙরাং নহান্তা ইনৌ নৌনা উন্নখিবী মুপীদুগা অমত্তা ওইনা তিন্নীংবগী থাঙবা ঙমত্রবা অপাম্বা অদুবু লীখিবা অদুদগী লৌথোকপনি,

"খুৎ চল্লবা অমস্তুং মহাউ খঙলবদু ঐখোয়গী খঙবা ঙম্বগী চাংজৌন্নুংদা অকক্লনা লৈরি, অদুগা খক লোইনখিত্রিবা, করম তৌরমগদগে হায়না ভাবনতা মশাবা য়াবা অদুদি থম্মোয়ন্নুংদা অকক্লবা মফম অমা কন্দুনা অদুম মরৈ। খঙত্রিবদুগী ঈপাকথক্তা নত্রগা কংফালদা খক উখিত্রিবা মঙান অমনা তরং তরং লংহল্লি। অসিগুম্বা মিহৌহল্লিবা অসিবু নহাক্না মুংশিবা হায়না কৌবা তারবা অদু ওইরবদি উফুল-রাইফুল চেল্লবা পৃথিবী অসিদস্সু "মুংশিবা" কৌবদো তশেংনমক লৈ। মসি অওইবমক অঙকপা অমনি। খঙত্রিবা মহাক্তো হায়ভম খঙত্রবা শুমহৎয়াইনা কুপশিল্লনি। খঙলবদো, লেঙত্রবদো, মহাউ তংলবদো ওই তত্তনা তুকচ্চন-ফম। হে খঙত্রিবাও! নংগী শুমহৎয়াই মপান নাইদে। অওইবনি নহাক মপান নাইদবসিগী মচেৎ অমনি, শরুক অমনি।"

কবি রবী ঠাকুরস্থ অসিগুম্বা অরাপ্পদা লৈগ্রবা অমস্থং খণ্ড-খিত্রিবহুগী ঈখৌলাংবা অমা পোক্লমই অমস্থং অসিগুম্বা ভাব অসি মক্তনা তুংকোইনা লৈহৌরগদৌবা মমল য়ামলবা কবিতা কয়ামরুম ইগল্লমই হায়বসিদা মতাং চাদবা ওইরোই।

ঐখোয়গী উপন্যাসকার অসিগী মরীশুবা উপন্যাসতি "বিষ-বৃক্ষ" হায়বা নহা ওইরিবা লুহোংবতা ঙাইরিবা জমিদার অমগা নৌজরিবী, থোইদোক্না চমজরবী, লুখ্রাবী অমগা লৈনখিবা লুহোং-দনা লৈনবা মুপা মুপীগী মরীগী ৱারী অতুনি। উপন্যাস অসিগী মতাং অমদা লৌনম চাউবা. অপাম মিহৌবদা পেনবা নাইত্রবা, মুপা অমগা অমস্থং ঈরাং থাংদবী মুপী অমনা মাবু চমনা মুংশি-রুবগী অতোপ্পা ৱারী অমগা য়াওই। উপন্যাস অসি অৱা-মুংঙাই অনীগীনি। সামাজিক উপন্যাস অসিগা অমস্থং মসিগা মওংদি মান্নরগা হেন্নদি ফজনা ইখিবা "কৃষ্ণকান্তের উইল" হায়ব-তুগা অনীসিদা উপন্যাসকার অসিনা লুহোংলবশিংগী মুংশিনবা মমুংশিত্নবুনা য়ানীংবা অতুগা লুহোংদনা লৈনবা মুপা-মুপীগী মরীবুনা হস্থনা য়েংই হায়বগীদমক সমালোচক খরনা য়াম্না কন্না মাবু হুন্দুনা ঙাংখি। কৃষ্ণকান্তের উইল হায়বসিদস্থ মপুং ওইবা নায়কনা মাগী হকপান্নরিবী মুংশিরবী মুপী অমা লৈনা লৈনা কা হেন্না ফজরবী লুপ্রাবী অমগা লোইননা চেনখিবগী ৱা য়াওরি। অনীসিগী খেন্নবা হায়ববু অহানবগী উপন্যাসতা মপুং ওইবা নায়ক-কা নুপীমচা অমগা লৈনরুবা মরুপ্পীগী মরীত্থ মুপী-মচাত্থগী তোল্ল তারবা মতৌত্থদা মীমুংশি পোকলুবদগীনি; অম-রোমদা অনীশুবা উপন্যাসতনা মপাস্থোংগী ঘটনা খরদগী, প্রমান ওইনা হায়ররদা, কৃষ্ণকান্তগী উইল ওস্থোক ওনশিন তৌবত্থনা মরু ওইবা ৱাহৌ ওইহল্লি। অত্থমকপু মসিদস্থ মীমুংশি অমস্থং থৌজ্ঞালগী ৱাস্থ ৱারীদা অচৌবা শরুক য়াহল্লি। অত্থ ফাওবদা ৱারুনী পুখ্রীদা লাইবক চাউরবী রোহিনীনা ইরাকনক্তে তাজ্ঞা

চানরুবদগী গোবিন্দলালগা থেঙনখিবা অতুনসু অচৌবা লাইগী নোংদম অমা ওইহল্লি। মাগী অনীমকসিদা মরু ওইবা নায়ক-শিংতু "পরকীয়া" ভাবনা শুমহৎখিবসি মীওইবগী পুন্নীংগী মহৌশাগী ওইবা বিকারনি অমসুং মসিমক্লা মখোয়না মশা মশাগী মুশীবু থাদোকখিবসিগী চপ চাবা মরমনি হায়না উপন্যাসকারনা হায়। উপন্যাসকারনা হকচাংগী শাওং শাদা ফজবনা অহানবা হেক উন্নবদা খঙহৌদনা মুংশিবগী ঈরাং পোকহন্নবগী মপুং ওইবা মচাক অমনি হায়। মাফম অসি চৎনরকপীগী থাজনবদসু অতুগা হৌজিক্কী অনৌবা মাখলদসু অতুম ময়ানৈ, তৌইগুম্বসুং উন্নগ্রবা অসিগী মতুংদা ওইরকলিবা মীওইবগী হৌনশা অপাম মিহৌবা, মুংশিবা অমসুং পুন্সিদা থেঙনরিবা লানফমশিং, মশাগী হৌনবী ঈচেল অমা হৌজিক কা-গী উপন্যাসশিংদা তৌবগুমনা চেন্থরকই। চরিত্রশিংগী থম্মোয়মুংদা মুরুরিবা মওংতুগা চানবা ঘটনাশিং শেম্বগী মথৌ তারকপগী মতুংইন্না শেম শাবদা বঙ্কিমনা য়াদবা লৈতে। অসিগুম্বা মুরুবগী মাখোকশিং অসি মহাক ফজনা উৎখি হায়বসি সুমতি অমসুং কুমতি হায়বী অনীনা গোবিন্দলালগী মপুন্নীংদা ফৈ ফত্তে হায়না য়েৎনহনবামা উৎখিবতুনা মসিগী প্রেমাম্নি অমসুং মসিবু মহাক্লা অসিগুম্বা মুকনবগী মশানা লাকচবা থোদোনি হায়না তাকই। অপাবশিংনা ভ্রমরগীদমক থোইদোক্লা থম্মোয় শোকখি, মাগা লোইননা কপমিন্নখি অতুবু প্রেম হায়বতুগী ঈচেলদি মরা তপ্না খক চেনবা ঙমদে অমসুং অসিগুম্বা মতাংদা অম্সুম ওইভম থোকই হায়বতুমক অতুম মওইরমই। বঙ্কিমগুম্বা উপন্যাসকার অমনা ফজবা শাজৎ-লীচৎকী কল্লবা য়োৎচৈনা মুকলম্বা থোক্লবদি "শাজিন্নবা মমুংশিনি" হায়না কৌতুনা সমা-লোচক খরনা অসিগুম্বা হৌনদবা মুংশিনবগী মরীবু তাকলিবা শাজৎ অসিদি পোমলকপগা লৈখোক্তা অতুম কংশিনহনবা য়ারমই। অতুম তৌবগী মহুত্তা উপন্যাসকারনা মপুং ওইবা নায়কপু

খুদোংথীবা নওলবী নুপীমচাদুগীদমক মীনুংশি পোকহল্লমই। রোহিনীনা বারুনী পুখ্রীদা ইরাকনখিবদুবু নুপীনা নুপাদা ইনুং নুংশিদনা তৌশিন্নদুনা ইরাংগীদমক পংতৌ তৌশিন্নবনি হায়না কনানা হায়বা ঙম্বগে? থৌদোকশিং অসিদগী ওইরকফম থোকপা মওংদু অদুম লাকচবনি হায়না উপন্যাসকারনা মশাগী অচেৎপা ফিরেপ অমা অদুম লৌরমই। মসিদগীনি ৱারৈগী অরোইবদা অৱা হকশোক লাংনা লোইরকপদা মহাক্না অসুম্না হায়খ্রিবা, "গোবিন্দলালনা নুপী অনীবু নুংশিরমই অদুবু মানা জ্ঞান তারক্লবা মতমদদি, হায়বদি, অকোনবগী নুপী মাগীদি "হেল্লোইগী রানী" ওইবীদু করম্বা মীনো হায়বদু মুন্না খঙলক্লবদা, নত্রগা অমরোমদা হায়বা তারবদা, মহাকসু মাগী ভ্রমরগুম্বনা মহাক মশাগী (স্বকীয়) ওইরক্লবদা লাইবক য়েংবা নুপাদু অতোপ্পী অমদুদা মায ওনশিল-লকখি। মতম অদুদদি অতোপ্পীদুদি মহাক মতম কুইনা কায়ন-খিবদগী অতোপ্পা কনাগুম্বগী ওইগ্রবী "পরকীয়" অমগুম ঙাকপা হৌনবা শাজৎ ঙাকখিবনা মহাকপু মহৌশাগী মওং মতৌদুদা ফংবা ঙমখিদে। হৌজিক্কি কাওথোকলুরবী নুপীসিবু ফংনীংবগী মাগী থৌরাং মৈচাক্কু অসুম অসুম হেঙ্গৎলমই। গোবিন্দলালনা মাগী অনীশুবী নুংশিরবী নুপীদুবু তাম্থোক্লবা অমসুং মাগী অহানবা নুপীদুগা হাঞ্জিনবা থবক পায়খৎলগে হায়না লেপখ্রিবসি মরম অসিদগীনি। অইবনা লাইরিক অসিগী মশাদা মফম কদায়দসু সমালোচকশিংদা নায়কসিনা মমৈথংদা অচুম্বা লীচৎ পাম্বগী অৱাংবা শাজৎ চৎখি হায়বা য়ানবা করিগুম্বা ইঙ্গিৎ অমত্তা পীখিবা লৈতে, অদুগা নুহো মিন্নরবা হায়বসিদি ধর্মগী নীতি নিয়মনা শেংদোক্লবা লৈপুন্নি থক থওইদবা তৌরোইদবনি হায়না মহাক্না হায়খিবসু লৈতে। মহাক্না তোথবা হায়ববু অসিগুম্বা মতাংদা স্বপ্নগী মাচং মীথায় নাইদবা কলাকার অমনা তৌফম থোকপা অদুতনি।

বঙ্কিমগী য়াম্না মরু ওইবা রোমান্সকা পুনবা উপন্যাস "চন্দ্র শেখর" না লুহোংনবদি নত্তবা অনীগী মরক্তা শেংনা মুংশিনবগী মমুংশি অসিগী মীচংদা মহাক লেপই হায়বসিগী প্রমান পীবা অতোপ্পা লাইরিক অমনি। মথোনকারকপা মত্তাংদগী হৌনা য়াম্না চাম্ন-চিম্ননা মুংশিনরকখিবা প্রতাপ অমসুং শৈবলিনী অনীনা হিন্দু ধর্মগী শেংলবা নিয়মগী মতুংইন্না লুহোংমিন্নহনা লৈপুন ওইহনসু অরা মৈশা লাংউ তমগ্রবা মখোয়গী লাইবকনি। মখোয়না অরা অনাগী চৈথেং পুন্সি লোম্বাফাও অতুম থেঙনখি অমসুং ফনা তৌহনসু মহুবু কোমথোকহনবা ঙমখিদে। মশানা লাল্লে হায়না থনখিবা রাখন্না শৈবলিনী মশাবু শাথীনা অরাবা পীখিবহু কোরুনবা মাগী মপুরোইবনা ফনা হোংনহনসু কোকহনবা ঙমখিদে, মমৈথংদা প্রতাপনা মশাগী ওইজবা থিদ্রবা মুংশিবনা ঙমখিহনা মথরায় থাদোক্লগে লেপখি। মখোয় অনীগী রারী শেংনা মুংশিনবগী রারীনি, ঙাইহাক্কী ওইবা তৌশিন্নবহু নত্তে নত্রগা শদোংগী কারামববু পেলহন্নবগী নত্তে হায়বসি থোকখ্রিবা মথল মথেনগী থৌদোক রাথোক, মরু ওইনা পনবা তাররদা, নায়ক অমসুং নায়ীকা অনীনা লৌ তৌরবা খোঙথাং থাংখিবা তাবা অমসুং হিন্দু লাইনীংগী মতুংইন্না মাগী দোষ কোরুবা প্রায়শ্চিত্ত তৌবনা কাম্নগদ্রা হায়বগী চাংয়েংদা নায়ীকানা হায়নীংঙাই লৈতনা অরাবা নঙখিবশিংহনি। কলাকার অসিনা অসিগুম্বা মীয়াম পুন্না পূজাগীদমক শেমবা নিয়মবু চাংয়েং ওইনা শিজিন্নবা অসিগী মীচং চঙবীরমদবা অসিগীদমক মহাকপু থাগৎফম থোকই। মথোং মরম থঙদবা হিন্দু ধর্মগী শুদ্ধীকরণগী আচারগী মরমদা অমসুং জায়গীর লৈরিবৈ মতমদা চৎনখিবা অসিগুম্বা ধর্মগী মিংদা চৎনরম্বা থৌদৌ কয়া অমসুং মসিগা মায়োক্নহনা লৈরিবা হিন্দুগী ধর্ম মত-তা আইন্না য়াদে থিংবা মুংশিববু শান্তি পীবগী মরমদা উপন্যাসকার অসিগী করি মত্ত লৈখিবগে হায়বহু মখাদা পীরিবা প্রতাপ অমসুং

যোগী রামানন্দ স্বামী অনীগী য়ারী য়াতাই শাস্ত্রবগী য়া অসিদগী চাউরাকপা অমা খঙবা ঙমগনি ;

প্রতাপ : ঐনা শৈবলিনীবু য়াম্না শেংনা মুংশিজবসিবু পাপ ওইরবদি করি প্রায়শ্চিত্ত তৌরগা কোকদগে হায়বত্থু ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীয়ু।

রামানন্দ স্বামী : মত্থু ঐহাক খঙদে। মীগী মশাদা য়াওরিবা অচুম অরান খঙননবগী শক্তি অসিনা অত্থুপ য়াংবত্থু য়ৌবা ঙম্বপোৎ নত্তে। ধর্মগী লাইরিকশিংদি মরোল থোক্তে।

ঙাংনরিবা যোগীগী য়াহৈশিং অসিদা ঐখোয়না বঙ্কিমগী খোঙ্গেল তাই। মহাক হিন্দুগী ধর্মমতপু কনখৎপা মী নত্তে। মকোকথোংবা উপন্যাসকার অমা ওইনা মহাক "সতী" গী চৎনবী থৌদৌ অসিদা হিন্দুশিংনা করি ভাব ফোঙদোকলিবগে হায়বগী মহাক করিস্থু থওইরমদে। অত্থুগা কলাকার অসিনা হিন্দু ধর্মগী সাহিত্যগী য়া অমস্থুং হিন্দুগী সমাজগী শাজৎ লমচৎতা থোইনা মপুক্লীং থিংজিল্লুদে হায়বসি তরং তরং তাকপা থৌদোক অমস্থু লৈরি। "রজনী" দা য়াওরিবী লবঙ্গলতা হায়বী সমাজনা মতীক চপ চারবী য়ুমগী মৌ অমনি হায়না লৌখৎপীরবা মুগী অসিগী মফমদা ফংগনি। মহাক্লা মহাক্কী হান্নগী মুংশিনখিবা অমরনাথকী-দমক মাগী থম্মোয়গী কাচিন অমদা মফম অমা খাক্তুনা থমলি অমস্থুং মমৈথংদা মহাক্লা অমরনাথতা অস্থুপ কুইবসি মহাকপু অপাম-মুংশিজবত্থু লোম্না য়োক্তুনা থমজরকলি হায়বসি ফোঙ-দোক্লমই। য়াফমসি তাইবংপান অসিদা পাল্লিবা মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশা শাজৎনি। বঙ্কিম হিন্দু ধর্মদা কা হেন্না থাজবগী শাজৎপু কনখৎপা মী নত্তে। ঐখোয়না লবঙ্গলতা অমস্থুং অমর-নাথকী য়াফমসি য়াম্না হকচিন্নবা থুদম অমনি হায়বদা মরম খঙ-দনা মরৈবাক মুংশিবা হিন্দুশিংনা মপুরোইববু নীংজবা হায়বসিনা নত্রগা য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা মপান্দনা পতি সেবা নত্রগা

পাতি পূজা মালহনবা মন্নুংদনা মপুরোইবা নত্তবদু চেৎনা নীংজবা অসিনা মুপী অমনা স্বর্গগী কোম্বোং চঙবা য়ানবগী প্রমান পত্র ওইগদ্রা হায়বসি য়ানীংগদ্রা ?

অরোইবদা "সীতারাম" গী মরমদা তৌখিবা থায়নদগী চৎনরকপীগী রীতিগী মওংদা তৌবা সমালোচনাগী মরমদা রাহৈ অমনীদং হায়জনীংই। "সীতারাম" হায়বসি বঙ্কিমনা ইরম্বা ইরোই লোইবা অচৌবা উপন্যাসনি। উপন্যাস অসিবু পাবীরবা মী থুদিংমকনা "শ্রী" হায়বী সীতারামনা ইহান হান্না লুহোংতুনা লৌখিবী মুপীসিবু মপুরোইবগা উন্নহনখিদে ; মরমদি জ্যোতিষী অমনা মাংজোননা মহাক্না য়াম্না মুংশিবা মুপা অমা মহাক মশানা হাৎলগদৌরি হায়বদগীনি। হাৎলগদৌরিবসি মাগী মপুরোইবসি ওইগনি হায়না মহাক্না লান্না খন্নখিবদগীনি। অসুমনা উন্নখিদবসিদগী সীতারামনা শ্রী-বু কাওথোকখিরমই ; চহী ফনা য়ামনা লৈরগা ইতিহাসকী ঘটনা অমগী ইরাং য়াম্না কনবা তাপ্পা অমদা মখোয় অনী উন্নরমই। মাগী নহা ওইরিবী মতাংগী ফজবা নিংথিজবা মতৌতুনা অমসুং মাগী মথৌনা ফবগী থৌদৌতুনা সীতারামবু পুমশুম শুমহৎলমই অমসুং মাগী চাজেল্লবী মুপী অনী লৈনা লৈনা মহাকপু লৌরগে হায়বসি মপুক্নীংদা চপ য়ুংলমই। ফনা য়াম্না হায়জরবসু মঙোন্দা ফাওখিবা লাইফাউতুবু থওইদবা ঙমদবদগী মাগী মুপী ওইনা লৈরো হায়বতু মহাক্না য়ারমদে। মহাক চিঙৈনা মফমতু থাদোক্তুনা চৎখিরমই অমসুং মাগী লোইনবী লৈশাবী অমগা লোইননা মহাক তপোবনদা লৈখিরমই অমসুং মফম শিন্থুংনা লম কোইরমই। অতোপ্পা জ্যোতিষী অমনা অমুক হায়বদগী মাগী লোইনবীতুগা লোইননা মখোয় অনী মতমতুদা জাইগীর অমগী নিংথৌ ওইরবা সীতারামবু মোগল লান্মীনা লান্দারক্তুনা মাগী য়াম্না থুদোংথীরবা মতাং অতুদগী কন্নবগীদমক মাগী নাক্তা লাক্নমই। মাগী লোইনবী সন্ন্যাসীনি অতুনা পাইরক্নী

লৌশীংনা খুদোংথীবা অহুদগী সীতারামবু কল্লমই অহুবু হন্দক্তি সীতারামনা মাগী ওইরমগদৌরবী, অসুপ কুইনা পরকীয় ভাবতা মাবু নীংজহুনা লাক্লবা, জ্যোতির্ষীগী অকনবা শাপকী লাইফাও অমগা নম্বো পোরিবী শ্রী-বু ইরাই লাইনা থাদোক্লমদে ; মহাকপু ফাহুনা থল্লমই। অসুম্না ফারবা ফাওবদা মহাক্না হায়জবহু শ্রী-না খক য়াখিদে। সীতারামগী অপাম মিহৌবহু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হেঙ্গৎলমই, অসুপকী মতীক হেঙ্গৎলমই মহুদি লৈবাক-ওাকপগী থবক থৌদৌ পুমনমক মহাক পুমকাও কাওখিরমই, মাগী মুপীশিংবু হন্না য়েংখিদে। মসিগী মহৈনা লৈবাক্তা মাঙ-তাকপা থোকহল্লমই। সীতারাম, হায়নীংঙাই লৈত্রবা অৱাবতনা নায়ক নায়ীকা অনীবু থুমহৎলবা উপন্যাসনি ; মসিনা চপচানা তাক্লিবদি সন্ন্যাসীনি জয়ন্তিনা নিস্কাম কর্মগী ভাব ধারনাগী মরমদা ফনা তাকচরবসু মহৌশানা মুপানা মুপীবু অরোই অথম নাইদনা কল্লক মিহৌরিবা অমসুং মহুনা মতাং কয়াদা মঙোন্দা অৱা অনাগী চৈনা ফংহন্দুনা শোইদনা থোক্লরগদৌবা মাঙতাকপবু পুহুনা চৎলিবহুবু খক কোকহনবা ঙমলমদে হায়বসিনি।

ঐখোয়না কলাকারসিবু থাগৎনীংলিবদি ঐখোয়গী গীতাগী নিস্কাম কর্ম হায়বসিনা ফনা ফজবা আদর্শ য়াওরবসু বঙ্কিমনা মাগী উপন্যাস ইবগী কলাবু মহুনা লুমশিনহনখিদবা অসিনি। হায়গ্রিবা আদর্শশিং অসিবু মহাক্না ঐতিহাসিক ঘটনাশিং অমসুং সমাজগী ভাব-ধারনাশিং ফোঙদোক্নুনা ইবা ৱারীশিংদা তৌবগুম্না মপান-থোংগী লৈতেং ওইনতা মথমই। মসিগী মতাংদা সন্ন্যাসীনি জয়ন্তিবু লীচৈনা ফুবগী থৌদোক্, পাবীরিবশিংনা নীংশিংবীগনি। অইবনা মুপীশিংনা হুকুম পাঙথোকপা মতমদা অসুপকী মতীক থৌওইদে হায়বসি চপ চানা ফোঙদোকই। অপাবশিংনা নীংশিং-বীরমগনি সন্ন্যাসীনি, মশাদগী শেৎলিবা মফি লৌথোকপা তারক্লবদা মুপী ওইবীগী হৌনশা ইকাই হন্দোয়রনা মাবু থুমহৎখি হায়বহু।

হৌজিক্তি থন্না নৈনরিবা রাফমসিগী অরোইবা মতাং য়োরক্লে। বঙ্কিমগী নত্রগা ঠাকুরগী নত্রগা শরৎচন্দ্রগী উপন্যাসশিং নত্রগা অসিগুম্বা সাহিত্যগী কলা-কৌশলগী শক্তি লৈবা কনাগুম্বা অইব-শিংনা ইবশিং পাবীরিবা হৌজিক কালগী অপাবশিংদা ঐনা হায়জনীংবদি কলাকারনা মপুক্লীংদা উৎনীংলিবত্থু করিনো অত্থুগা মানা ময়ামদা খণ্ডহন্নীংলিবত্থুগী মন্থুংগী অর্থনা করিনো হায়বত্থু লৌশিনবা ওম্নবা হোৎনবীবা, কুরাংবানতা উবা অমস্থুং মশানা নীংবত্থুনা মচুমলে খনবা সমালোচকশিংনা মীগী পুক্লীং চিংশিন্নবা হৈনবা রাওাংশিংবু থাজবীদবা হায়বসিনি। বঙ্কিমবু উপন্যাসকার অমা ওইনতা নীংশিংগদোবা নত্তে, মীগী অমস্থুং প্রকৃতিগী কবি অমা ওইনস্থু ঐথোয়না মাবু নীংশিংফম থোকই। □

# বঙ্কিমচন্দ্রগী কলা

## ছিত্রৈচ, মণিহার সিংহ্

মশাগী চহী ২৭ শুবদা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী বাঙ্গলাদা ইবা উপন্যাস 'দুর্গেশনন্দিনী' ফোঙখি। মসিনা মতম অদুগী অপাবশিংদা ইনৌ নৌবা মহা ও অমা পীখি। থংনবা চহী ১৮৬৬ তা 'কপালকুণ্ডলা' অদুদগী মথং মথং 'মৃণালিনী', 'বিষবৃক্ষ', 'ইন্দিরা', 'যুগলাঙ্গুরীয়', 'রাধারাণী', 'চন্দ্রশেখর' 'রজনী', 'কৃষ্ণাকান্তের উইল', 'রাজসিংহ', 'আনন্দমঠ', 'দেবী চৌধুরাণী', অমসুং 'সীতারাম' ১৮৮৭ ফাওবগী মনুংদা ফোঙখি। উপন্যাস খরদি মহাক্না লিংখৎচবা থাগী চেফোঙ 'বঙ্গদর্শন' দা মথং মথং পুথোকখি। উপন্যাস পূম্নমক অপাবশিংনা থরায় তানা ওকখি অমসুং ফোঙবা চহী খরদগী মনুংদা য়ুরোপকী অমদি ভারতকী লোন কয়ামরুমদা হন্দোক্লখি। অদুবু শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গা চাংদম্নবদা বঙ্কিমবু অস্নুম্না থারি :

That he was a good novelist nobody can deny, but whether he was a great novelist may be doubted .. he imitated not nature but the contemporary conception of life. This explains his immediate and immense popularity. It also explains why he has dated so rapidly and is not read today.[1]

হায়রিবা ৱারোল অসি খর থুমনবরা খল্লি। অইবা অনীগী হৌরকফম, মতম অমসুং পুন্সিগী মিৎয়েং কুপ্পা য়েংশিন্দনা লায়না চাং তম্নবদা থোইনা কান্নরোই। মরম অদুনা মসিদুম লৌফম থোকই, মদুদি—

1. Humayun Kabir, Saratchandra Chatterjee ( 1963 ), p: 42

Bankim Chandra was a superb story-teller and a master of romance. The rosy glow of enthusiasm that pervades his novels was indeed symbolic of the easier life in the spacious days of the Victorian Bengal. The readers of his novels felt that glow and they feel it even now. No Bengali writer before or since has enjoyed such spontaneous and universal popularity as Chatterji.[2]

'Story-teller' অমস্থং 'a master of romance' হায়বদি ৱারী লীবা হৈবা, অনৌবা অকি অখণ্ড নত্রগা পূক্লীং থুক্কংপা থৌদোক পুথোকপা ওস্বা মসিদনি বঙ্কিমগী হৈনজবা। শরৎচন্দ্রনা মুপীগী পুকচেল, থম্মোই তপ্পা অমস্থং লৈখা তারবা মীচমগী পুন্সি য়েকপদা হৈনজবমুক, বঙ্কিম অনৌ অনৌবা শক্তম, থৌদোক অমস্থং ফাগীগী শক্তম শেম্বদা হৈননা থোকই। মরম অদুনা কবীর মশামক্না অমুক হায়—

For this and also for his skill as a story teller, Bankim inspite of many blemishes remains the first great novelist of modern India and the first writer in Bengali who established the novel on a firm foundation.[3]

অদুদি করম্না বঙ্কিমগী ৱারী লীবা হৈবা মওং অদু উৎকনি? মসিনি মাগী কলা হায়ববু। অদুবু মসি পায়থংত্রিবৈঙদা অইবগী মিৎয়েং অমস্থং অপাম্বস্থু ঐখোয়না খর খঙদবা য়াদে। চারলজ দিকেন্সগী মতৌগুম মহাকস্থু মথল মথেলগী মীওই শেমই। তৌবতবু মখোয় পূম্নমকসি মিৎয়েং অমত্তদগী য়েংই : পোলোইদা পূম্নমক্কী অফবা ওইরক্কনি হায়বনা। মীওইবগী লাইবক হায়বা অমা লৈ হায়বা মানা থাজে। অদুম ওইনমক মীওইবগী নোম্বগী মহৈ লায়না লৌবা নত্তে। শক্তমশিংগী মশাগী লৌশিং মবুকথোকস্থু পুন্সিগী থৌদাংদা শরুক য়াম্না য়াহল্লি। অতোপ্পা মীওইগী পুকচেল শেংজবা নত্রগা গুণবু থাজদবা, তূক্কচবা (ইংরাজীদা

2. Sukumar Sen, History of Bengali Literature (1965), p 216
3 Humayun Kabir, The Bengali Novel (1968) p 28

ছিনিছিজম) মহাক্কী অইবশিংদা থেংনদে। মহাক্কী রাখলদি ইচঙ থৌবা, পাঙ্গল লৈবনি অমসুং অকোয়বদা থোক্লিবা মীওইবা পুন্সিদা কাম্নগদবথৈ লৌশিনবা ওয়মই। মীওইবা পুন্সি মপুং ফায় হায়নদি লৌদে। মহাক্কী শক্তমশিং অশোয়বা কয়াগা থাগোম্নৈ, অদুবু শক্তম খরদি পুন্সি মপুং ফাবা ওইবা য়াবগী মচল য়াওদবা নত্তে। বঙ্কিমগী মতম বেঙ্গলদা অনৌবা মহৈগী কল্লবা লৌশিংগী নোংলৈ মুংশিৎ অমা হৌবা মতমনি। অদুবু ইংরাজীগী অকনবা শাফু অমসুং হাম্নগী হকচিননা চৎনবী অনীগী মরক্তা য়ানবা অমা মাগী খুৎইদা পুরকপা ওমখি। মহাক্লা জাতিগী ইকায়-খুম্নবা ওাকপা হায়বসি য়াম্না লুনা থল্লমই অমসুং ঐখোয়গী মরক্তা লৈরিবা অশোনবা অসি লংথোকখিদ্রিবমথৈ জাতি অসিগী চাও-খৎপা খক ওইরোই হায়না থাজখি। মহাক্কী মতম, হিন্দু ধর্ম অমুক নৌনা হিংগৎলকপগী মতম ওইরবসু অমসুং ধর্ম অসিবু মুংশিরবসু মকাফোংনা মসিবু শোগৎপদি খক তৌখিদে। হিন্দুগী লৈবাক রায়েন অমুক হল্লকপা পাম্বগী ঈঙ্গিৎ মাগী উপন্যাসশিংদা উৎলমই; রাজপুতকী অকনবা য়েকপা মরম, মসিগা নকশিন্নরা উই। মহাক্লা হৌগ্রবা ইতিহাসকী থোদোকশিংবু পামজনা উই, মরম অদুনা উপন্যাস খরগী রারৌদি থোদোকশিংসিগা য়েৎশিন্ননা শেম্বা উরি। অদুবু ইহিতাসনা উপন্যাস ইবগী কলা অদুবুদি নমহৎপা ওমখিদে। মহাক্লা মুংশিবা, মায়কৈ অনীদগী পুম্না অদুম য়েংলকই: আদর্শগী ওইবা অমসুং মুপা মুপী অনী নকশিন্নবগী শাফুনা হেন্না কনবা। ভারতকী মমাংঙৈগী চৎনরক্লবা মওংদা মুপীবু চুম্নগী ।ফজেৎ-লৈতেং তৌবীরবা লাইধিগী মতৌঙম খল-লমদে, লৌরমদে। মরম অদুনা মশামক্লা থৌনা ফবী দ্রৌপদিগী শক্তমদা য়াম্না থোয়দাজে হায়না পল্লমই। য়ুম পাল্লবা মুপীগী লিরি থোয়রিবা, পুকচেল শেংবা, মানা রাংনা লৌজরমই, মরম অদুনা 'লুহোংবা' হায়বাসি অশেংবা তৎন-থান য়াত্রবা সংস্থানি

হায়না লৌরমই। মসিগা লোয়ননা সমাজগী য়ুক্ষমদা অকায়বা পীগদবমখৈ তুক্কচনা য়েংলমই। মসিনা ওইরম্বা য়াই নৌনা লুপ্রা ওইহৌরবশিংবু থরায় শোক্লা মুংশিরবসু, লুহোংবা য়াত্রিবসি। মানা অশোনবা মী, পুন্সিগী মুংঙাইবা হরাও তয়াম্বদা ওন্ন-থোইন লৈনথোকপহু মুংশিদে। মশামক লাইরিক হৈবা মীনি, মরম অহুনা মতমগী ঈরাঙ পুন্নমক লৌশিনবা ঙমখি।

অসিগুম্বা মিৎয়েং চেনবা বঙ্কিমনা করম্বা ইরম্বগে? মপুংদা করম্বা মওংগী হৈশিংবা (কলা) শীজিন্নরম্বগে হৌজিক্তি থন্নবা য়ারে। মতাং অসিদা মাঙজোননা নীংশীংহৌদবা য়াদবনা বঙ্কিমগী মমাঙদা উপন্যাসকী মশক চেনবা লাইরিক মরাঙ কায়না লৈরমদে। অসিগুম্বা অনৌবা খুৎইগী মমিংমক বাঙ্গলা লোনদা উপন্যাস কৌগনি হায়না লেপ্পবা লোইফাত্তি। মহাক্কী মমাঙদা শীংথানবা লাইরিক্তি প্যারিচাঁদ মিত্রগী 'আলালের ঘরের ছুলাল' অসিতনি। লাইরিক অসিগী মরম খর পল্লবদা:

"Pyarichand's aim was to create a better moral atmosphere in Bengali society. The characters are real and lifelike. The men and women depicted are representative inhabitants of the metropolis and the villages... There are glimpses of the administration of justice in Calcutta, the Police Court....

মরম অহুনা চহীচা তরানিপাল তঙথায়গী ইংরাজী সাহিত্যদা দিফো, ফিলদিং অমসুং রিচার্দশনগী মতমদগী লৌনরকপা অনৌবা খুৎই মখল 'নোভেল', হায়বদি কল্পনানা শেম্বা মতমগী চৎনবী অমদি ইতিহাসকা চুশিন্নবা অশেংবা পুন্সিগী মরমদা ইবা হায়বহু প্যারিচাদঁগী খুৎইদা হাপচিনবা য়ানা থোকখি। মমাঙদা অসিগুম্বা বাঙ্গলাগী লাইরিক খর অমসুং মশামক নোংচুপলোমগী সাহিত্য, মরু ওইনা ইংরাজী সাহিত্যদা, খুৎলোয়বা ওইবা মরম্না বঙ্কিমনা মশাগী পীথোরকপা লৌশিংগা লোয়ননা বাঙ্গলা সাহিত্যগীদা

নত্তনা ভারতকী সাহিত্যগী লময়ানবা উপন্যাস ইবা অমা ওইরকখি।

অহানবদা মানা কূপ্না য়েংশিন্দুনা মশাগী ওইবা মওংদা শেম্নবা লোন্দা ইবা হৌখি। মহাক্কী মমাঙমক্তা ইনরম্বা লোন্দি পণ্ডিত, লাইরিক য়াম্না হৈরবা মীওইশিংতগী ওইবা শাংথ-লেংথ ওইবা মওংনি। ৱাহৈ পরেং অমনা লামায় তঙথায় অমা থনবা ঙম্বনা রাজা রামমোহন রায় অমস্তুং 'তত্ত্ববোধিনি পত্রিকা' গুম্বা চেফোঙগী চৎনবী ওইরমই। বঙ্কিমনা অসিগুম্বা খুৎই অসিদা খোযদারমদে। মহাক্না লৌরম্বদি ফজবা খুৎই অমদা চঙদবা য়াদবদি চয়া, ময়োক শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্বা অসিনি। অতু-মকপু অসিগুম্বা ময়াম্না খঙবা য়াবা অসিমক্তা অইবগী পান্দম অতু থুংহনবা ঙমদ্রবদি খর লুনা থোকপা মরম অমা ইনবদা থোইনা কায়দে হার্য়খি। মরম অতুনা অনীমক চন্নবা ময়ায়গী ওইবা লম্বী অমা লৌখি। অতুমকপু মাগী মমাঙগী অইবশিংগী মতৌদগী পূম্নান নানথোকপা ঙমখিদবস্তু থেংনদবা নত্তে। খুদম ওইনা 'দুর্গেশনন্দিনী' গী অহৌবা মতাংতুনক অখণ্ড অহৈশিংনা শীজিন্নবা (ক্লাসিকেল ওইবা) মওংগী খুৎইনি। উপন্যাস অসিদা সংস্কৃত ৱাহৈ কয়ামকুম মকওইনা মহৌশাগী দৃশ্য থাবদা শীজিন্নরি। 'কপালকুণ্ডলা' দস্তু মতি বিবিনা নবকুমারদা মহাক পদ্মাবতিনি হায়না তাকপা মতমদস্তু অতু মঙায়। অতুবু 'বিষবৃক্ষ' ইবা মতম-দগী বঙ্কিমগী লোন্দা ময়েক শেংনা অনৌবা য়াওল অমা লৌখ্রে। লায়থোরকই, খুৎশেম নত্তবা মহৌশাগী ওইবা মাল্লকই। চুশিন্নদবা প্রমান, মরাঙ কায়না শীজিন্নবা উপমা থাদোকপা হৌরকই। ৱারীগী অশাঙবা থারকপা মতমদা শীজিন্নবা লোন অশেংবা চীংলেম্বা ওইরকই, থোইদোকপা কান্নদবদা ৱাহৈ পরেং শাংবগী মতেং লৌদবা হৌরকই। মুপিগী ফজবা থাবদা অঙনবগী উপন্যাসশিংদদি বঙ্কিমনা মমাঙগী অইবশিংগী তোম্বনা শীজিন্নবা

মওং ইল্লমই। অস্নুম্না লোয়শিন খোমজিনবা য়াওদবা থাবা অসি আয়েষা, তিলোত্তমা, মনোরমা অমসুং মতি বিবিগী মতাংদা থেংনৈ। মথং মথং অসিগুম্বা হৈনবী অসি থাদোয়কু্না অতেনবা, তানীংবা মওংদা কতলু, দলনী, শ্রী, য়াম, রজনী অমসুং সাগরগী শক্তম য়েক্লকই। পনবা য়াবদি বঙ্কিমনা মীয়াম্না ভাওনবা লোন্দি খক থরায় তানা শীজিন্নবা ওমখিদে, মাগী সাহিত্যিক ওইবা লোন থাদোকপা ওমদবগী মরমদি মাবু হনথবা থাক্কী মীওইনি হায়না লৌখিনি কিবদগীনি।

প্লোতগী মতাং পল্লবদা, বঙ্কিমনা মাগী উপন্যাসশিং শরুক কয়ামরুম থোক্লা থায়দোকলমই। 'দুর্গেশনন্দিনী' অমসুং 'কৃষ্ণ-কান্তের উইল' দনা অনী অতুগা 'রাজসিংহ' দনা নিপাল ফাওবা। মসিগী মরমদি প্লোতকী চুং ফিরাল চাবা অতু ভারুবগীনি, করিগুম্বা মওংদা খল অতু কায়দনা। অতুবু উপন্যাস থরদি চুম্নগী পন্দুপ ওইনতা থায়দোকই, শরুক্কী রাফম শীজিন্নদে। চেকশিনবা অসি ভাক্তুনসু অইবগী অকায়বা য়াওরক্তবা নত্তে। 'কৃষ্ণকান্তের উইল' অমসুং 'সীতারাম' দা অরোয়বদা তোপশিল্লকপা পন্দুপ য়াওরি, মসিনা রারী লোইশিল্লকপগী ফজবা মশক (কলা) অতু মাংহল্লি। অহানবগীদা গোবিন্দলালনা সন্ন্যাসী ওইনা চৎখিবতু হাপগা প্লোত্তা শোক্কদবা করিমত্তা লৈতে। অকোনবগীদা খুঙংগী মীয়ামদা তোকগা ভাওনহনবগী মহুত্তা উপন্যাসকী মরু ওইবা শক্তম করম্না মাঙথ্রিবনো হায়না অপাবশিংগী রাখলদা ওকহন্দুনা থনম্বনা ফজরমই। অসুম তৌনা 'দেবী চৌধুরাণী' গী অহানবা তওথায় শাংমল্লি। 'কপালকুণ্ডলা' গী দিল্লী, আগ্রাগী নিংথৌকোলগী লৌনম চিরোলগী থোদোক, কা হেন্না শাংনা লম কলহল্লি। অমুক 'চন্দ্রশেখর' দা উপন্যাসকী শরুক মপুম অমা শৈবলিনীগী অরাবা থাবদা শীজিন্নরি। করিগুম্বা মতমদা অইবনা অপাবশিং পেম্ননবা মুংভাইবা পোলোই হাপচিন্দুনা প্লোতকী ফজবা মাংহল্লি। মসি ঐখোয়না 'রজনী' অমসুং 'দেবী চৌধুরাণী' দা উবা ফংই।

বঙ্কিমগী থাঙ্গেশেংনা হৈশিংবদি অৱাবগী প্লোত শেম্বদনি। আয়েষা অমসুং ওসমান, কুন্দ অমসুং নগেন্দ্র, জেব-উন্নিসা অমসুং মবারক, সীতারাম অমসুং শ্রী, ভ্রমর অমসুং গোবিন্দলাল — মথোয়শিংসিগী অৱাবা পুন্সিনা হেন্না অইবগী কল্পনাদা হকচিন্না পাল্লুবগুম উরি। মহাক্না নগেন্দ্রনাথ অমসুং সুর্য্যমুখী মমৈদা থুংনহন্দুনা থম্মোই মকা লামহনখি। অতুবু মতুগী মমলদি চাওথ্রবা। কুন্দ মশাগী থৱায় লোৌজখি, অতুগা সুর্য্যমুখীনা হায়-নিঙাই লৈতনা ৱাখি। শৈবলিনীনা চন্দ্রশেখরগী মফমদা হঙ্গিল-লকখি, অতুবু অপাবা ঐথোয়না তৌদবা য়াদবগী মওংদা শেম-জিনবা ওইনা উরি। 'কপালকুণ্ডলা' দা অইবনা থোইদোক্না হৈশিংবা উৎলি। মসিদা মরু ওইরিবী নায়িকানা মানা লুহোং-লুরিবা মুপা অতুবু মুংশিবা ঙমখিদে। অসুন্না কয়া কুইনা লৈগনি? শোয়ফত্রবা পোলোই লেপ্নমক থুনা লাকপা তাবনি। বঙ্কিমনা অৱাবা প্লোত শেম্বদা খোয়দারুবগী মরম থিবা তারবদি মানা খঙই— মীওইবগী মশাদা লোয়নবা গুণশিং অৱাবা পনথেং য়োৌরবতদা ময়েক লানা চোংথোরকই। মঙোন্দা কনাগুম্বা সমা-লোচক অমনা হায়, শকুন্তলা নত্রগা মিরান্দাগী শক্তমদগী দেজদি-মোনাগী শক্তমনা হেন্না ৱাংই।

মহাক্কী উন্যাসশিং চাউরাক্না মথল অহুম থোক্না—'নোভেল ওভ একসন', 'নোভেল ওভ কেরেক্তর' অমসুং 'ড্রামাতিক নোভেল' খায়দোকপা য়াই। পুম্নমক অসিদা প্লোতনা য়াম্না মরু ওইবা শক্লক য়ারি, করিগুম্বদা মপুং ওইনা, করিগুম্বদা মতেং ওইনা। রবীন্দ্রনাথকী 'গোরা' নত্রগা শরৎচন্দ্রগী 'শ্রীকান্ত' অনীমক্তা প্লোতকী লংলা য়াম্না মেঙনা য়াওরি। লময়ানবা উপন্যাসকার ওইরবসু বঙ্কিমগীদদি অসিগুম্বা অৱাৎপা অসি করিগুম্বদা থোইনা ময়েক লানা উদে।

বঙ্কিমনা মাগী উপন্যাসশিং মরু ওইনা 'তুর্গেশনন্দিনী', 'কপালকুণ্ডলা', 'আনন্দমঠ', 'দেবী চৌধুরাণী' নচিংবদা ইতিহাসকী

মচল শীজিন্নৈ। অদুবু মসি সমালোচকশিংগী য়েৎনফম ওইনা থোকই অমম্বুং অইববু মরাল তোয়না পী। মদু অইবনা থওইনা লৌদে, মতম মতমগী ওইনা ঙাকথোকই। 'আনন্দমঠ' কী ৱা-হৌদোক্তা মানা হায়: "উপন্যাসতি উপন্যাসনি, ইতিহাস নত্তে।" অমুকন্সু 'দেবী চৌধুরাণী' গী অহৌবদা ইরি: "ঐহাক ঐতি-হাসিক উপন্যাস ইগে হাযনা থোইনা খল্লুদে. মরম অদুনা ঐনা ইরিবসি ইতিহাসনি হায়বা য়ারোই।" মতাং অমদনা অমুক হায়: "উপন্যাসনা ইতিহাসকী মচুৎ শিনবা য়ারোই, অদুবু ইতিহাসকী মপূং ওইবা থৌদোকশিং অদুদি কৈদৌঙৈদসু থুগাইবা য়ারোই।" মরম অদুনা ঐখোয়না খঙলে, ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক মচা অমদি মমিং য়ানশিন্দুনা মাগী ৱারীগী মহাউ হেন-গৎনবা হোৎনরম্বতনি। 'কপালকুণ্ডলা' মক্তদা জেব-উন্নীসা নত্রগা মতিবিবিগা মরী লৈননা দিল্লীগী বাদশাহগী ৱারোল পুশিল্লকপা অপাবশিংদা ঙক্না মুংঙাইনা পোকহল্লি। মতৌ অসুম্না প্লোতকী খোঙচৎ লুশিনহল্লবা রাজনীতিগী থৌদোকশিং পুশিল্লকই: মৃণালিনীগী লাইবক মাধবাচার্য্যগী অচাউরম কানীংবগা মরী লৈন হল্লি, মতৌ অসুম্না দলনী অমসুং শৈবলিনীগী শক্তম রাজনৈতিক ৱাথোক্না চেন্নহল্লি। শান্তিগী যুম পানবগী পুন্সি সন্তানশিংগী থৌদাং কয়াগা থানবা য়াদনা উৎলি। কল্যানিসু অদু মঙায় অমসুং মতম খর মচানুপী, মপুরোইবদগী কায়নহল্লি। রাজপুত-মোগলগী লান্না চঞ্চলগী লুহোংবা য়ৈথহনখি। পাঠান অমসুং মোগল য়ানবা অমা লৈত্রিবমথৈ, তিলোত্তমা অমসুং জগৎসিংহ অনিগী পুন্সি মুংঙাইফম খঙলমদে।

বঙ্কিমনা করিগুম্বদা লায়থোকহনবা তৌদনা মীওই অমা শক লোৎহনবা হাযবদি শক খঙহন্দবগী মতেং লৌদুনা ৱারীগী মুং-ঙাইবা মচল ওইহল্লি, খোঙচৎ থুহল্লি। মদু 'কপালকুণ্ডলা', 'মৃণালিনি', 'ইন্দিরা', 'দেবী চৌধুরাণী' নচিংবদা ঐখোয়না

মতাং চানা থেংনৈ। স্দ্রকনা 'মৃচ্ছকটিকম' দা অকুবা থৌদোক মচা মচা পুশিল্লক্লুনা লীলাগী প্লোত শুংঙাইহনবগুম্না বঙ্কিমস্তু মাগী কলাদা অসিগুম্বা থৌদোকশিং শীজিন্নরমই। দলনীনা প্রতাপকী ময়ুমদা চঙজক্ষম থিরুই, ব্রজেশ্বর চহী কয়াগী তুংদা প্রফুল্লগা উনহল্লি। অমুকস্তু 'চিঠি' শীজিন্নহন্দুনা প্লোতকী মরীকচুম্বা, অমরোমদা লুবস্ম থোকহল্লি। দলনীনা গুর্গান্দা ইরুবা ৱারোল-তুনা মশাগী অৱাবা ওইহনখি, অতুগুম্না ভ্রমরনা মপুরোইবদা ইরুবতুনা মবানিগী পুন্না অৱাবা ঈপাক শেমখি।

বঙ্কিমনা মাগী উপন্যাসশিংদা হৈশিংনা শীজিন্নবা মতেং অমনা মাগী মরু ওইবী নায়িকাশিংগী থাজনা থম্বী লোয়নবী যাওহনবা অসিনি। অস্মুম্না 'দুর্গেশনন্দিনী' দা বিমলানা হেন্না মরু ওইবা থৌদাং যাই, তিলোত্তমাদি থোইনা ৱা ঙাঙহন্দে। অতুগুম্না অইবনা ৱারী নুংঙাইনবা ফাগীগী শক্তম খর শেম্লকই : গজপতি, তারাচরণ, হিরালাল, দেবেন্দ্র, 'কৃষ্ণকান্তের উইল' গী খুঙ্গংগী পোষ্ট-মাষ্টব, মুপীনা ওম্বা রামঅদয়, রামবামগী মুপী অহল, অসিনচিংবা। সমালোচকশিংনা মতাং অসিদা বঙ্কিমনা মীচমশিংবু থওই-উশিত্তুনা লঙনবী হায়না মরাল শী। অতুবু ঐখোয়না উপন্যাসশিং অসি মুন্না পাববদি থোইনা চুমদবমাল্লে খল্লি।

পুন্নমক অসিনা মরম ওইতুনা বঙ্কিমনা বাঙ্গালীশিংগী পুন্সি অমস্মুং সাহিত্যদা পীরম্বা ঈনোত্তি মপাল নাইদে। মরম অতুনা চহীচা তরামাপলগী তঙখায়দা ফাওরকখিবা বাঙ্গালী উপন্যাসকার খুদিংমক বঙ্কিমগী তুংইনবনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। মহাক্কী ৱারীশিং মমাঙঙৈদা চংনরম্বা অরিবা ভারতকী পুরাণ, ইতিহাসতগী লৌথোকপা নত্তে। চুমই, মখোয় অসি নোংচুপ-লোমগী উপন্যাসকার স্কোট, দূমাজ, হ্যুগো অমদি লিত্তোনগী শামিন ফংনা ইবনি হায়বা য়াই। অতুবু কুপ্না য়েংশিল্লগদি মশক নাইনা পুবদি কয়া য়াওদে। মরূপ অমদা মানা ইবদা হায়খি :

The Novel is to me the most difficult work of all, as it requires a good deal of time and undivided attention to elaborate the conception and subordinate the incidents and characters to the central idea.

ৱাহৈশিংসিনা বঙ্কিম অইবা অমা ওইনা ময়েক লানা তাকই। মশামক অইবা অমা ওইনা সমাজদা লমজিং উৎনবা লৈবনি হায়না খঙ্গে, অহুনা হায় ঃ

"I am a teacher or nothing" অমুকসু, Poets are the teachers of the world but they do not teach by propounding morality."

মফম অসিদা পোইতস হায়রিবসি অইবা পুন্নমকপুনি। ১৮৯৪ গী এপ্রিল ৮ দা বঙ্কিম লৈতবগী অৱাবা ফোঙদোকপা মীফম অমদা সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জিনা হায়খি :

So long as the Bengali language is spoken ...so long as it continues to be the vehicle of the sweetest and tenderest affections and of the noblest and most generous impulses .. so long will the name of Bankim Chunder Chatterjee be remembered, honoured and respected.

মসি হৌজিক ফাওবা চুপ্লি। ☐

## মরী লৈনবা লাইরিকশিং :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সেন, ডাঃ সুকুমার | — | হিস্তোরি ওভ বেঙ্গলী লিতরেচর |
| ২। | বোস, বুদ্ধদেব | — | এন, একর ওভ গ্রিন গ্রাস |
| ৩। | কবির, হুমায়ুন | — | দ বেঙ্গলী নোভেল |
| ৪। | দত্ত, রোমেশচন্দ্র | — | কলচরেল হেরিতেজ ওভ বেঙ্গল |
| ৫। | দাসগুপ্ত, জয়ন্তকুমার | — | এ ক্রিতিকেল স্তদি ওভ দ লাইফ এন্দ নোভেলস ওভ বঙ্কিমচন্দ্র |
| ৬। | বেনর্জি, সুনিল কুমার | — | বঙ্কিমচন্দ্র : এ স্তদি ওভ হিজ ক্রাফত |
| ৭। | সেনগুপ্ত, এস, ছি | — | শরৎচন্দ্র, মেন এন্দ আর্তিষ্ট |
| ৮। | রাত্ত, আইয়ান | — | দ রাইজ ওভ দ নোভেল |
| ৯। | গোকক, ভি, কে | — | লিতরেচর ইন মোর্দন ইন্দিয়ান লেঙ্গোইজেস |

# বঙ্কিমচন্দ্র অমসুং মহাক্কী মতম

## নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

বাংলা সাহিত্যগী আধুনিক যুগকী খোঙথাং হৌরকখিবসি তরামাপনশুবা শতাব্দীগী অনীশুবা শরুক্কগীনি। তৌববুদি মসিগী মমাঙদা শতাব্দী অসিগী অহানবা শরুক্তা অনৌবা যুগকী খোঙ-থাং অসিগীদমক শেম-শাবা হৌরকখি। হিন্দু কোলেজ লিং-খৎপদগী কলকাতা অমসুং অকোয়বদা লৈবা ইনাক-কৈরাক খুনবা মচামশুশিং অমসুং ময়াই-ওইরপ্পা থাক্তা লৈবা ইমুংগী মচামশুশিং ফাওবা লাইরিক-লাইশু কম্না তমখৎনরকখি। হিন্দু কোলেজগী ছাত্র-মশীং ১৮১৯ দা ৭০ লৈরম্বদগী ১৮৩০ দা ৪০৯ শুরকখি। নৌনা লাইরিক-লাইশু হৈগৎলকপা কাঙবু অসিনা নোংচুপঙ্গোমগী সাহিত্য অমসুং বিজ্ঞান নৈনবগা লোয়ননা অনৌবা সমাজ অমদি জাতিগী সাহিত্য শেমগৎপগী মাইকৈদা চঙশিনবা হৌরকখি। লাইরিক-লাইশু খরতং হৈবা অচম্বা পাম্বা কাঙলুপ ফাওবনা "মৈমনসিংহ গীতিকা" নত্রগা কবিকর্কনগী "চণ্ডী" পাতুনা পেম্ণোক্তুনা লৈবা য়াখিদে। তৌইগুম্বসুং তরামাপনশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক অসিদি রাখল-খনবগী, জ্ঞান-চর্চ্চাগী, সমাজবু শেমদোকপগী, সমাজবু করেম্নবগী রারেংগী যুগনি—অনৌবা সাহিত্য পুথোকপগী ( creative writing গী ) যুগ নত্তে। রামমোহন, অক্ষয়কুমার, দেবেন্দ্রনাথ, বিদ্যাসাগর, রাজেন্দ্রলাল-নচিংবা সমাজ-সংস্কারক অমসুং দার্শনিকশিংগী জ্ঞান-বিজ্ঞান অমসুং সমাজগী মরমদা ইবা রারেংনা মতম অসিগী সাহিত্যগী মপুং ওইবা ঈচেলনি।

সাহিত্যগী মপূং ফাবা যুগ অমগীদমক্তদি বাংলা সাহিত্যনা ঙাইবা তাখি, তরামাপনশুবা শতাব্দীগী অনীশুবা শরুক ফাওবা। সাহিত্যগী মরু ওইবা ঈচেল, কাব্য অমসুং প্রবন্ধ ( য়ারেং ) না ওইরম্বদগী সৃষ্টি-ধর্ম্মী সাহিত্যগী ( creative writing ) ঈহৌ য়ৌরকখি— উপন্যাস, য়ারী, নাটক— সাহিত্যগী ঈচেলদা তিল্লখি। ইতিহাসগী খোঙথাংনসু ঈহৌ অসিদা অকনবা শাফু পীখিদবা নত্তে।

নৌনা য়ৌরকপা নোংচুপলোমগী শিক্ষা-দীক্ষা, লোনচৎ-শাজৎ অমসুং রাখল-ফিদমগা লমদম অসিগী হান্না লৈজরম্বশিং অতুগা থেংগাইনরকপদা বাঙ্গালীগী পূক্নিং-রাখলদা অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। মতুনা সমাজ অমসুং সাহিত্যগী ঈচেলদা, ধর্ম অমসুং রাজনীতিগী রাখল্লোনদা অকনবা শাফু পীরকখি। সিপাহী-লালহৌদা ইংরাজ লৈঙাকপশিংগী তমথীরবা শক্তম অতু ময়েক শেংলকখি, নীলকর-সাহেবশিংনা লাইরবা পাম্বৈ লৈজদ্রবা লৌমীশিংবু শা-যনদোনা ওৎ-নৈরকপদা সমাজগী অরাংবা থাক্তা লৈবা কাঙলুপ ফাওবদা অশাওবা অমসুং ভুজুংবা পোকহল্লকখি— ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা সমাজগী ময়াই-ওইবা থাক্তা লৈবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা কাংলুপনা ইংরাজ-শাসনদা থম্লম্বা থাজবা অতু মাঙথরকখি। চাওখৎলবা অঙৌবা জাতিনা লাপগ্রবা সমুদ্র-ঈরাংমদগী লাকতুনা য়াম্না রানা লৈবাক অসিগী শাসন তৌর-রিবসি "কালা-আদমীগী" য়াইফনবগীদমক্তনি হায়না থাজবা অমদা যুক্ষম ওইরগা কাঙবু থরনা শাগৎলম্বা মঙলানগী ফুরা অতু মচেৎ মচেৎ কীম্ববা হৌরকখি।

মতমগী খোঙচৎ অসিনা বাঙ্গালীবু মশাগী মরমদা রাখল থনবগী, মশাবু খঙনবা হোৎনবগী অমসুং মশাগী শক্তম অমা শাগৎচবগী ঈথিল পীরকখি। মসিনা মরম ওইদুনা চোংথোরকখি সমাজ অমসুং ধর্ম সংস্কারক কয়া—রামমোহন রায়গী থুতুং ইন্দুনা

কেশব সেন, শিবনাথ শাস্ত্রী ; হিন্দুধর্মগী মতমগা চুনবা ব্যাখ্যাগা লোয়ননা লুপ্তাবী-লুহোংবগী লমজিংবা, বিদ্যাসাগর। চোংথো-রকখি সাহিত্যগী অতিয়াদা— রঙ্গলাল, মধুসূদন, নবীনচন্দ্র, হেমচন্দ্র, বঙ্কিমচন্দ্র, রমেশচন্দ্র, দীনবন্ধু—অসিনচিংবা। অদুবু মতম অসিগী বাংলা সাহিত্য অতিয়াদা ওানবা থরানমিচাকশিংগী মরক্তা থ্বাইদগী ওানবা থরানমিচাকতি বঙ্কিমচন্দ্রনি। কুনশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুকপু রবীন্দ্রযুগ হায়না খঙনবগুম তরা-মাপনশুবা শতাব্দীগী অনীশুবা শরুকপু বঙ্কিমযুগ হায়না খঙনৈ।

বঙ্কিমচন্দ্র বাংলা সাহিত্যগী অথোইবা উপন্যাসকারনি। মহাক্কী খরা মাঙওইননা উপন্যাসকী মওংদা ইবা প্যারীচাঁদ মিত্রগী "আলালের ঘরের দুলাল" অমসুং ভূদেব মুখোপাধ্যায়গী "অঙ্গুরী বিনিময়" ফোঙথ্রবসু তশেংনা উপন্যাস হায়বা অদু অহানবা ওইনা ইবদি বঙ্কিমচন্দ্রনি। ভূদেবকী "অঙ্গুরী বিনিময়গা" বঙ্কিমচন্দ্রগী অহানবা উপন্যাস "দুর্গেশনন্দিনীগা" হাইফেৎ-লাকফেৎ মান্নদবদি নত্তে। অদুবু সমালোচকশিংগী লোনদা হায়রগা—ভূদেবনা য়ুম-কৈ শাননবা মচাক-মথুম ফাওবদি পৈশিল্লম্মী, বঙ্কিমচন্দ্রনা মচাক-মথুম পৈশিনবতা নত্তনা ফজরবা য়ুম-কৈ শারম্মী। অদুগা "আলালের ঘরের দুলাল" সু তশেংনা হায়রবদা উপন্যাস নত্তে, মতম অদুগী বাঙ্গালী সমাজগী শক্তম অদু অচম্বা লোনদা, মতম অদুগী কলকাতাগী লোনদা ইদুনা উৎপনি। "আলালের ঘরের দুলাল" গী শীংথানীংঙাই ওইরিবদি মসিদা শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদা অসিনি। বিদ্যাসাগরগী সংস্কৃত য়ান্না নকপা লোন্দা-পুদাদগী 'আলাল'না লাপথোরকখি। অদুবু মতম অদুগী সাধারন মীয়াম্না ওাংনবা লোনগা সাধু-ভাষাগা য়ানশিন্নদুনা লোনগী ফজবা অদুদি য়োহনবা ঙমখিদে। বিদ্যাসাগরগী লোন্দা-পুদাগা আলালগী লোন্দা-পুদাগা অনীদা শোয়রিবা অদু বঙ্কিমনা নীংথিনা খঙবা ঙমখি। লোন হায়বসি মীয়ামগীনি, অদুবু সাহিত্যগী লোনদি

ফজদবা য়াদে, রস অমসুং লৈশি-লৈথোন য়াওদবা য়াদে। বঙ্কিম-চন্দ্রনা মাইকৈ অসোমদা চাংয়েংখি অমসুং মহৈ'য়ানবা ঙমখি।

নৌনা লাইরিক-লাইগু হৈরকপা অনৌবা মতমগী অপাব শিংনা বিদ্যাসাগরগী "সীতার বনবাস", "শকুন্তলা" নত্রগা প্যারীচাঁদকী "আলালের ঘরের দুলাল" পারগা সাহিত্য পাবগী অপেনবতু ফংবদা য়ারকখি। মতাং অসিদা বঙ্কিমচন্দ্র থুংলখি, মহাক্না থুংলবদা সাহিত্য-জগৎতা মরাং হৌখি। রবীন্দ্রনাথনা মতাং অসিবু অস্থুম হায়না শীংথারম্মী— "বঙ্কিমনা পুরকখি সমুদ্র-তরেৎ য়াংমদগী নিংথৌমচাবু ঐখোয়গী সাহিত্যগী নিংথৌমচানুপীগী ফম্মুং মনাক্তা। মাগী সনাগী চৈতেক্না থেংবগা বিজয় বসন্ত লৈলা-মজনুগী শামু ময়া হকপা কাংথোল মথক্তা নিংথৌমচানুপী অদু মমিৎ পাঙথোরকখি। মতম অসিদা মহাক্না লৈ-পরেং ছুক্লখি। মদুগী মতুংদদি কনানা মহাকপু অমুক থিংবা ঙমলুগনি।" তশেংবনি, বঙ্কিমচন্দ্রবু কনানসু থিংবা ঙমখিদে।

মথক্তসু পনগে, বঙ্কিমচন্দ্র বাংলা সাহিত্যগী অথোইবা উপন্যাসকারনি। নোংচুপলোমগী উপন্যাস অমসুং রোমান্সনা মঙোন্দা প্রভাব পীখিদবদি নত্তে, তশেংবমকসু প্রভাব অদুনা মহাকপু ইনশিন্দুনা বাংলা উপন্যাস ইবদা খুৎমাহনখি। খুৎমাবতা নত্তনা উপন্যাসকী ফজরবা শক্তম, শক্তম অদুদা রাশি হাপ্লা অমসুং থৱায় পালহনবা ঙমখিবসিনি বঙ্কিমগী য়াম্না শীংথানীংঙাই ওইরিবদি। উপন্যাস লমদমদতা নত্তনা সমাজগী অনৌবা য়াখল্লোনগী লমদমদা বঙ্কিমনা পীখিবা লমজিং, ময়াম্না খঙনরবা য়াফমনি। রামমোহন, বিদ্যাসাগর অমসুং বঙ্কিমচন্দ্র— লমজিং মৈরা অহুমনি। লমজিংবা অহুম অসিনা জাতিগী পুন্সি-ফিদম অমসুং য়াখল্লোনদা অনৌবা ঈহৌ অমা পুরকখি; জাতিবু মাঙথাবগী লম্বী তাকখি। মখোয় অহুম অসিগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না প্রভাব শন্দোকখিবদি বঙ্কিমচন্দ্রনি।

সমাজগী পুন্সিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী তিন্নবা য়াবা ৱাখল্লোনবু খণ্ডহন্দুনা, সাহিত্যদা লৈবাক অমসুং মীয়ামগী ৱা ফোঙদোকতুনা অনৌবা যুগকী সঞ্জিবনী-মন্ত্র তাকতুনা বঙ্কিমচন্দ্রনা সমাজপু নৌহৌননা থৱায় হাপখি। জাতিবু অনৌবা মন্ত্রদা দীক্ষা পীদুনা, জাতিগী ইতিহাসপু থিগৎপগা লোয়ননা ময়ামদা খণ্ডহন্দুনা, ইরৈবাক নীংবগী মন্ত্র শন্দোকতুনা বঙ্কিমচন্দ্রনা অনৌবা যুগকী খ্বাইদগী ঙানবা লমজিং-মৈরা ওইখি। মহাক্কী "বঙ্গদর্শন" ( ১৮৭২ ) ইচম-চম্বা থাগী চেফোঙ ওইরমদে, চেফোংসি ফিদম-নীংঙাই ওইবতসু নৎখিদে; চেফোঙ অসিনা বাঙ্গালী-সমাজদা মশানা মশাবু মশক খণ্ডজনবগী বীজমন্ত্র অদু পীখি। 'বঙ্গদর্শন' তশেংনা মতম অদুগী বাঙ্গালী সমাজগী শকয়েং মিংশেন ওইখি। বঙ্কিমচন্দ্রতা নত্তুনা মহাক্কী সেবক-শাখাশিং ফাওবনা তরামাপনশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা বাঙ্গালী সমাজদা অকনবা প্রভাব শন্দোকখি। রবীন্দ্রযুগ হৌরকপা অদু ফাওবদা বঙ্কিমগী প্রভাব ফজনা লৈরম্মী, রবীন্দ্রনাথ মশা ফাওবা অহানবা মতাংদা বঙ্কিমগী প্রভাবতগী নাম্থোকপা ঙমখিদে। বঙ্কিমচন্দ্রগী খুৎইগী মতৌ তমদুনা নহা ওইরিবা ৱবীন্দ্রনাথনা প্রবন্ধ কয়া ইখি।

নীংতম-আন্দোলনগী মতমদা বঙ্কিমগী উপন্যাস "আনন্দমঠ" না জাতিগী পুন্সিদা শন্দোকখিবা অঙকপা প্রভাব অদু হৌজিকসু ফোঙ ফোঙ শানা খঙনরি। উপন্যাস অসি ইংৱাজী অমসুং ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোনশিংদা হন্দোক্লুনা নীংতম-আন্দোলনগী অকনবা খুৎলাই অমা ওইখি। মসিগী প্রভাবতগী নীংতম-আন্দোলনগী বিপ্লবীশিংদা লম্বী তাকপতা নত্তুনা অকি-অথঙ নাইদবা পাঙ্গল, থৌনা, হাপখি। অৱাং বাংলাদা থোকখিবা সন্ন্যাসী লালহৌদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা উপন্যাস অসিনা নীংতম-আন্দোলনগী বীজমন্ত্র জাতিগী মফম থুদিং শন্দোকখি। উপন্যাস অসিগী সন্তান-লান্মীনা শকপা মরৈবাক-নীংবগী ঈশৈ "বন্দে-

মাতরম” না ভারত নীংতম লানগী ঋক-মন্ত্র ওইখি। “বন্দে-মাতমরম” হায়বা খোল্লাও অসিনা স্বাধীনতা লান্মীশিংগী মফমদা অওকপা ময়াই অমা ওইদুনা নোক্লা নোক্লা ফাঁসি-শগাইদা থব্রায় কৎপা ঙমখি, ইংরাজগী নোংমৈ গুলি মমাঙদা অকি-অখঙ লৈতনা চোংশিনবা ঙমখি। উপন্যাস অমনা, ঈশৈ অমনা জাতি অমবু কদায় ফাওবা লমজিংবা ঙম্বগে, কদায় ফাওবা থৌনা হাপ্পা ঙম্বগে হায়বদুগী লংলবা খুদম 'আনন্দমঠ' নি 'বন্দে-মাতমরম” নি। অদুনা হায়নৈ বঙ্কিমচন্দ্র যুগস্রষ্টানি, ঋষিনি।

বঙ্কিমচন্দ্রনা নোংচুপলোমগী রোমান্সনা য়ুম্ফম ওইবা ঐতি-হাসিক উপন্যাস অমসুং মতম অদুগী সামাজিক পুন্সিগী অরা-মুংঙাইগী রারী ইদুনা হৌগ্রবা ইতিহাস অমসুং মহাক্কী মতম অদুগী সমাজগী শক্তম য়েকখি। উপন্যাসশিং অদুগী মফম অমসুং মতম ঙসিগীদমক্তদি য়াম্না লাপথোকগ্রে, অদুবু মহাক্কী উপন্যাসশিংগী মহাওদি হৌজিক ফাওবা হুম্থদ্রি।

বঙ্কিমচন্দ্রনা ইরম্বা উপন্যাস তরামরিনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' ( ১৮৬৫ ) মহাক্কী অহানবা উপন্যাস ওইবতা নত্তনা ঐতিহাসিক উপন্যাসকী অহানবা পোথোকনি। মসিগী মতুংদসু মহাক্না ঐতি-হাসিক উপন্যাস কয়া ইখি। কনা কনাগুম্বনা হায়, বঙ্কিমচন্দ্রগী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিং অসি ইতিহাসকী মাইকৈদগী য়েংলুরবদি থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইদে, মাইকৈ অসোমদগী য়েংলুরবদি বঙ্কিমচন্দ্রদগী মহাক্কী থৌমু-নাউমু ওইখিবা রমেশচন্দ্রনা হেন্না শীং-থানীংঙাই ওই। রাফম অসোমদা য়াম্না কন্না য়েংনবা তৌরুদনা মসিমদি হায়বা য়াই, বঙ্কিমচন্দ্রগী মঙালনা কনমনখিদুনা রমেশ-চন্দ্রগী মঙাল অদু খোইনা ফাওবা ঙমখিদে। হোয় চুম্মি; করিগুম্বা বঙ্কিমচন্দ্র থোকলক্লমদ্রবদি রমেশচন্দ্রগী মঙাল ময়াম্না ফজনা উবা ফংলমগনি।

বঙ্কিমচন্দ্রগী সামাজিক উপন্যাস হৌজিকসু অপাবশিংগী পূক্নীং পেলহনবা ঙম্মি। মসিগী মরমদি বঙ্কিমচন্দ্রনা মতম অদুগী

সামাজিক পুন্সি য়েকপদা শক্তম চুম্না য়েকপা ঙমখিবা অতুনি। মহাক্কী মতমবু মহাক্না নমথাক তৌখিদে। "বঙ্গদর্শন"দা বঙ্কিম-চন্দ্রগী উপন্যাস "বিষবৃক্ষ" ফোঙবা হৌরকপা মতমদা সমাজগী ইমুং-মনুংগী, মুপা-অঙাংশিংগী মফমদা কয়া য়াম্না মরাং হৌহনখিবগে হায়বদু রবীন্দ্রনাথনা মহাক্কী "ছেলেবেলা" দা অস্নুম্না ফোঙ-দোক্লম্মী,—"মতম অদু বঙ্গদর্শননা মথুম-মরাং হৌহনবা মতমনি; সূর্যামুখীগা কুন্দনন্দিনীগা ইমুং-মনুংগী মীওইদোনা য়ুমথোং য়ুম-থোংদা হঙ্গৎ-হন্দা থোরকখি। কমদৌগ্রবা কমদোদৌরিবা, ময়াম পূম্নমক ৱানখি। বঙ্গদর্শনবু থুংলরবদি লৈকাইপূম্বা মুংথিল কনা-মতা তূম্নখিদে।"

বঙ্কিমচন্দ্রগী সামাজিক উপন্যাসশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবদি "কৃষ্ণকান্তের উইল" নি। উপন্যাস অসি ঙসি ফাওবা বাংলা সাহিত্যদা মশক নাইবা অমা ওইনা লৈরি। উপন্যাস অসিদা বঙ্কিমচন্দ্রনা মতম অদুগী সমাজগী শক্তম য়েকপতা নত্তনা অফ-ফত্তগী লম্বীসু খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লম্মী। অদোমদগী য়েং-লুরবদি বঙ্কিমচন্দ্র আদর্শবাদীনি।

সব্যসাচীগুম্না বঙ্কিমচন্দ্র উপন্যাস অমসুং প্রবন্ধ-সাহিত্য অনীমক্তা মহৈ য়ানবা সাহিত্যকার অমা ওইখি। উপন্যাসকা চাংদয়রুবদা মহাক্কী প্রবন্ধ-সাহিত্যগী মশীং অমসুং মমল ৱাৎপা নত্তে, থোইনদুম হেল্লি হায়বা য়াই। কনা কনাগুম্বনা মহাকপু "বাংলাগী স্কোট" হায়না চাংদম্নবা য়াওই। অদুবু মসি মুন্না খল্লুরবদি থোইনা অচুম্বদি নত্তে। স্কোটনা মমিং চৎখিবদি মহাক্কী ইতিহাসকী য়ুম্ফমদা ইবা রোমান্টিক উপন্যাসশিং অদুগীদমক্তনি; অদুবু বঙ্কিমচন্দ্রদি মহাক্কী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিং অদুগীতা নত্তে, মহাক্কী মরীক চুম্নবা, মমল য়াম্নবা প্রবন্ধশিং অদুগীদমক্তসু ওইনা বাংলা সাহিত্যদা অচৌবা আসন ফংখি। মাইকৈ অসোমদগীনি বঙ্কিমচন্দ্রবু সাহিত্য-সম্রাট হায়নরিবা।

বঙ্কিমচন্দ্রনা সমাজবু শেমগৎনবগীদমক্তা প্রবন্ধ-সাহিত্যবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নগে খনখি। অতুনা হীরম কয়ামুক্তা মখল-মথেলগী প্রবন্ধ ইতুনা সমাজবু অচুম্বা লম্বী তাকখি, মাঙলোমদা চঙশিন্নবা থৌনা হাপখি। মরম অতুনা মহাকপু অনৌবা যুগকী শক্তিনি হায়না লৌনখি। রবীন্দ্রনাথ নত্তনা অতৈ কনাগুম্বা অমত্তনা বঙ্কিমচন্দ্রদগী হেন্না বাঙ্গালীগী পুন্সিদা প্রভাব শন্দোকপা ঙমখিদে।

বঙ্কিমচন্দ্রগী খ্ব্াইদগী শীংথানীংঙাই ওইবা প্রবন্ধ-সাহিত্যদি "কমলাকান্তের দপ্তর"নি। কমলাকান্ত মতম অতুগী কাউবা য়াদ্রবা শক্তম অমনি। প্রসন্ন গোরালিনীগী ঘী শঙ্গোম চাতুনা লৈবা, নশীরামবাবুনা পীবা অফিং মতুম য়োৎশিল্লগা মরক মরক্তা জ্ঞান মাঙতুনা অহন ওইরবা ব্রাহ্মন কমলাকান্ত চক্রবর্তীনা মঙ-ওই হা-ওই ঙাংলক-শংলকপা অতুনি কমলাকান্তগী দপ্তর। তশেংবদি কমলাকান্তগী অরোৎপা ফিজেৎ শেত্তুনা বঙ্কিমচন্দ্রনা সমাজগী মশক ময়াম তাকখি, সমাজগী অশোয়বা কয়াবু করেম্নখি লোয়ননা সমাজবু য়েন্নীং হুলহন্নবা হোৎনখি।

বাংলা সাহিত্য ঙসিদি মখল-মথেন কয়াগী লৈরাংনা লৈকা ফন্না থন্না শাংলবা লৈকোন অমা ওইরে। কাব্য, কবিতা, উপন্যাস, রারীমচা, নাটক ; প্রবন্ধ— সাহিত্যগী মথেল খুদিংমক মপুং ফারে। পৃথিবীগী চাওখৎলবা সাহিত্য কয়াগা চাংদম্নবদা বাংলা সাহিত্য করিগুম্বা হীরমদা নোপত্রে। অতুবু মসিমদি ময়াম্না য়ানরবা রাফম্নি, হৌজিক্কী বাংলা সাহিত্যগী অচেৎপা য়ুম্ফম থোল্লম্বদি বঙ্কিমচন্দ্রনি। অশেংবা সাহিত্যনা মতমবু জয় তৌই। বঙ্কিম-সাহিত্যস্তু মতমবু জয় তৌতুনা ঙসি ফাওবা সমাজদা অচৌবা আসন অমা ফংলি। □

# ঐতিহাসিক উপন্যাসকার অমা ওইনা বঙ্কিমচন্দ্র

## লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ

বঙ্কিমচন্দ্রবু ঐখোয়না ঐতিহাসিক উপন্যাসকার অমা ওইনা নৈনবা তারগদি, মরু ওইনা মহাক্না ইরম্বা 'দুর্গেশনন্দিনী' অমদি 'রাজসিংহ' হায়বা উপন্যাস অনী অসিবু কুপ্না য়েংলকপা তাই। অহানবদা 'রাজসিংহ' অসি লৌখৎত্রিভৈগী মমাঙদা 'দুর্গেশনন্দিনী' হায়বা উপন্যাস অসিগী মরমদা নৈনজরি। ৱারেং অসি পুথোক-চরিবা অইবনা বাংলা লোন খঙজদবনা, লৌখৎচরিবা উপন্যাস অনীমক শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা লাইরিকশিং অতুদা য়ুম্ফম ওইজবনি।

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা হন্দোকপা, লামায় ২১৭ পানবা, বঙ্কিমচন্দ্রগী 'দুর্গেশনন্দিনী' ( মৈতৈলোন্দা : লানবল মপুগী মমোমলোই ) হায়বা উপন্যাস অসি ফোঙলকপদা মণিপুরী অপাবশিংনা অচৌবা ঈথক অমা হৌহনখি। মতম অসি মণিপুরী অপাবশিংনা উপন্যাসকী মহাও য়াম্না খৌরাংনা তংনরক্লবা মতাং-নি। ডাঃ কমলগী 'মাধবী' অমসুং খ্বায়রাকপম চাউবগী 'লবঙ্গ-লতা' উপন্যাস অনী অসিনা মণিপুরী অপাবশিংগী পুক্নিংবু শুম-হৎখি। মতম অতুদা উপন্যাসকী মহাও খঙলুরবা মণিপুরীশিংনা, মপানগী লমগী উপন্যাসশিংসু পাবা পামলকখি। তানজা অসিদা মৈতৈলোন্দা 'দুর্গেশনন্দিনী' পুথোরকপদা অচৌবা অৱাৎপা অমা মেনশিল্লকখি। ঐখোয় অয়াম্বনা 'মাধবী' অমসুং 'লবঙ্গ-লতা' গী চরিত্রশিং চিন্দা পুবা অমসুং থম্মোয়দা চেৎনা মমি তাবগুম্না, 'দুর্গেশনন্দিনী' গী চরিত্রশিং অমদি থৌদোক কয়া কাউবা ঙমদনা চিনফা পুনরি।

'দুর্গেশনন্দিনী' আকবরগী মতমগী ইতিহাসকী থৌদোক খরদা যুম্ফম ওইরগা শাগৎলকপা উপন্যাস ওইরবসু, য়ারীদি রোমান্সনা মপুংনি। অতুনা কনা কনাগুম্বনা মসিবু হিষ্টোরিকেল রোমান্সনি হায়নবা য়াওই। য়াফম অসিদা অচুম্বা লৈতবদি নত্তে, উপন্যাস অসিগী য়ারীগী মচং ওইরিবদি রাজপুতকী অথৌবশিংনা চেকশিন্না শেন্নতুনা লৈরিবা মোগলগা, মসিগী মায়য়োক্তা লেপ্লিবা পাঠানগা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা য়েংথিনবগী মশক অসিনি। মসিনা য়াংলেন শরু ওইরগা, রোমান্সনা মপূং ওইবা, নুপা-নুপীগী মরক্তা লৈনরিবা নিংথিজরবা য়ারী পরিং অমা মসিগী মনুংদা শাগৎলি। থোক্লিবা মতম, পিরিবা থৌদোকশিং অমসুং মতুদা য়াওরিবা অয়াম্বা চরিত্রশিং অসি ইতিহাসকী অচুম্বা ঙাক্তা ওইরবসু, কল্পনানা মচু শংতুনা পুথোরকপনা, উপন্যাস অসিদা ইতিহাসকী অনৌবা মশক অমা অপাবশিংনা উবা ফংই। মিৎয়েং অসিমসু হিষ্টোরিকেল ফিকসনগী মরুওইবা পান্দম অমনি।

নোংমা অহিং অমা, কালেন থা লোইশিল্লকপা অতুরাইদা, কল্লবা নোং-নুংশিংনা মায়কৈ পুম্বা শাথীনা মমথ্রবা মতমদা, অথৌবা রাজপুত মানসিংগী মচানিপা জগৎসিংহনা শৈলেশ্বরগী মন্দির মনুংদা নোং-নুংশিং থুপলিঙৈদা গড় মান্দারণ-গী মপু ওই-রিবা বীরেন্দ্রসিংহগী মচানুপী তিলোত্তমাগা, মহাক্কী লোইনবী বিমলাগা, অহিং অতুদা লোন্না নোং-নুংশিং থাংলিঙৈদা মন্দিরগী মনুংদা থেংনখি। য়াঙাং হৈবী, মীগী পুক্লিং শুমহৎপা ঙম্বী বিমলানা ফনা ঙাকথোরুবা হোৎনতুনসু, জগৎসিংহ অমসুং তিলোত্তমা অনীগী মরক্তা লোন্না অহানবা উন্নবমক্তদা মন্দিরগী মনুংদা নুমিৎ অসিদা নুংশি মরু হুনখিবা অতুদি থিংবা ঙমাখদে। ফোংঙমদবা থম্মোয়গী মৈচাক পুতুনা অনী অসি নুমিৎ অসিদা কায়নথি। অতুবু থা মথায় অমগী মতুংদা, অসিগুম্বা শাথীনা মমলবা অহিংদা মন্দির অসিমক্তদা, হৈ-শিংলবী অমদি তৌবা

ওম্বী বিমলানা শীন্দুনা জগৎসিংহবু তিলোত্তমাগী মপাউ তাইনবদা নত্তনা, গড় মান্দারন-দা বীরেন্দ্রসিংহগী লানবন মন্নুংদা পুশিন্দুনা অরোনবা কাদা তিলোত্তমাগা উন্নহনখি ; অচেংবা তানজা অসি লৌহুনা অমমবা অহিংদা লানজাহুনা লৈয়ম্বা পাঠানগী লুচিংবা কতলু খাঁগী সেনাপতি ওসমান্না মহাক্কী লান্মীগা লোয়ননা বীরেন্দ্রসিংহগী লানবন মন্নুংদা লান্দাহুনা লানবন খুহুম চনখিবদা নত্তনা বীরেন্দ্রসিংহ, বিমলা, তিলোত্তমা অমদি জগৎসিংহবু বন্দি ওইনা পাঠানগী লানশঙদা থমখি। শাথিরবা অমদি মী হাৎপদা হালেংত্রবা কতলু খাঁনা বীরেন্দ্রসিংহবু মহাক্কী লানশঙদা মণ্ডক কক্তুনা হাৎখিবদা নত্তনা বিমলা অমস্নুং তিলোত্তমাবু মহাক্কী ওইননবা হোৎনখি। ওসমানগী লানমীনা শাথীনা শোকহনগ্রবা জগৎসিংহবু কতলু খাঁগী মচানুপী আয়েষানা থৱাই হকচাং য়াওনা সেবা তৌহুনা লায়েংখিবদগী মপাগী লানশঙদা নোংমা নোংমগী ফগৎলকখি। আয়েষানা জগৎসিংহবু জাৎ তিন্নত্রবস্নু থম্মোয় শেংনা নুংশিজখি অমস্নুং মতাং চানা জগৎসিংহগী নুংশিবা ফংননবা হোৎনখি। আয়েষাগী পুক্নিং খঙলবা ওসমান্না আয়েষাবু মহাক্কী ওইবা ফংলোইদৌরে চিংনরকপদগী কুপ্পা শেন্নবা হৌরকখি। আয়েষাগী থম্মোয়দদি ওসমানবু মপাগী মতিক চারবা সেনাপতি ওইনা মবুংগুম্না থনজে, মঙোন্দা লুহোংবগী ৱাথলসি মঙগুম্বনি। অমরোমদা বীরেন্দ্রসিংহগী লোইনবী ওইরম্বী বিমলাগী কতলু খাঁগী মথক্তা থম্নবা লোন্না থৌরাং তৌবা হৌরকখি। নোংমা মসিগী তানজা অমা লাকখি। কতলু খাঁগী মপোক নুমিৎকী হরাও তয়াম্নবা অহিংদা, পাঠানগী লানশঙদা হরাও কুম্মেনা নিন্দুনা মীপুম থুদিংমক ঈরাং-শঙদা পুক্নিং লুপ্নগ্রবা তানজাদা, শক ফজবী, মীগী পুক্নিং শুমহৎপা ওম্বী, তৌবা ওম্বী বিমলানা কতলু খাঁবু য়ু পিথক্তুনা ভাওহল্লগা মহাক্কী অচেংবা তানজা য়েংহুনা, ছুরিনা থিন্দুনা মথৱাই লৌখি।

কতলু খাঁ লৈখিত্রবা মতুংদা বিমলা অমসুং তিলোত্তমা মনিং-তম্বা ফংহনা লানশঙ অসিদগী লোন্না চেন্দুনা অতোপ্পা লম অমদা শক লোত্তুনা লৈখি। মমৈথংদা বিমলাগী খুজিল থোরাংদগী জগৎসিংহ অমসুং তিলোত্তমা অমুক হন্না উন্নহনা থম্মোয়গী ৱাফম কন্না শেংদোক্লরবা মতুংদা অনীমক পুক্কিং লৈত্তানা পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নখি। অহুগা আয়েষানা মহাক্কী থম্মোয়গী অনিংবা কন্না জগৎসিংহগী মফমদা ফোংদোক্লমলগা থম্মোয় ফাজিন্দুনা বিদায় লৌহনা, চাক্লিবা মৈচাক মথন্তা নমথজহনা, জগৎসিংহ অমসুং তিলোত্তমাগী পুন্সিদগী থাপ্পা হন্দোক্কনা চৎখি। মতাং অসিদা উপন্যাস অসিগী অরোইবা ৱারী ওইখি।

পীরিবা ৱারী অসিগী মন্নুংদা উপন্যাসকারনা জগৎসিংহ, তিলোত্তমা অমসুং আয়েষাগী সুংশি-ৱারী অসি উপন্যাস অসিদা মবুক তপ্রবা তুরেলগুম্না, করিগুম্বদনা মবুক লুপ্নবা, ঈরাউখোলনা থল্লবা নোংজুথাগী ঈচেলগুম্না, লাইরিক অসিগী অরোইবা চেনা ফাওবদা চেন্থহল্লি। ৱারীগী পরিং অসিদা বিমলা, অহুগা মওং খরদা ওসমানগী চরিত্রসু, লাইরিক অসিগী মশাদা থাদোকপা য়াত্রবা, উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা চরিত্র অহুম অসিগী সুংশি-খোংফমদা অচৌবা শরুক য়ারিবা মীশক ওাক্লনি। উপন্যাস ইরিবা বঙ্কিমচন্দ্রগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমদি মহাক্কী চরিত্রশিংগী মপানথোংগী শক্তম মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ, লোয়ননা চরিত্রশিং অসিগী পুক্কিংগী মশক অসি য়াম্না কুপ্না, মচা থায়না, প্রমান-পানথৈ কন্না শীজিন্নহনা অপাবশিংদা লাইয়েকপনা তৌবগুম্না তরং তরং উহনবা ওস্ব অসিনি। বঙ্কিমচন্দ্রদি মীওইবগী ফজবা শক্তমবু ঈয়াংপা পাম্বা, মসিগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিং অসি শীং-থাবদা চোকথবা নাইদবা, ফজবগী পূজারীনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কী উপন্যাস অম্বাম্বদা মসিগী মশুক অসি উবা ফংবিগনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' দসু মসিগী খুদম কন্না উবা ফংই। উপন্যাস

অসিগী অহৌবমক্তা উপন্যাসকারনা কুমার জগৎসিংহগী ফজবা ফিজেৎ-লৈতেংগী মরমদা শীংথারি, "পাখংচুগী কন্নবা মখা অমসুং মশা পুম্বা চুঙ-ফীরান চানা নোয়বা মরম্মা রাংলিবা অচু হায়ঙমদনা ফজবা হেনগৎপা ওইনা থোকহল্লে। নোংজু থাদা চোংথৎলকপা অনৌবা তিংথৌগী পাংখক ওইরবা নত্রগা মচুদগীসু হেন্না পুক্নিং শুমহৎনবগী মশক ওইরিবা, বসন্তদা য়েনিং হুন্নকপা অনৌবা উনা-শিংগা চাংদম্নবা য়ারবা মচু খিবিক্কী কবচনচিংবনা রাজপুত অচুগী ফিজেৎ অচু নিংথিজহল্লি, মখ্বাংদা পুল্লিবা খ্বাংলাক্তা মখুমগা কোন্নবা থাংশাং, শাংলবা মখুত্তা তা, মকোক্তা কোয়েৎ, মচুগী মথক্তুদা হীরা মতুম অমা, মনাদা মুক্তা থাম্নবা নাইন, মঙকশমদা মণিগী পয়েং পুন্নমক অসিনা লৈতেংলি"। (শ্যামসুন্দর, দুর্গেশ-নন্দিনী, লামায় ৫-৬)

উপন্যাস ইবনা অপাবশিংদা তরু তরুনা উহনবা জগৎসিংহগী ফজবা শক্তমনী। মতাং অমদা অমুক অইবনা মোং-হাদনা ফজরবা তিলোত্তমাগী শক্তম থারকপদা, মাংদা চোংথোক্তুনা লেপ্লবগুম্না অপাবশিংগী পুক্নিংদা ফাওহল্লকই। উপন্যাসকারনা ইরি, "শকসু চংখোল্লবী তিলোত্তমানি। পাবিরিবা নহাক করিগুম্বা মতমদা, ইনথৎলকপা চহি মতাংদা, কনাগুম্বী মোং হাদবী, তপ্লবী, পুকচেল ইংলবী মথোক কারকপী সুজাগী নৌনা মঙাল শন্দোরক্লিবা নিং-থিজবচু, সুংশি মিৎয়েংনা য়েংবিখিবা য়াওরবরা? অমুক্তং উখিবদা পুন্সিচুপ্পা মহাক্কী নিংথিবচু কাওবা ঙমদবা, নহা ওইরিঙৈদা, মথোক কারকপদা, রাচোই ঙাংলক্লবা চহি মতাংদা, থবক শুরি-ঙৈদা, মীকপ থোক্লিঙৈদা, তুম্লিঙৈদা, হন্না হন্না অচুগুম্বা শুমহৎনবগী মশক ওইরবী শক্তমচু, নিংশিং লম্বেলদা মঙগুম্না ইত্তৎতত্তুনা কাতু-কারল চৎলবী, অচুম ওইচুনসু মাগী মরমদা, করিগুম্বা মতমদা পুক্নিংদা কত্তবা অমকপা রাখলদি পোক্তবী, অচুগুম্বী নৌরিবী সুজা উবিখিবা লৈরবরা? করিগুম্বা উবিখিবা লৈরবদি, তিলোত্তমাগী

মওং মতৌ অহু ময়েক লানা থম্মোয়মুংদা ফাওবিবা ভমগনি। মাগী শক্তমদি ফজবগী মঙালনা য়াকমনখিহুনা পুক্লিংবু পুমচাক চাকথেকহনবা, য়াঙাং শাথেক মিৎয়েংদা হৈশিংমনখিবনা থম্মোয়-মুংদা হুগী য়াখুল থম্বা, অহুগুম্বা শক্তম অহু নত্তে, মহাক্কী দি থোৎ-নৌরবা, নিংথিজরবা শক্তম্না মহাক্কী ওইবীনি।" (শ্যামসুন্দর, দুর্গেশনন্দিনী, লামায় ২৭-২৮) মসিদগী হেন্না ফজবা তিলোত্তমাগী শক্তম অমা করম্বা লাইয়েকপগী তুরিনা য়েকপা ভমগদগে? আয়েষাগী ফজবা শীংথারকপদা উপন্যাসকারনা অমুকস্থু অতৈ উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা মুপীশিংগী চরিত্রগা চাংদমহুনা, ময়েক শেংনা অপাবশিংগী মাংদা উহল্লি, "আয়েষাগী চহিদি ২২ রোম শুরে। মহাক য়েংবদা য়াম্না ফজবী মুপীনি অহুবু অহুগুম্বা সমাজ অহু য়াহৈ অনি মরিনা হেক ফোংদোকপা হায়বসি ওইথোক্কবা থবকনি। তিলোত্তমাস্থু মশক য়াম্না ফজে, অহুবু আয়েষাগী মফজদি অহুগুম্বা নত্তে, মথোক কারকপগী ফীভম লেংদ্রবী বিমলাস্থু হৌজিক ফাওবা শককী মঙালনা মীগী পুক্লিং শুমহৎপী ওইরি, অহুবু আয়েষাগী ফজবা শক্তমদি অহুগুম্বস্থু নত্তে। কনা-কনাগুম্বী মথোক কারকপীগী মফজদি বসন্তগী মাল্লিকাগুম পোমশাৎনৈ, নামিবগী ইপোম্থু কিনা লোৎচৈ, থোৎলি, নৌই মনমতনা থল্লি। তিলোত্তমাগী মফজদি অহুগুম্বনি। কনাগুম্বী মুজাগী মফজনা, মুমিৎদাংবাইগী স্থলকমলগুম মায়কৈ ঙাল্লি, লুকলপ তৌই, লৈ-না কংই অহুবু য়াম্নদি নীংথিজৈ মকা ফম্না শাৎলি, ইরাং য়াম্না পোক-হল্লি, লৈহিনা চোল্লি। বিমলাগী মফজনা অহুগুম্বনি। আয়েষাগী মফজদি, হুন্দোয়কপদা ঙাইরিবা কোয়ৌ মশেক্লা য়ৈবদা তনৌ তনৌ শাৎকায়রকপী থম্বাল লৈরাংগুম লৈকা ফম্না শাৎলি, মুংশিবা লৈনম্না থল্লি, পুক্লিং মকা লামহনবা মুংশা মঙালগুমই, কিনস্থু লোত্তে কংবস্থু তৌদে, থোৎলি অহুবু লংই, অনৌবা তিংথৌ-থক্তগী মুমিৎ মঙাল থকতোক্লকপগুমই অহুবু মাইথোংদা থোইক্লম

মিনোক্তি তত্তনা অহুস্মক লৈতেংই।" (শ্যামসুন্দর, দুর্গেশনন্দিনী, লামায় ১৫১-১৫২) অসুম্না উপন্যাস অ'সিদা তোপ তোপ্না লৈরিবা আয়েষাগী ফজবা শক্তমসি অইবনা চোকথবা নাইদনা পরেং কয়া-মুক্তা শীংথাহুনা অপাবশিংগী পুক্লিং চিংশিলহল্লি। বঙ্কিমচন্দ্রনা 'দুর্গেশনন্দিনী' দা মহাক্কী মুপীগী চরিত্র শেম্বদা থল মান্নরা ওনবা প ম্নবস্নু. অপাবশিংনা আয়েষাদনা হেন্না লুমহল্লিংই হায়বসিদি তশেং তশেংনা উবা ফংই। মোং-হাত্রবী. লোথুপ-লোকোই লৈজত্রবী, মিৎয়েং হঙ্গৎনা য়েংবা ওমজত্রবী, অথেক-অকোয় য়াওদনা চুমস্রিং চেনথরকপা তুরেলগুম জগৎসিংহগী থম্মোয় তম্না চংজরক্লবী তিলোত্তমানা পুন্সিদা অন্না-অনা কয়াগী চৈথেং লান-থোক্তুনা জগৎসিংহগী পুন্সি লৈপুন শেমহুনা মহাক্কী থম্মোয়গী মনা ফংখিবা অসি অপাবশিংনা মতিক চায় হায়না নিংই। নৌনা উলেন নংলবী তিলোত্তমাগী ফংফম থোকপা ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোলনি। অহুবু থম্মোয়না ফাবা ওমদনা চংশিল্লুরবা, মহুদগী হেন্না চংশিনবস্নু ওমদা হন্দোকপস্নু ওমদা, মুংশিবগী লাংদা থুহুনা ঈথেং তারবা ফাওবদা মশাদা চৈনা ফংলে হায়না কপখিত্রবী, আয়েষাগী অরোইবা মনাদি অইবনা উপন্যাস অসিদা করিবু থাক্তুনা থম্বীরম্বগে? আয়েষানা জগৎসিংহবু মুংশিবা অ'স অশেংবনি, মসিনা মরম ওইহুনা থম্মোয় ফাবা ওমত্রবা ওসমান থাঁনা জগৎসিংহবু চাইননবা হৌখিবনি। জগৎসিংহস্নু থংমা থংনা আয়েষাগী মুংশিবদগী তুমিন্না হন্দোকপা তাখি। উপন্যাস অসিগী অরোইবা চেনা থরদা আয়েষানা মহাক্কী 'থন্নাইগী মবুংঙো' জগৎ-সিংহগী মফমদা ইরকখিবা চিঠি অসিনা আয়েষাগী থম্মোয় অহু ইতিং তিংনা অপাবশিংদা অইবনা উহল্লি। আয়েষানা কপ্না কপ্না জগৎসিংহগী মফমদা ইরি, "চিঠি অসি করিগী ইক্লরিবনো? ঐনা নিজগদবা অমতং লৈজে, অহুনা ইরিবনি। নহাকপু ঐনা মুংশি হায়বসি নহাক তাখিবা লৈরবস্নু, মহু কাউথোকপীগ্নো।

থরায়সি থাদ্রি ফাওবা রাক্ষম অসি ফোংদোকলোই হায়না রাশকচবনি অদুবু নোংদম্বগী খুজিন্না ফোংদোকখ্রে, হৌজিক্কী মতু অমুক নিংশিংবিরুরগনু। ঐহাক নঙগী মুংশি-খুদোল পামজবা নত্তে। ঐনা পীজগদবদু পীজবতনি, নঙোন্দগী মতুগী মহুৎ কম্বিমতা পামজদে। ঐনা মুংশিজরিবসিদি অস্তুক্কী মতীক মরা চেৎপ্রবনি মতুদি, নংনা মুশিবিদ্রবসু ঐহাক অদুমমক মুংঙাম্বজে।" (শ্যামসুন্দর, দুর্গেশনন্দিনী, লামায় ২৩২) জগৎসিংহনা মসিগী পাউখুম করি পীরুগনি? ইফম খঙদ্রদুনা রাহৈ অসিমতং আয়েষাগী মফমদা থাখি, "আয়েষা, নহাক্তি মুপীল্তুগী অথোইবীনি।" (শ্যামসুন্দর, দুর্গেশনন্দিনী, লামায় ২৩৩) আয়েষাগী থম্মোয়বু জগৎসিংহনা কোকনোন্দবা ঙমখিদে।

কনা কনাগুম্বগী মৎতা, বঙ্কিমগী 'দুর্গেশনন্দিনী' অসি ইংরাজি উপন্যাসকার সার রালটর স্কোতকী মমিং চৎলবা উপন্যাস 'ইভানহো' গা মান্নে হায়বা প্রমান তৌবা য়াওই। উপন্যাস অনী অসি কুপ্না পারবা মী অমদা প্রমান অসিগী অচুম্বা লৈ হায়বসি তশেং তশেংনা ফংবিগনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' গী মরুওইবা রাথোক্কী, মথক্তসু পনজখ্রে, মোগল অমসুং পাঠান অনীগী মরক্তা যেংথিনবা অসিনি। থৌদোক অসি ইতিহাসকী ওইনা আকবরনা দিল্লীগী সিংহাসন্দা নিংথৌরেল ওইনা ফম্লিঙৈগী মতমদনি। স্কোতকী উপন্যাস 'ইভানহো' অসিগী মরুওইবা রাথোকসু সেক্সন অমসুং নোরমান জাতি অনীগী মরক্ত। য়েংথিনবগী রাফম অসিনা মপুং ওইবনি। থোক্লিবনা অহানবা রিচার্দকী মতমদনি। য়ুম্ফমদি, উপন্যাস অনীমক অসিদা, ইতিহাসনা ওইরবসু, উপন্যাসকার অনী অসিনা শেম্লিবা চরিত্রশিং অসিদা মরুওইরিবদি লৈবাক্কী নত্রগা জাতি অমগী মরাইবক লেপ্পা অদু নত্তে অদুবু মুংশি মুংওম্না মপুংনি, শাবী-শানৌশিংগী অৱা-মুংঙায় থৌদোকশিংনা রারৌগী মচংনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' দা জগৎসিংহগী মুংশি খোঙফমদা তিলোত্তমা

অমসুং আয়েষানা অচৌবা শরুক লৌবগুম, 'ইভানহো' দা ইভানহোগী মুংশি-খোঙফমদা য়োরেনা অমসুং রেবেককানা মরু ওইবা শরুক য়ারি। 'ইভানহোবু মপাইবুংঙো সিদ্রিকনা মশক-মতৌ ফজরবা য়োরেনাগা অপাম-মুংশি লম্বীদা খোঙদামিন্নে হায়দুনা লোই থাখি। নিংবা কায়রবা ইভানহোনা রিচার্দকা পুনখি অমসুং মহাক্কী মথৌনা মপাঙ্গল উবদা রিচার্দকী পুক্নিং শুমহৎখি। নোংমা কনা অমত্তা খংহন্দনা মহাক্না রিচার্দকা লোয়ননা লোই থাবদগী ইংলন্দদা হল্লকু্না অচৌবা আসরীগী টুর্নামেন্টতা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা মীশক কয়াবু মাইথিবা পীখি। মতুংদা তোরকুইলস্তোনগী লানবন্দা য়োমানগী মথুক্তা ইভানহো শাথিনা শোক্কু্না বন্দি ওইখি। মহাক্না শোক্কু্না লৈরিঙৈদা মশক-মতৌ ফজরবী ইসাককী মজা ইবেম্মা রেবেক-কানা থরাই হকচাং য়াওনা লায়েংদুনা অনাবদগী ফরকখি। রিচার্দ অমসুং অতৈ থৌনা ফবা লোক্সেলনা লুচিংবা সেক্সনশিংনা নোর-মানশিংবু মাইথিবা পীদুনা ইভানহোবু কনখি।

ইভানহো অনাবা ফয়ে, বন্দিদগী নানথোকলে অদুবু রেবেক-কানা মহাক্কী থম্মোয়দা ইভানহোবু লোন্না মুংশিজবা অদুদি খংনা খংনা হনবা ঙমখিদে। রেবেককানা রাহো ওইদুনা অথৌবা গিলবর্তকা ইভানহোগা চায়নদুনা ইভানহোগী মথুক্তা গিলবর্ত তুখি। মমৈথংদা ইভানহো অমসুং য়োরেনা রিচার্দকী মতেংদগী কুইনা কাইনরুরবা মতুংদা অমুকহন্না উন্নদুনা পুন্সি খোংলোই ওইমিন্নখি। নিংবা কায়রবা রেবেককানা, ইভানহোগী মফমদা পীথোকপ্রবা মহাক্কী থম্মোয় অদু মথন্তা ফাখজদুনা, মপাগা লোয়ন-না ইংলন্দ থাদোক্কু্না চৎখি। পীরিবা বারীগী পরিং অসি মুন্না য়েংবিরগা 'দুর্গেশনন্দিনী' অমসুং 'ইভানহো' অনিগী মরক্তা মান্নবা মওং কয়া লৈ হায়বসি য়ান্না তশেং তশেংনা অপাবশিংনা উবা ফংবিগনি। অদুবু মান্নবা কয়া অসি লৈরবসু, 'দুর্গেশনন্দিনী'

অমসুং 'ইভানতো' অনীমক তোঙান তোঙানবা থুংশেম ঙাক্লনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' দা ঐখোয়না থেংনরিবদি বঙ্কিমগী তোপ-তোপ্পা ওপাৎ অমনি। বঙ্কিমনা উপন্যাস অসিদা শীজিন্নরিবা লোলগী কজবা, ৱারী লিবগী মুংঙাম্নবা, চরিত্র শিং য়েকপদা হৈ-শিংবা, থৌদোকশিং শীংথাবদা মহাও অমা পীবা ঙম্বা, গুণ পুম্নমক অসিনা উপন্যাস অসিবু পারু পারুবা মী মী খুদিংমক্কী থম্মোয়বু লাইনা ওমহনা থম্বা ঙমই।

'দুর্গেশনন্দিনী' গী মথংদা ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎ-থিবা বঙ্কিমচন্দ্রগী অতোপ্পা উপন্যাস অমনা 'রাজসিংহ' নি (মৈতৈ-লোন্দা হন্দোকপা : শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ ) লামায় ৩২৩ পানবা, 'দুর্গেশনন্দিনী' দগী হেন্না থাবা উপন্যাস অসি মওং থরদা ইতিহাসকী ওইনা য়েংলগা 'দুর্গেশনন্দিনী' গী মতুংদা চৎথরক-পনি হায়না লৌবা য়ারবসু উপন্যাস অনী অসিগী তোঙান তোঙানবা মশক অমসুং মহাও লৈজে। 'রাজসিংহ' মোগল নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবকী মতমদা থোকখিবা ইতিহাসকী থৌ-দোক থরদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপনি। আকবরনা দিল্লীগী সিংহাসনদা নিংথৌরেল ওইনা পাল্লিঙৈগী মতমদা হিন্দুশিংগী পুক্নিংবু লাকশিন্দুনা মহাক্কী মীচং ওইনা থমখিবদা নত্তনা মরু মরু ওইবা লৈবাক ঙাকপা অমসুং লানগী পোরম পুম্নমক মথোংগী মখুত্তা নিংঙায়বা লৈতনা শীন্নহনা থমই। হীরম অসিদা অচৌবা শরুক লৌরিবনা মথৌনা ফরবা রাজপুত অঙম্বশিংনি। মসিনা ইতিহাসকী শরুকনি। অদুবু আকবর শাহনা মহাক্কী লৌশিংতনা শাগৎলবা মোগল লৈবাক অসি ঔরঙ্গজেবকী পুকচেল পিকপা অমসুং হিন্দুশিংবু তাথিবা রাথল অসিনা মচেৎ মচেৎ কায়হন্নবগী মরু হুনখি। মহাক্না হিন্দুশিংগী থম্মোয়দা তাশোন ওইগদবা থবক্তমক তৌখি, হিন্দু পুম্নমক্কা ভমখিরবা জেজেয়া হায়বা খাজনা লৌখৎখি। হিন্দুশিংগী মন্দির কয়া থুগায়দুনা মসজিদ শেমগৎখি,

হিন্দু মুপী কয়া মখোয়না য়ানিংদবা চিঙ্গাক পীজতুনা মুসলিম ওলহনখি। আকবরনা লাইনা খুতুম চল্লম্বা রাজপুতশিংবু মহাক্না হৌজ-থেংখাং কয়ামরুমদা ঈকায়বা পীতুনা য়েংথিনবগী মৈ হৌগৎ-খি। 'রাজসিংহ' হায়রিবা উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা ইতি-হাসকী য়ুম্ফমদি অসিগুম্বা ঔরঙ্গজেবকী রাজপুতশিংগা য়েংথিনবগী মশক অসিনি।

রুপনগর হায়বসি রাজস্থানগী চীংনা কোয়শিনবা লমদা লৈবা পিক্লবা লৈবাক অমনি। লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মমিং বিক্রম-সিংহ কৌই। মহাক্কী শক-চুদা থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথা-নিংঙাই ওইরবী মচানুপী অমা লৈ, মমিংনা চনচলকুমারী কৌই। চনচলকুমারী পিক্লবা লৈবাক অমগী মপুগী মচানুপী ওইজরবসু রাজপুতকী নিঙোল অমগী নাপল চপচানা লৈজবী অমসুং মসিগী ইজৎ ঙাক্না হীংবা পাম্বী নুপীনি। নোংমা মহাক্না লাইয়োনবী মুপী অমনা পুরকপা দিল্লীগী নিংথৌরেল ওইরিবা ঔরঙ্গজেবকী অয়েকপা লাইবু ঈকায়বা পীখি। মসিগী পাও মথং মথং লাক্না ঔরঙ্গজেবকী নাকোং য়োরবদা, মবুকচেল পীকপা, ঈকায়বা খঙদবা, হিন্দুশিংবু ওৎপদা হালেংবা লৈত্রবা ঔরঙ্গজেবনা চনচলকুমারীবু দন্দি পীগে হায়তুনা মহাক্কী লান্মীশিংদা রুপনগর জয় তৌতুনা চনচলকুমারীবু ফারক্কদবনি, মতুংদা মহাক্কী রাণী ওইগনি হায়না য়াথং পীখি। রুপনগরগী নিংথৌনা ঔরঙ্গজেবগী অশাওবগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈখিদে। মসি থংলবা চনচলকুমারী-না মশাগী অমদি মরৈবাক্কী ইজৎ কন্নবগীদমক্তা, ঔরঙ্গজেবকী মায়োক্তা লেপ্পা ঙম্বা থৌনা ফবা রাজপুত থিরকখি, মঙোন্দা মনা ওইনা মশামক লুহোংগনি হায়না রাশকখি। মমৈথংদা উদয়পুরগী রানা রাজসিংহনা চনচলকুমারীগী অনিংবা অসি থুংহনগে হায়না চোংথোরকখি। মহাক্না মশিং লাকঙমদ্রবা মোগলগী লান্মীশিংগা থেংনগে হায়না শেম-শাখি। নিংখিবদা হন্দবা ঔরঙ্গজেবনা মশা-

মরক্কা লুচিংহুনা অচৌবা লাম্মী পুন্থুনা উদয়পুরদা লান্দারকখি। রাজসিংহ অমসুং রাজপুৎ লাম্মী কয়াগী নিংহন্নবা মথৌনাত্তনা ঔরঙ্গজেবকী লাম্মীবু মাইথিবা পীহুনা মোগলগা নমহুনা সন্ধি তৌনখি। ঔরঙ্গজেবনা চনচলকুমারীবু মহাক্কী ওইনা খুহুম চনবা ওমখিদে। মথরাই পেল্লহুনা বিক্রমসিংহনা মচান্নুপী চনচলকুমারীবু রাজসিংহগী মফমদা লুহোংখি।

মসিনা 'রাজসিংহ' হায়বা উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা ৱারীনি। ৱারী অসিদা অইবনা মরু ওইনা উৎনিংলিবদি রাজপুতশিংগী, মরু ওইনা উদয়পুরগী রাণা রাজসিংহগী মথৌনা অমদি মতিক মগুণনি। পিক্লবা, চীংনা কোয়শিনবা রাজপুতকী লৈবাক মচা মচাশিংনা মত্তৌ করম্না মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্কুনা হিংবা পামখিবা অমদি ইজ্জৎ অহুবু কন্নবগীদমক্তা অশিববু করিম্সু লৈতনা খন্দোকতুনা পাক চাউরব। মোগল সাম্রাজ্যবু শিংনখিবা হায়বসিনা উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা পাউজলনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' দা অপামমুংশিগী ৱারীনা ইতিহাসকী থোদোক কয়া নমহৎখিবহু, 'রাজসিংহ' হায়রিবা উপন্যাস অসিদদি মকালায়া উবা ফংদে। মসিদা মপুং ওইনা উরিবদি ঔরঙ্গজেবকী পুকচেল পিকপা, মুংশিহৈত্তবা, পুকচেল খোইবা, মশাগীদা য়েংবা, নাপল চাউবা শাজৎশিং অসিনি। মসিগা লোয়ননা রাজপুতশিংগী মথৌনা, নাপল, লান্দা হৈশিংবা, মথরাই থাবদা পাম্মুবা, পুকচেল চাউবা, মরৈবাক্কীদমক্তা হীংবা ওম্বগী লিংজেল অসিনচিংবনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' অমসুং 'রাজসিংহ' অসি মরম অসিনা, ঐতিহাসিক উপন্যাস ওইনা য়েংলকপা তারগদি অকোনবগী অসিনা হেন্না মপুং ফাবা অমদি মরিকচুম্বা হেল্লি। 'দুর্গেশনন্দিনী' দি রোমান্সনা মপুং ওইখি, ইতিহাসকী অচুম্বশিং অহুদি খরদমক ঈপোম লাংখি। অহুবু 'রাজসিংহ' পারকপা মতমদা চনচলকুমারীগী ফজবনা অপাবশিংবু অহুক য়াম্না খোইরাংহনবা ওমদে, থম্মোয়দা কোকত্রবা মচু শং-

লমলিবদি রাজসিংগী মতীক-মগুণনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা উপন্যাস অনী অসিদা থম্লিবা মিৎয়েং অমদি পান্দম অসি তোঙান তোঙানবনি। উপন্যাস অনিমক তোপ তোপ্পা ঐতিহাসিক উপন্যাস অমা ওইনা মশাগী মতিং লৈজবা লাইরিক ঙাক্কনি। □

# ভারতকী লময়ানবা উপন্যাসকার ঋষি বঙ্কিম

## ডাঃ এন, অরুনা দেবী

ভারত্তা মরু ওইনা বেঙ্গলদা ১৯ শুবা চহীচাগী হৌগৎলকপা অতুৱাইদগী চৎথরকখিবা রিনাস'াসগী ঈহৌ মরক্তা মশাগী তোঙানবা ফিরেপ অমগা শাগোম্লনা থোরকখিবা বঙ্কিমনি। ধর্মগী অকনবা লীপুন অমসুং সমাজগী চৎনবীগী অচেৎপা অথিংবা কয়ানা লম্হাংনহন্দুনা ককঙা ওনহল্লবা বাঙ্গালী মচাশিংদা মতম অতুগী লময়ানবা রাজা রাম মোহন রোয়নচিংবা কয়ানা নোংচুপলোমগী যুক্তিবাদ (Western relationalism) অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং পুশিল্লক্লুনা উহল্লবা হোৎনরম্মী। সমাজ অমসুং ধর্মগী মীৎয়েং পাকথোক চাউথোকহল্লবা হোৎনবগী ঈহৌ মরক অসিদা বাঙ্গালীশিংনা কাহেম্না নোংচুপলোমগী মতৌ তমশিনখিতুনা মশাবু মশক খঙজনবগী রাখল মীৎয়েং মাঙশিল্লকপগী অকিবা ফাওরক্লিবা মীওইশিংগী মরক্তা বঙ্কিমসু অমনি। নোংচু তগী পুশিল্লকখিবা রাখল্লোনগী কা হেনবা মতৌ থাদোক্লগা মচং ওইবা লমজিং মঙাল থরা লৌরগা হান্নগী ভারতকী মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা পরমপরাগী অচেৎপা রাখলগী যুম্ফমগা তিনশিন্নতুনা অনৌবা ভারত অমা, অনৌবা সাহিত্য অমা বঙ্কিমগী পুক্লিংদা মরু হুনখি। অরিববু অনৌবা মঙান্দা লোত্তুনা হেন্না মপুং ফাবা লম্বী অমা অইবসিনা থোনবীরম্মী।

বঙ্কিমগী মপানগী পুন্সিদি অৱাংবা ব্রাহ্মণ শাগৈগী অচৌবা ফম্লাইবা অমগী মোংহাত্রবা চীংলেম্বা শক্তম্নি। মীখা পোল্লবা ভারত মচাশিংনা নীংতম্বা ফংনবগীদমক হোৎনরকপদা থোরকপা

রাজনীতিগী চরাংনবা মরক্তা চোংথোক্লরক্লিবা নেতাশিংগী মরক্তা বঙ্কিমদি চোংশিল্লুদে, খুৎলাই পায়বা লালহৌ মরক্তসু য়াওশিল্লুদে। মহাক্কী মুংগী পুন্সিদি মসিগী ওন্ন-তৈনবনি। তোঙান তোঙানবা অসিগী য়াথল্লোনদি অকনবা লানথেং অমা বঙ্কিমগী পুক্লিংদা চোকথবা লৈতনা মায়য়োক্লখি—ত্রেদিসনেল হিন্দু অমসুং নোং-চুপলোমগী য়াথল্লোনগী অকনবা শাফু মখাদা হোংলক্লিবা অনৌবা হিন্দু—মসিদগী থোরকপা তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতিগী মশক অমসুং মহাউ, লমদমসিগী ওইবা য়াথলগা মপানগী নোংচুপলোমগী য়াথলগা চীংথায়নবা লন্নাই নীংতম্বনা চেৎলা সমাজগী লীপুনগা মুন্নবা। মহাক্কী উপন্যাসশিংসু হায়রিবা লানথেংশিং অসিগী উৎথোকফম ওই। সমাজগী চৎনবী অমসুং মোরালিতি অমরোমদনা কলাকার অমসুং লন্নাই মীওই অমা ওইনা নীংতম্বী য়াথল অসীগী লানথেং মহাক্কী উপন্যাসশিংদা উখি।

বঙ্কিমচন্দ্রনা ভারতকী সাহিত্যদা মরু ওইনা উপন্যাসকী লমদা তৌরম্নিবা থবকশিং অসি শীংথানিংঙাই ওইবদা নত্তনা মতম চুপ্পদা লেঙদনা লৈহৌরগদবা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোয়না খঙনরিবা উপন্যাস হায়বা সাহিত্যগী মই অসি ভারতকী লোনশিংদা মওং অমদা নত্রগা অমদা মমাংদা লৈরম্লবসু ঐখোয়না খঙনরিবা অমসুং লৌনরিবা অর্থদা মই অসিবু পুশিল-লকপদি বঙ্কিমচন্দ্রনি। মহাক্না মই অসিবু হৌদোক্নুনা পুশিল-লকপদগী ভারতকী মীরোলশিংদা অমুক্তা হেন্না পান্নবা মই অমা ওইরকখি হায়বা য়াফম অসি অয়াম্বনা খঙনরবা য়ানি। বঙ্কিমনা সাহিত্যদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অমসুং মসিগীদমক্তা মহাক্না হোৎন-রম্বশিং অত্নুগী মরমদা চাউরাক্না য়েংবা য়াই।

ইহান হানবদা বঙ্কিমচন্দ্র হায়বসি কলাকার অমনি হায়বদি কলা হায়বা মীওইবগী পুক্লিংদগী থোরকপা খুৎশেম অসিবু লুনা খনজবা অমসুং মসিগীদমক্তা মহাক্কী মই কয়াদা কন্না হোৎনরম্বা

মীশক অমনি। কলা হায়বসি ওইরক্নবগী অমসুং মসি পুথোরক্নবগী মায়কৈদা বঙ্কিমনা য়েংলম্বা মীৎয়েং অদু ঐখোয়দা কান্নবা য়াই। মহাক্না কলাকার অমগী মশাদা য়াওরিবা শক্তিশিংগী মনুংদা অনৌবা মশক অমসুং অনৌবা মতৌ অমা পুথোকপা ঙম্বা হায়বসি খ্বাইদগী মরুওইবা শক্তি অমনি হায়না লৌরম্মী। অমরোমদা হায়রগা মহাক্না কলাগী পোৎশক অমবু চুম্নগী প্রকৃতিগী ওইবা খুৎশেমগী মতৌ তম্বা হায়বসিতা নত্তনা কলা অদুবু পুথোরকলিবা, শেমগৎলক্লিবা অদুদা নৌনা উহল্লকপা ঙম্বা অমসুং শেমগৎলকপা ঙম্বগী শক্তি অমা য়াওহনগদবনি হায়বসিদা কন্না থাজৈ। বঙ্কিমগী অসিগুম্বা কলাদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি এরিষ্টোটলগী মীৎয়েংগা মান্নে হায়না লৌবা য়াই। এরিষ্টোটলনা প্লেতোগী কলাগী মীৎয়েং হায়বদি কলা হায়বসি মতৌ তম্বা পোৎশকনিনা অশেংবা অদুদগী শরুক অনী থাপতোক্লা লৈরবনি (twice removed from reality)। মরম অসিনা অশেংবা পোৎশক নত্তে হায়না শীংথারিবা অসিগী মায়োক্তা কলাকারগী খুৎশেমদা অশেংবা রিয়েলিটি হায়বসিদগী পুথোক্নুনা উৎলকপদা নৌনা উহনবা ঙম্বগী শক্তি ওইবা মশক অমনা কুপশিন্দুনা পুথোরক্নদবনি অমসুং মরম অসিদগী কলা হায়বসি পোৎকী মতৌ তম্বদা নত্তনা মসিদা কলাকার অদুগী অনৌবা শেমগৎ-শাগৎপা হৈবা অমসুং নৌনা থোকহনবা ঙম্বগী শক্তি অমা য়াওরি হায়বসিগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। মরম অসিনা কলা হায়বসিদা মহাক্না চুম্নগী শেমজিন শাজিনবগী হৈশিংবা অমসুং মতৌ তম্বগী হৈশিংবগা লোয়ননা থৌদোক রাথোক্কী শক্তম উৎপদা নত্তনা পুম্নমকী ওইবা অনৌবা মশক অমা শেমদোক্নুনা পুথোরক্নদবনি হায়বসি কন্না থাজখি। অসিগুম্বা কলা অসিবু মহাক্না চুম্না কলাগীদমক কলা হায়দুনা পুথোকপগী মহুত্তা কলা অসিনা মীওইবগী সেবা অমসুং মী-ওইবগী কান্নবগীদমক শিজিন্নগদবনি হায়বসিদা থাজখি।

মতাং অসিদা ঐখোয়না হৌজিক খঙনরিবা কলাবু মীওইবগী সেবাগীদমক শিজিন্নবা Art for life's sake হায়তুনা কলা হায়বসি পুন্সিগী মথা পোলহন্দুনা realistic ওইবা মীৎয়েং অমদগী খরা হেন্না utilitarian ওইবা হায়বদি কান্নবা ফংগদবা পোৎশক অমা ওইনা য়েংবগী মীৎয়েং অসিনা বঙ্কিমগী অসিগা মশক অমত্তনি হায়না লৌবা য়াদে। বঙ্কিমগী মীৎয়েং অসি মথাগী অসিনা ফোঙদোক্লি।

Bankim considered that the aetiology of all art in man's instinctive love of beauty. This instinct directs man to create beauty in various ways and forms, sometimes through sound, sometimes through colour or movements or shape, and sometimes through meaningful words. The arts give delight and happiness to man because they are beautiful. The happiness derived from beauty is distinct from sensuous pleasure. Such pleasure can be stale and tiring, but the happiness that emanates from beauty is forever rejuvenating and beneficial.

বঙ্কিম্না মফম অসিদা কলা হায়বসিদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি মীওইবদা কান্নবা পীবা পোৎনি হায়বনি, তৌবদবু কলাদগী ফংলিবা কান্নবা অসিদি মপানথোংগী নত্তবা স্নুংগী স্নুংঙাইবা অমস্নুং ফজবা খুৎশেমদগী ফংলকপা কান্নবনি, স্নুংঙাইবনি। বঙ্কিমগী মীৎ-য়েং অসি হোরস(Horace) না মহাক্কী লাইরিক্তা হায়রম্লিবা কলাগী মীওইবদা পাংথোক্লিবা মথৌ অনী হায়বদি Dulce et utile হায়বদি pleasure and utility স্নুংঙাইবা অমস্নুং কান্নবা অনীমক পীণদবনি হায়বসিগা থোইনা খেন্নদে। কলাগী পোৎশক অমদা ফজবা য়াওরি। অসিগুম্বা ফজবা অসিগী স্নুংঙাইবা অমস্নুং কান্নবা হায়বসি মীওইবদা পীরিবনি। ময়াম অসিনা কলাবু মী-

ওইবগী খুৎশেমগী মরক্তগী অথোইবা খুৎশেম্নি হায়না শীংথা-নরিবনি।

বঙ্কিমচন্দ্রনা মহাক্কী উপন্যাসশিং অমসুং অতৈ অতৈ মইশিং-দা চুমগী কল্পনাগী ওইবা খুশেম খর পুথোক্তুনা পারিবশিংবু সুং-ঙাইহন্নবা ঙাইহাক্কী শুদ্ধংনবা হোৎনরমদে, মসিগী মতুঙ্গা মহাক্না ইরিবসি অসিগী পান্বেনা মীওইববু হেন্না মতিক চাবা হেন্না ফগৎনবা মীওই ওইননবগী হোৎনরম্মী। মহাক্কি ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং ধর্মদা কন্না অচেৎপা থাজবা লৈখিবা অমসুং মসিগী প্রভাব মহাক্কী মইশিংদা মতিক চানা তাখিবা মীশক অমনি।

বঙ্কিমগী উপন্যাসশিং অসি ইতিহাসকী করিগুম্বা তাঙ্কক অমদা শাইদাংতুনা ইবনা অয়াম্বনি। মহাক্কী মতমগী সামাজিক সমস্যাদা খুৎথাবদি 'বৃষবৃক্ষ' অমসুং 'কৃষ্ণকান্তগী উইল' অনীসি-দনি। অতুবু মহাক্কী উপন্যাসশিংদা থেংনরিবা মীৎয়েংশিং অসি য়েংলুরগদি বঙ্কিমগী উপন্যাসশিং অসি চাউরাক্না মখল অহুম-থোক্না খায়দোকপা য়াই।

১। রোমান্সকী তাইবং : দুর্গেশনন্দিনী, কপালকুণ্ডলা, মৃনালিনী।

২। ময়ায় ওইবা মতম : বৃষবৃক্ষ, চন্দ্রসেখর, কৃষ্ণকান্তগী উইল, রজনী, রাজসিংহ।

৩। পাউজেলনা মপুং ওইবা মতমঃ আনন্দমঠ, দেবী চৌধুরানী, সীতারাম।

১। রোমান্সকী তাইবং : অহানবা তাঙ্কক্তা লৈরিবা উপন্যাস অহুম অসি ইতিহাসকী য়ুখন্দা সুংশি-সুংওন্না মপুং ওইহন্দুনা ইবনি।

ইংরাজীদা ইবা 'Rajmohon's wife' কী মতুংদা বঙ্কিমগী বাঙ্গালীদা ইবা অহানবা উপন্যাস' 'দুর্গেশনন্দিনী' ফোঙবদা অপাবশিংদা পুমনৌ নৌবা মহাউ অমা পীখি। ড্রামাতিক ওইবা মওংদগী হৌগৎলকপা রারী খুৎলীনা খোঙজেল য়াংনা পাঠান

অমসুং মোগল অনীগী য়েংথিনবা, শক্তি মুন্নরকপগী মরক্তা অথিংরা মুংশিবগী মরী অমা হাপচিন্দুনা উপন্যাস অসি পুথোরকই। দুর্গেশনন্দিনীগী হিরো জগৎসিংহনা বিষ্ণুপুরদগী গড় মন্দারা তম্লকপা খোঙচৎ অসিদগী বাঙ্গালী উপন্যাসকী খোঙচৎসু খোঙশানবা হৌগ্রবনি হায়না শীংথানৈ। নোংলৈ মুংশিৎ মরক্তা লম্বী লম্মাং-নরবা জগৎসিংহনা থুপকম থিরকপদা মন্দির অমগী থোঙ ফককায়-রুবদা মশক মতৌ চঙখোনবী মুপী অনীথক থেংনবগী শৈহৌ অসি হৌজিক্কী মতমদা মেলো ড্রামাটিক্কী মওং মানজরবসু সংস্কৃত অমসুং পার্সিয়ানগী রোমান্সনা থল্লবা ব্রারীশিংদগী চোকথরবা বাঙ্কালীশিংদদি অনৌবা মহাউ অমা ওইনা থোকখি।

ইংরাজী সাহিত্যগা শকখঙনরুবা খুদিংমক্তা 'দুর্গেশনন্দিনী' দা ৱাল্টর স্কোটকী 'আইভানহো' গী মমি তাবা উগনি। অদুম ওইনমক 'দুর্গেশনন্দিনী' দি ঐতিহাসিক উপন্যাসকী লমজিং তাকপনি। উপন্যাস অসিগী মতুংদগীদি ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোলশিংদা ঐতিহাসিক উপন্যাস কয়া ইখি।

'কপালকুণ্ডলা' অওইবা অমসুং ওইদবা তাইবং (নেচরেল এন্দ সুপরনেচরেল) না শেমগৎলকপা বঙ্কিমগী কল্পনাগী অয়োবী মশক উৎপা কবিতাগী মহাউ চেনবা উপন্যাসনি। তাইবংগী শনম মীনম ফংদ্রবা সমুদ্র খোংবানগী অশুকপা অচিকপা উমংদা মহৌ-শানা নাওকোন্দুনা চাউরকপী মুপীমচা অমনা য়ুম্বান পুন্সিদা খোঙদারক্তুনা মীওইবগী সমাজদা তিল্লকপদা ওইরকপা পুন্সিগী মশক অমা বঙ্কিম্না উৎলি।

বেঙ্গলদা হিন্দুগী অরোইবা নিংথৌ লক্ষ্মন সেন্না পাল্লিঙৈদা খিলজীনা শগোল তোংবা লান্মী তরাতরেৎখক্লা বেঙ্গল লৌশিন-খিবগী ইতিহাসকী চমন্নবা তাঙ্কক অসিনা বঙ্কিমগী থম্মোইদা অহুমশুবা উপন্যাস 'মৃনালিনী' (১৮৬৯) গী মরু হুনখি। খিলজীগী মখাদা পাঠানগী শগোল তোংবা লান্মী তরাতরেৎখক্লা বেঙ্গলবু

থুহম চনখি হায়বা অয়াম্বনা থাজনরকপা ব্রাফম অসি বঙ্কিমদি থাজবা ওমখিদে। অতুনা মহাক্কী কল্পনানা ১৩ শুবা চহীচাদা বেঙ্গলদা ওইরমগদবা ফিভম অমা লাকশিন্দুনা শাগৎলকই। অন্ধবিশ্বাসতা থাজগল্লবা রাজদরবার, মশাগী ওইজবা থীবা চিরোল মখোঙ পানবা মন্ত্রিশিং, নমথাক চাউবা ফয়াইবশিং অসিগী মরক্তা মতু-শোন্না অহল ওইরবা নিংথৌ অমগী লৈঙাক্কী শক্তম।

কলাগী মীৎয়েংদগী 'মৃনালিনী' বঙ্কিমগী মমাংগী উপন্যাস অনীনা য়ৌশিনবা থাক অতুমক কাখৎপা ঙমদ্রবম্মু য়াম্না শেংনা মরৈবাক মুংশিবগী ঈহুন ফোঙদোকপা হৌখিবসি উপন্যাস অসিদগীনি।

২) ময়াই ওইবা মতম: মতাং অসি বঙ্কিমগী থুৎই অমস্মুং মীৎয়েংদা মথল মথেল শুবা হেল্লকই। হৌখ্রবা ইতিহাসকী করিগুম্বা তাঙ্কক অমদা নত্রগা অমদা উপন্যাসকী ব্রারীগী হৌফম ওইরম্বদগী মহাক্কী মতমগী সমাজদা কাইদোংফম লৌরকই। 'বৃষবৃক্ষ' অমস্মুং 'কৃষ্ণকান্তগী উইল' মথল অসিগী উপন্যাসনি। 'রজনী' (১৮৭৭) হায়বা উপন্যাস অসি বঙ্কিমগী অতৈ উপন্যাসশিংদগী থিম অমস্মুং থুৎলানথোক্তা তোপ তোপ্পী। উপন্যাস অসিগী নায়িকা রজনীগী Lytton গী 'দা লাস ডে ওফ পোমপি'গী লৈয়োনগী মমিৎ তাংবী নীদিয়াগা মান্নবা উবা ফংঙি।

'চন্দ্রশেখর' (১৮৭৫) অমস্মুং 'রাজসিংহ' (১৮৮২)'দি বঙ্কিম্না য়াম্না খুৎলোয়রবা হিন্দু, মোঙ্গল, অমস্মুং ইংরেজগী চয়েৎনরবা ইতিহাসকী তাঙ্কক্তা শাগৎপা উপন্যাসনি। 'রাজসিংহ' দা মোগলগী নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবপু মায়থীবা পীবা ঙম্বা রাজপুত নিংথৌ রাজসিংহগী লান্দা হৈ-শিংবা, মীখা পোন্নিংদবা অমস্মুং হনবা নৈত্রগা মতীক মথৌনা উৎলি।

৩ পাউজেলনা মপুং ওইবা মতম: ১৮৮০ গী মতুংদা

ইরকপা বঙ্কিমগী খুৎইশিংদা মহাক মশাগী দর্শন হাপচিন্দুনা পাম্নিবশিংদা করিগুম্বা পাউজেল অমা পীননবা হোৎনবদা হেন্না মম্বেক শেংলকই।

বঙ্কিমগী উপন্যাস অম্নাম্বদি হৌগ্রবা ইতিহাসকী মতমবু পামজরুবা অমদি ইতিহাসপু রোমানটিসাইজ তৌনবা হোৎনবদগী শাগৎলকপনি। অকোনবগী উপন্যাস অহুম অসিদা মহাক্কী মীৎ-য়েংদগী উবা অমসুং মহাক্না পামজবা ধর্ম অমদি সমাজগী ৱাফম কয়া শন্দোক্নবা শক্তি লৈরবা খুদাই ওইবা historical romance স্নু বঙ্কিম্না শিজিন্নরকই। ধর্ম, ৱাজনীতি অমসুং সাহিত্যদা থম্বা বঙ্কিমগী মীৎয়েংশিং অদু তাঙ্কক অসিদা মপুং ফানা শাৎকায়-রকই। তাঙ্কক উৎনিংলিবা পান্দম্না প্লোত অমসুং কেরেক্তরবু লৈহুনা পুই। উপন্যাস অহুমমকসিদা য়াওবা মান্নবা ঈচেন্দা মতিক চাদনা লৈঙাক্তগী থোক্লকপা কাংথোং চাইরবা, অওৎ-অনৈনা থল্লবা সমাজগী মায়োক্তা অচুম্বগীদমক শাগৎলক্লিবা ঈহৌ অসিনি। বঙ্কিম্না হৌগ্রবা ইতিহাসকী তাঙ্কক পুশিল্লকপসি হৌজিক্কী ফিভমদগী নানথোক্লবা হোৎনবা নত্তে হৌখিবগী অরংবা মতমবু হৌজিক্কী ফিভমদা নৌহৌননা নীংশিংহন্দুনা মরৈবাক নীংবগী ঈহৌ অমা শাগৎপনি।

'আনন্দমঠ' (১৮৮২) মরৈবাক মুংশিবগী পাউজেল পুবা মীখা পোল্লিবা ভারতমচাশিংগী থম্মোইদা মমা লৈবাক্কী মুংশিবা য়াকাইহনখিবা খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈরবা উপন্যাস অমনি। মরৈবাকপু 'ইমা' লাইরেমবীমক্কী শক্তমদা শকপান্নহন্দুনা বঙ্কিম্না উপন্যাস অসিদা পুথোরকই। অসিগুম্বা মমাগী মুংশি লীপুন নত্তুনা তাইবংগী মরী পুন্নমক কৎথোক্লবা, থাদোক্লবা মচাগী থুৎপু অমনা মমাবু ওৎলিবশিংগী মায়োক্তা লাল হৌরকই। উপন্যাস অসিদা মচাশিংনা মমিত্তা মপি তানা মমাবু শৈথাজখিবা 'বন্দে মাতরম' গী শৈশক অসি ওসিফাওবদা মরৈবাকপু মুংশিজবা

ভারতমচাশিংগী অশেংবা থম্মোয়গী ঈশৈ ওইরি। অমুম্না বঙ্কিম্না নেসনেলিজমগী মুক্ষম থোল্লকই। মতাং অসিদা শ্রীঅরবিন্দনা হায়রম্বা "The larlier Bankim was a poet and stylist —The eater Bankim was a seer and nation builder" হাফম অসি হেম্না ময়েক শেংলকই।

"দেবী চৌধুরানী" (১৮৮৪) হায়বা উপন্যাস অসি বেঙ্গলদা মোগলশিংগী লৈঙাক লোইশিল্লক্লবা মতম ভারত্তা হারেন হেষ্টিংগী অচেৎপা লৈঙাক পুরক্রিউৈগী ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা শাগৎপা হারীনি। লৈঙাক হায়েনগী তং তাদ্রিবা বেঙ্গলদা ডাকুশিংগী অকনবা ঈরাং অমসুং শক্তি শন্দোকখিবশিংগী মরক্তগী ইতিহাসতা মমিং লৈরবা ভবাণী পাঠক অমসুং দেবী চৌধুরানী লৌখত্তুনা উপন্যাসকী হারী শাগৎলকই। ইতিহাসতগী লৌরুরিবা মীওই অনী অসিগী লমচৎ, হাখল, মীৎয়েংদি বঙ্কিমগী হাখলগী অশেংবা শক্তমনি, ইতিহাসকি নত্তে।

বঙ্কিম্না সাহিত্য হায়বসি অচুম্বনি, অচুম্বা হায়বসিনা ধর্মনি হায়না লৌই। সাহিত্য হায়বসি ধর্মগী অহাংবা খুভম কাননবগী সিরি থাকনি হায়বসি বঙ্কিমগী অচেৎপা হাখল্লি। অতুনা দেবী চৌধুরানীগী চরিত্রদা গীতাগী নিস্কাম কর্মগী মথৌ পাংথোকহন্নবা লাক্লরকই। মমা লৈত্রবদা মপুকচেল চুমদবা মীওই থরনা ফাবদগী মথোয়গী মখুত্তগী নানথোক্লবা মতুংদা ভবানী পাঠকা থেংনতুনা চহী মঙা চুপ্পা পুক্লিং হাখল ফাজিন্নবা অকনবা ব্রত কম্না তৌহন্দুনা মপুং ফারবদা প্রফুল্লনা দেবী চৌধুরানী ওইথি। অরোইবদা ইরায় লায়না হায়েন চুপ্পিগী শক্তি, লন-থুম পুন্নমক থাদোক্তুনা মপুরোইবা ব্রজেশ্বরগী য়ুমদা ইচম চম্বী য়ুমগোইবী মুপী অমা ওইনা ইংনা মপুন্সি লেনখি। অমুম্না বঙ্কিমনা পুক্লিং হকচাং লাকশিন্দুনা ইন্দ্রি খুতুম চনবা ঙম্বতা নত্তনা ফলগী খোরাংবা ম্নাওদনা মথৌ পাংথোকপগী লৌচৎনা প্রফুল্লগী লমচৎ ওইহন্দুনা নিস্কাম কর্ম

উংপদা নত্তনা মহাক মশাগী মীংথেং থিওরি ওফ কলচর গী বাথক্লোন অহুম্ম শেংনা কোওদোকই। ওইথোকপা বাবা, বাদবা মীং-না থক্লবা থৌদোক কয়ানা কুংনা, মরিক চুম্না শাগৎলক্লিবা শরুক অসিনা বারী অসিগী মপানগী কুয়োম্নি, মুংগী শরুক্তনা গীতাগী নিস্কাম কর্মগী লম্বী তাক্তুনা কলাগী ফজবদগী মীওইবদা কাম্নবা শীবরোমদা পুশিল্লকই। ধর্মগী লম্বী য়াংলকই।

'সীতারাম' দা মথৌনা মরিংজেনভনা মৌগলি শক্তিনা লাক-শিল্লকবা মতমদা মরা উপ্না লৈবাক অমা শেমহুনা পানথিবা সীতা-রামগী অপাম্ববু লাকশিনবা ওমদবদগী লৈবা অনা মাওথরকপা উংলি। বঙ্কিমগী মতুংইন্না য়ুথান পুন্সি থাদোকপা লাইনিংনা পুন্সিদা মায় পাকপা পুরক্তে. পুন্সি মহয় য়াম্নবগী লম্বীদি পুক্নিং-ছুকচাং থোং মান্নবা থম্বা হায়বদি মহাকী 'থিওরি ওফ রিলিজন' গী মীংথেং অহু উপন্যাস অসিদম্ম ময়েক শেংনা কোওদোকই। শ্রীনা সীতারামবু থাদোক্তুমা সম্যাসিনী ওইথিবনা মপুরোইবগী য়াইফবা পুরকপা ওমদবসিনা উংলি। শ্রী চংগ্রবদা সীতারাম অহাওবা চুইগুম্না অকং অফংবা চিক্লকই। লৈবাক ওাকপগী মহুত্তা মুপী অমম্মুং ইবাংদা লুপতুনা লৈখি। মথৌ খওয়বা নিংথৌবু মরুপ-মপাং পুম্নমক্না অমমমত্তা ওইনা থাদোক্তুনা চংনথি। দেবী চৌধুরানীনা খুদক্কা রানীগী থৌদাং থাদোকখিবদা কলাগী মীং-য়েংদগী শোল্লপ থোকখিবহু নাইতোম তাহৌরবা, মমি শ্যামনক্রবা সীতারামগী পুন্সিগী লোইরমদাই য়েকপদা বঙ্কিমগী খুৎশেমগী হৈ-শিংবহু অমুক হনজিল্লকই।

বঙ্কিমদা ইচম চম্না লাইরিক ইবা, উপন্যাস লেংবা মীশক অমত্তা ওইনা য়েংবগী মহুত্তা মত্তোন্দা ভারতকী পরমপরাবু পুম্না য়েংতুনা কুপ্না নৈনরবা মতুংদা অহুম্বা অমম্মুং ফজবগী লেওয়বা মত্তৌ উংলকপা লাই তোংলবা মী হায়বদি ঋষি অমনি। বঙ্কিমগী থম্মোয়দা পোক্লক্লিবা বাথলগী তোঙান তোঙানবা মশক-

শিং অসি অমম্বুং কলাকার অমা ওইবগী থিংঙমত্রবা ঈস্কুংশিং অহুবু অচুম অয়ান অমম্বুং ভারতকী লৌরবা সংস্কৃতিগী পরমপরানা ঙাক শেন্দুনা মহাক্না থম্নবা হোংনখি। মহাক ধর্মদা অচেৎপা থাজবা নৈবা কলাকার অমনি অমম্বুং মহাকী সাহিত্যগী খুৎশেম-শিং অসিদা মহাকী থাজবগী মমি অসি মরেক শেংনা তারি। বঙ্কিমচন্দ্রগী মরমদা শ্রীঅরবিন্দনা হায়রম্বা মথাগী বাক্য অসি উপন্যাস ইবা অসিবু শীংথাবদা নত্তনা মহাকী পুন্সি অমম্বুং মহাক্না লৌরম্লিবা ভেল্যুগী মশক অহু চপ চানা উৎলি—

"And when posterity comes to crown with her praises the Makers of India, she will place her most splendid laurel not on the sweating temples of a place hunting politician nor on the narrow forehead of a noisy social reformer but on the serene brow of that gracious Bengali who never clamoured for place or power, but did his work in silence for love of his work, even as nature does, and, just because he had no aim but to give out the best that was in him, was able to create a language, a literature and a nation."[1]

অরবিন্দনা বঙ্কিমবু শীংথারম্বা অসি অচুম্বনি অমম্বুং মহাক্না য়েংলম্লিবা মীৎয়েং অসিদা ভারতবাসীশিংনা ঙসিস্তু বঙ্কিমবু য়েংলি অমম্বুং ইকাইখুম্নরি।

(1) Sisirkumar Das, **The Artist in chains the life of** Bankimchandra Chatterji, New Delhi, 1984, p. 199.

**Bibliography :**

1. Shri Aurobindo, **The Renaissance in India**, Shri Aurobindo Ashram Pondicherry, 1982.

2. Amal Kumar Mukhopadhyay, **The Bengali Intellectual Tradition**, KP Bagchi & Company, 1979.
3. Sisir Kumar Das, **The Artist in chains**, New Delhi.
4. S. C. Sengupta, Bankimchandra Chatterjee, Sahitya Akademi, 1982.
5. Humayun Kabir, **The Bengali Novel**, Firm K.L. Mukhopadhyay, 1968.
6. S.K. Bose, **Bankimchandra Chatterji**, Publications Division Ministry of Information and Broadcasting Government of India, 1974.
7. Sunilkumar Banerjee, **Bankimchandra**, Firma K.L. Mukhopadhyay, 1968.
8. Iqbal Bakhtiyar, **The Novel in Modern India**, Bombay, 1964.
9. T. W. Clark, **The Novel in India**, London, 1970. □

## সামাজিক উপন্যাসকার অমা ওইনা বঙ্কিমচন্দ্র

### অরিবম কুমার শর্মা

অনৌবা ভারত অমা শেমদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা ভারতবাসিশিংগী মঙ্গুংদা ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রবু অমনি হায়বসি মীপুম ত্তিংনা খঙনরবা রায়রম্মি। ১৯ শুবা শতাব্দীদা ভারতকী লৈমায়দা খোঙদারখিবা ত্রিনাশাগী মঙ্গুলচন্না আধুনিক বাঙলা উপন্যাসপু লোকপাখিবা খরিম্ম। হিন্দী সাহিত্যগী জগৎতা প্রেমচান্দবু উপন্যাস-সম্রাট হায়নবগুম বাঙলা সাহিত্যদা বঙ্কিমবু 'উপন্যাস-রাজ' হায়দুনা ইকায়খুম্নে। শেরেংগী লমদা মাইকেল মধুসূদন দত্তনা নোংচুপকী অনৌবা রাখল অনৌবা মীৎয়েং অমদি অনৌবা টেক্নিক কয়া পুশিল্লকপগুম উপন্যাসকী লমদা বঙ্কিমনা নোংচুপকী শিক্ষা অমদি সভ্যতাগী মঙাল পুরকখি। মহাকী বঙ্গ দর্শন চেকোঙনা লম অসিদা লৌখিবা থৌদাংবু কনানা শীংথাদনা লৈবা ঙমগনি। চেকোঙ অসি বেঙ্গলী জর্নেলিজমগী ইতিহাসতা মাইল-ষ্টোন অমনি হায়নরিবনি। সমাজ অমদা অহোংবা নত্রগা অওনবা পুরকপদা মতম মতমগী অচোবা মীওই কয়ানা মখোয়গী রাখল অমদি কল্পনা শীজিন্নদুনা মতিক চাবা থৌদাং মাখিবগী রারী পিক থম্মা লৈরি। পৃথিবী পুম্বা নিকহনখিবা অমদি মীওইবগী তৌব-ওবগী ইতিহাস শেমখিবা লাইরিক কয়া অমস্থু লৈরি। রুসোগী ( Rousseau ) Social Contract, Mrs. Stowe গী অংকল তোমস কেবিনগী অবদানবু কনানা কাউবা ঙমগদগে ?

ঐখোয়গী ভারত অসিদসু রাজনীতিগী অতিয়াদা অনৌবা মঙাল পুরকখিবা লোয়ননা ভারতবাসি খুদিংমকী থম্মোয়দা জাগরণগী ঈহৌ শাগৎখিবা বঙ্কিমগী 'আনন্দমঠ' লৈরি। বৃটিশকী

লোইলম শাসনগী মখাদা ভারতকী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতানা মঙম শাস্থরক্লবা অমদি ভারতবাসিশিংগী পূক্লিংদা পিদোন্ননা হিংবগী ৱাখল পোক্লক্লবা মতমদা বঙ্কিমনা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা মরৈবাক-মজাতিবু সুংশিবগী ৱাখল পোকহন্দুনা মাঙলুৱবা মণিবু নৌহৌনা শকখঙহনবা ঙমখি। 'আনন্দমঠ' তা য়াওৱিবা 'বন্দে মাতরম' গী খোল্লাউ অসি তশেংনমক সিদ্ধ লৈৱবা মহামন্ত্র অমা ওইখিবনি। বঙ্কিমচন্দ্র, সুৱেন্দ্রনাথ বেনর্জিগুম রাজনীতিগী মীওই অমা ওইখিদে, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগুম্না সমাজ শেংদোকপগী লমদা খোঙদাবা সোসিয়েল রিফোরমর অমসু ওইখিদে, মহাকবি ৱাখল অমদি ভাবকী জগত্তা কল্পনাগী মতেংনা তাইবঙ পূকচেল হোংহনখিবা অমদি মাবু অশেংবা নাকতা থাঙৎকে হোৎনখিবা মহাপুরুষনি।

বঙ্কিমগী লিতরেরী কেরিয়ার য়াম্না চয়েৎনবা বেকগ্রাউন্দ অমদা শাগৎলকখি। ১৮৫৭ কী 'সিফাই লালহৌ' থেংনরক্লবা অমদি রাজা ৱাজমোহন রোইগী 'নবজাগরণ' গী খোল্লাউ তারক্লবা বঙ্কিমনা মথম্মোয়দা রাজনীতিগী লমদসু খোঙদানীংবা লোয়ননা অঙাং ওইরবৈদগী পামজরকপা সাহিত্যগী সেবাসু তৌনীংবা মতাং অমা থোকখি। খৃঃ ১৮৭৬ তা মতম অতুগী লাইৱিকলাইগু হৈবা মীওইশিংতনা শেমখিবা ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন হায়বা রাজনীতিগী সংস্থান অসিনা বঙ্কিমগী পুন্সিদা অনৌবা থৌইনশিন অমদি আশা কয়া পীখি। খৃঃ ১৮৫৭ তা ভারতকী মরুওইবা সহর অহুম—কলিকত্তা, বোম্বে অমদি মদ্রাজদা বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎলকখিবগী ফলনা নোংচুপকী শিক্ষানা ভারতকী লৈমায়দা মরা চেৎনা শন্দোকপা হৌরকখি। ভারতকী ধর্ম অমদি সংস্কৃতিগী হান্নদগী লৈজরক্লবা পরম্পরা অমদি থাজবা কয়াগী মফমদা চৈথেং পীবা মতম অসিদগী হৌরকখি। য়ং বেঙ্গল হায়না খঙনবা হিন্দু কোলেজগী লাইৱিক হৈবা নহারোল কাঙলুপ অমনা

মতম অতুগী সমাজদা লৈরম্বা চৎনবী কয়া অমদি ধর্মগী ওইবা থাজবা কয়াগী মাইস্নোক্তা অকনবা প্রতিবাদ তৌবা হৌরকখি। রাজা রামমোহন রোয়না য়াম্না পামজনা পুখৎলকপা—ইউরোপকী থাক্তা ভারতকী সমাজ নৌহৌনা শেমদোক্কদবনি—হায়বা খোল্লাউ অতুগী ফিরাল পায়বা মীশক ঙাক্তনি নহারোলশিং অসি। মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর অমদি কেশবচন্দ্রসেন অনীগী লীচিং মথাদা ব্রহ্মা সমাজনসু সমাজ শেংদোকপগী লমদা অচৌবা শরুক যারকখিবা মতাংনি। অসিদা নৎত্রি, আর্য্য সমাজ লৈরি, Theosophical Society লৈরি, পুম্নমক্না মাঙথরক্লবা হিন্দু ধর্ম অমদি সংস্কৃতিবু নৌহৌনা অর্থ হন্দোক্লবা অমদি মীয়ামগী পুন্সিগা হেন্না নকশিন্না থম্নবা হোৎনখি। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী লুপ্নাবী লুহোংবগী ঈহৌ অতুসু মতম অসিদা অকনবা খোঙজং অমদা চঙশিনবা হৌরকখি।

রিনাশাঁগী অনীশুবা তাংকক্তনি, বঙ্কিমচন্দ্রনা খোঙদারকখিবসি। মতম অসি ভারত্তা নোংচুপকী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতানা মরা চেৎনা লৈগ্রবা মতাংনি। মতম অসিদা বঙ্কিমনা নোংপোক নোংচুপ অনীগী অপুনবা সংস্কৃতিগী শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনখি। হিন্দু ধর্মবু অর্থ হনবদা নোংচুপকী মীৎয়েং অমদি রাখল শীজিন্নখি। ধর্মগী রাফমতা নত্তনা সাহিত্যসু মতম অসিদা নোংচুপকী প্রভাব মথাদা অনৌবা শক্লোন অমা লৌবা হৌরক্লবনি। সিরামপুর মিসিনারী, ফোর্ট উইলিয়ম কোলেজগী অইবা কাঙবু রাজা রামমোহন রোয়, দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর-নচিংবা মীওই অমদি সংস্থান কয়ানা শিথরুরবা বাঙ্গলা সাহিত্যবু হিঙৎহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। লীক্লম অসিদা বঙ্কিমসু মহাক্কী লৈজবা শক্তি উৎতুনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী সেবা তৌখিবনি। বঙ্কিমদগী হান্ননা ফাওগ্রবা মাইকেল মধুসুদন দত্তনা নোংচুপকী শৈলীদা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা মহাকাব্য ইতুনা বাঙ্গলা

কবিতা ইতুনা অনৌবা শক্লোন অমদা মথায় হাপগ্রবনি। আধুনিক বাঙ্গলা সাহিত্যগী অঙনবা মতম অসিদা মশক নাইনা মশাগী অশেংবা মতিক মঙাল উৎথোকপা ঙমখিবসি ১৮১৫ দগী ১৮৩০ ফাওবনা রাজা রামমোহন রোয়, ১৮৭২ ফাওবনা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যা-সাগর, দিনবন্ধু মিত্র, মধুসূদন দত্ত অতুগা মথা তাবদা বঙ্কিম-চন্দ্রনি।

বঙ্কিমগী অহানবা বাঙ্গলাদা ইবা উপন্যাস 'দুর্গেশনন্দিনী' থোরকপদগী বাঙ্গলা সাহিত্যদা মথুম-মরাং হৌবা হৌখি। মহাক্না সাহিত্যগী লমদা খোঙদাদ্রিবৈঙদা বাঙ্গলাদা উপন্যাস কৌবা য়াবা লাইরিক অমত্তা লৈরমদে হায়বা য়াই। রারী লাইরিক অতুগা অনুবাদকুম্বদি খরা লৈরম্মী। ঐতিহাসিক উপন্যাসনি হায়না শীং-থানরিবা 'দুর্গেশনন্দিনী' দা উপন্যাস অমা ওইবগী অশোনবা খরা লৈরবসু অনীশুবা ফোঙবা 'কপালকুণ্ডলা' দদি অশোনবা লৈতব-গুম তৌরে, বঙ্কিমগী উপন্যাস কলাগী মপুংফাবা শক্তম উবা ফংলে। বঙ্কিমগী উপন্যাসশিং অসি অয়াম্বনা ঐতিহাসিক নত্রগা রোমান্তিক ওই। সামাজিক উপন্যাস কৌবা য়াবা খরদি য়াওই অতুবু সমস্যা অমা নৈনদুনা সমাজগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা য়েং-শিনবদি তৌদে। শম্না হায়রবদা সমস্যামূলক উপন্যাস ( Pro-blematic novel ) হায়বতুদি নত্তে। অমরোমদা অমুক অম-রোমদা অমুক হায়রিবা সামাজিক উপন্যাসশিং অসিদা বঙ্কিমনা পামজবা রোমান্তিক তচ হায়বতু মরাং কায়না অতুম্মক য়াওই।

সামাজিক উপন্যাসকার অমা ওইনা বঙ্কিম হায়বা হীরম অসি নৈনবা তারবদা ইহান হান্না মহাক্কী করম-করম্বা উপন্যাসকী মসুং-চন্না লৌবা য়াবগে হায়বতু য়েংবা তাই। সামাজিক উপন্যাসনি হায়না লৌবা য়াবা উপন্যাসশিংদি 'কপালকুণ্ডলা', 'বৃষবৃক্ষ', অমদি 'কৃষ্ণকান্তগী উইল' না অথোইবনি। ইংরাজিদা ইবা মহাক্কী অহানবা নোভেল 'রাজমোহন্স রাইফ', অতৈ উপন্যাস

মচাশিং রজনী, ইন্দিরা যুসলাঙ্গুরীয় অমদি রাধারাণীদস্থু বেঙ্গলী সমাজগী ইমুং মন্নুংগী ওইবা ৱারী কয়া লীবা অমদি থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়াবু থৱায় তানা পাউতম্বা থেংনৈ। মীনুংশিগা লোয়ননা বঙ্কিমনা মৱাইবক থীরবা ভারত চন্নুশিংগী পিদোন্নৱা হিংবা পুন্সিগী মশক শেংনা তাকই। লোয়ননা মতাং কয়াদা বুর্জুৱা কলচরগী অমদি নোংচুপকী সভ্যতাগী অহেনবা নীতী অমসুং কান্নদবা চৎনবী কযাগী মরমদস্থু মশাগী মৎ ফোঙদোকই।

বঙ্কিমগী সামাজিক উপন্যাসশিংগী মন্নুংদা 'কপালকুণ্ডলা' গী মফম ৱাংনা লৈ হায়নিংই। শশাংক মোহন সেন, সোহিতলাল সেনগুপ্তা অফাওবা সমালোচকশিংনা উপন্যাস অসিগী মন্নুংদা য়াওরিবা কবিতাগী ওইবা ফজবা অমদি মসিগী রোমান্তিক ওইবা কেরেক্তরশিং য়েকপগী ফজববু শীংথাতুনা অৱাংবা থাক্কী রোমান্তিক নোভেলনি হায়। ১০ শুবা শতাব্দীদা ওইরম্বা বেঙ্গলী সমাজগী ফিভম অমা লাকপদা বঙ্কিমগী হৈ-শিংবা উবা ফংই। মতম অসিদা লৈরম্বা ধর্মগী ওইবা অকিবা চৎনবী অমখক হায়বদি তন্ত্রশাস্ত্রগী মতুংইন্না মীবু বলিদান তৌবগী সমস্যা অমখক উপন্যাস অসিদা উৎলি। ধর্মগী অথুবা মীৎয়েংবু তুকচবা বঙ্কিমনা হিন্দু ধর্মগী অথীবা মশক অসি পামজরমদে। উপন্যাস অসিদা অইবনা য়াম্না পামজনা পুখৎলম্বা ৱাফম অমনা মী অমনা মহাক্কী পুন্সিদা মতৌ করম্না করম্বা ফীভমদা চাউরকপগে অমদি সমাজগী পুন্সি লেনবগে হায়বসিনি। এনভাইরনমেন্ত হায়বদি নাক-য়েৎতা লৈরিবা ফীভম্না মীওইবগী ৱাখলদা মীৎয়েংদা অমদি তৌথোরকপদা কদায় ফাওবা শাফু পীবগে হায়বসি 'কপালকুণ্ডলা' উপন্যাসকী চরীত্র অনী কপালকুণ্ডলা মশামক অমদি লুফট উন্নীসানা তাকই। কপালিক্কী তমথিরবা শাজৎপু নিন্দা তৌরম্বী কপালকুণ্ডলা ফনমক মশা লিৎপা য়ানবা হোৎনজরবস্থু মমৈথংদা মাগী হান্নগী পুন্সি অতুদা অতুম হঞ্জিনবা তারকখি। নিন-খোংবা সহরগী

পুন্সিগা নত্রগ। নিপা-মুগীগী যুমথাননগী পুন্সিনা কপালকুণ্ডলাগী পুক্নিংবু পেলহনবা ঙমখিদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী শাগৎলক্লবা মহাক্কী স্বভাব হোংঙমদনা অতুম লৈখি। লুফট উম্নীসাস্থু অতু মঙায়। মুগল কোর্টকী ইথক-ইরাংনা মাগী আত্মাবু তপথমনবগী মহুৎতা হেন্না ঈশৌ লাংহনখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী লেল্লকপা থুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সি অতুম্তবু মমৈথংদা ঈখৌ লাংলকখি। অসুম্না বঙ্কিম্না কপালকুণ্ডলাদা উৎলিবা সমাজগী ওইবা সমস্যা অসি হায়রিবা মী অমগী তুংগী পুন্সিদি মহাক্কী হৌরকফমতনা তাক্কনি হায়বা অসিনি। অকিবগী মশক ওইরবা ফীভম কয়াগী মথাদা কপালিক্না য়োকচরকপী মুপীমচা অমনা হয়েং মীনা ময়ুম মকৈ পান্দুনা সমাজগী মরক্তা তিল্লকপা মতমদা করি ওইরকপা য়াবগে হায়বসিনি উপন্যাস অসিগী সমস্যা।।

'বৃষবৃক্ষ' অমদি 'কৃষ্ণকান্তের উইল' হায়রিবা মতুংদা ফোঙলকপা উপন্যাস অনী অসিদা বঙ্কিম্না ১৯ শুবা শতাব্দীগী বেঙ্গলী সমাজদা চংনরম্বা নীতি-নিয়ম অমদি লৌচৎ-শাজৎ কয়া শেংনা উৎলি। লোয়ননা অনৌবা মতমগী ওইবা রাখলগা অরিবা থায়নগী ওইবা রাখলগা অনীগী মরক্তা লান্থেং অমা ইতৎতৎতনা থোকই হায়বসিস্থু ময়েক লানা উৎলি। 'কৃষ্ণকান্তের উইল' দা রোহিনীগী লমচৎপু পামজনা শাগৎলক্লগা খাংঙথক্তা মাঙহনখিবা লান্থেং অসিগী মশক তাকপনি। হিজম অঙাংহলনস্থু মহাক্কী 'জহেরা' উপন্যাসতা অসিগুম্বা ধর্ম অমদি সমাজগী পল অসি ময়েক লানা উৎলি। ফনমক পামজতুনস্থু জহেরাগী পুন্সি কনবা ঙমখিদে, মহাকপু লৌশিনবা ঙমখিদে। 'বৃষবৃক্ষ' দস্থু অতু মঙাই, কুন্দলিনীগী পুন্সিনা খাংঙথক্তা কেমখিবা অসিগুম্বা পল অসি লৈবননি।

বঙ্কিম রোমান্টিক ওইবা অইবনি। 'দুর্গেশনন্দিনী' অমদি 'কপাল কুণ্ডলা' দা য়েক্লিবা চরিত্র, থারিবা দৃশ্য ঙম্নমক্তা রোমান-

তিক তচ মরাং কায়না য়াওরি। অসিগুম্বা রোমান্তিক ওইবা লমদম অমদগী কুমথরক্ত্না সমাজগী ওইবা অযুক মুমিদাংগী পুন্সি অমদা খোঙদাবা হৌখিবসি অহুমশুবা উপন্যাস 'বৃষবৃক্ষ' দনি। মসি তশেংনমক অৱাংবা থাক্কী সামাজিক উপন্যাস অমনি। নোংমা হিগী খোঙচৎতা নগেন্দ্র দত্তনা চুন্দলিনা কৌবা কনা লৈজত্রবী মুশীমচা অমগা থেংনবা, মহাকপু মযূম তাম্না পুহুনা মহাক্কী মুপী সুর্য্যমুখিগী মতেংনা স্কুলগী ওজা তারাচান্দ হায়বা পাখং অমগা লুহোংবিবা, লাইগী নোংদমদগী তারাচান্দ মমুং মতম চাদনা লৈখিদবা অমদি নৌনা লুখ্রা ওইরবী কুন্দবু নগেন্দ্রনা অতোনবী ওইনা লুহোংহুনা লৌবা অমদি মসিদগী থোরকপা সমস্যা কয়া 'বৃষবৃক্ষ' দা অইবনা নৈনরি। সমাজগী চৎনবীনা কুন্দলিনীবু আত্মাহত্যাগী তুক্কচরবা থবক অসিদা শরুক য়াহনখি। মাবু কনবিরকপা মাবু চঙজফম পীবিরকপা নগেন্দ্রনা মাবু লৌশিনবা ঙমখিদে। পিরাং পিরোয়নবা অৱা পোলোইগী ৱারী অসিদা নগেন্দ্রগী মুপী সুর্ধ্যমুখি মশাগী মবাল মচেৎ অমা লৈতে হায়না লৌরবা ফাওবদা মুংঙাইবা ঙমখিব্রা? ত্রিভুজ প্রেমগী লাম্লেং অসি চুন্দলিনীনা লৈখিদবগা লোযননা অতুম্মক ময়ায় চমখি, অতুবু প্রতিধ্বনি অমদি লৈহৌই—লুখ্রাবী লুহোংবা। মতম অতুগী সমাজদা ফোঙ-ফোঙ শানা লৈরিবা সমস্যা—'বিধৱা বিবাহ'। লুখ্রাবী লুহোংবা হায়বসি আইননা য়ারবনি, ধর্মশাস্ত্রনসু য়ারবনি, অতুবু লোকাচারনা য়াদে, সমাজগী চৎনবীনা য়াদে। কনজরবেত্তিভ ওইরবা মতম অতুগী বেঙ্গলী সমাজনি করম্নসু ইরায় লায়না য়াগনি। বঙ্কিমগী ৱাখল অমদি মীৎয়েংদি য়াম্না লিবরেল ওই। লুখ্রাবী লুহোংবা য়াই য়াদে, মহাক্কী থোইদোকপা অকক্নবা মত লৈত্তে। কনাগুম্বী মুপা অমনা মহাক্কী মপূরোইবা লৈরিঙৈদা মপূরোইবা অতুগী মফমদা লৈখিবা ভক্তি অমদি শ্রদ্ধা অতু তৱাই তৱাই চেক্তা কাউথোক্ত্না অতোপ্পা নিপা অমদা মযুম পানবা

ঙমফম থোকপ্রা ? মসি বঙ্কিম্না যাম্না তোইনা খঙ্গবা ব্রাখলনি। ঙম্বা য়াবা লৈ, য়াদবা লৈ, মী মীগী মথা পোল্লি, ফীভম ফীভম্না লেপ্লী।

'বৃষবৃক্ষ' ফোঙলকপা মতমদা বাঙ্গলা সাহিত্যগী সমালোচক থরনা বঙ্কিম্বু য়াম্না বম্না শাউখি। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা কম্না হোৎনজত্নুনা 'লুখ্রাবী লুহোংবা' আইন্না য়ারবা মতম অসিদা করিগীদমক মরাইবক থীরবী কুন্দলিনিবু বঙ্কিমনা হাৎতোকপিরিবনো ? ব্রাহং অসিগী মরমদা সমালোচকশিংনা অইবদা মরান শিখিবসি অতৈ করিস্সু নত্তে—বঙ্কিমনা ভারতচন্দ্র অমগী মফমদা সহানুভূতি উৎপা ঙমদে অসিনি। উপন্যাস অসিবু কম্না শোগৎখিবা সমালোচকশিংগী মন্নুংদা রমেশচন্দ্র দত্ত অমদি শম্ভুচন্দ্র মুখর্জিগী মিং পনবা য়াই। উপন্যাস অসিদা বঙ্কিমনা উৎলিবসি মতৌ করম্না বুর্জুব্রাগী ব্রাখল্লোন অসিনা অচম্বা সমাজ অমদা চঙখিত্নুনা ইমুং-মন্নুংগী চৎন-পথাপ থুগাইবা ঙম্মিবনো অমদি থায়নদগী লৈরক্লবা মুপা মুপী অনীগী তৎনবা য়াদবা মুংশিরবা মরী অত্নুদা চৈথেং পীরিবনো অসিনি। উপন্যাস অসিদা কুন্দলিনীগী মরাইবক নৈনবনা মরু ওইবা পান্দম নত্তে, নগেন্দ্রগুম্বা সমাজগী মচীন তোঙবা মীশক অমগী লমচৎতা কায়থরকপা অমদি মত্নুগী ফলনা ইমুং-মন্নুংদা করি অহোংবা পুরকপা য়াবা হায়বা অসিনা মরুনি। বঙ্কিমগুম্বা লাইপোক অমনা ইরম্বা ব্রারী লাইরিক কয়া নৈনবা হায়বসি নৈনবিবা ঐখোয় পুন্নমক্তা পোজিটিভ থিংকিং লৈরবতদা অচুম্বা মীৎয়েং, অচুম্বা পান্দম ফংবা ঙমগনি। উপন্যাস অসিগী মতেংনা বঙ্কিম্না মতম অত্নুগী বেঙ্গলী সমাজদা পাউজেল অমা পীনিংলিবদি সমাজ অসিগী ফীভম অসি অসুক্কী মতীক তমথিরে, মসিদা কুন্দলিনিগুম্বী মরাইবক থীরবী মুপী অমগী হিংফম লৈতে হায়বসিনি। বঙ্কিম ঋষিনি, আদর্শদা থাজবা মীনি। সমাজ অমগী চেৎলবা চৎনবীগী পনবু মহাককুম্বী মুপীজা অমনা করম্না

লায়না হেক্তা থুগাইবা ঙমগনি ? ঙমফম খোক্তে। মহাক্না মতম অহুদা শাগৎচরম্বা মঙ অহু মঙফাওনরে। ঐখোয় খঙই, ঙসিগী বেঙ্গলী সমাজদা নারী মুক্তি হায়বসি সমস্যা অমা ওইদ্রে। চৎনবীদা য়ক লাউবা থাজবা বেঙ্গলী সমাজ ঙসি'দি অনৌবা যুগকী অনৌবা ৱাখল অনৌবা আশাদা, পম্বুংফম তান্না চৎকদৌরিবা লম্বীদা লময়ানবা লমভিংবা ওইরিবনি।

উপন্যাস অসিগী মতাংদা পনবা য়াবা অতোপ্পা ৱাফম অমনা নোংচুপকী সভ্যতাগী কল্লবা চৈথেংনা বাঙ্গলা সমাজগী মীওই কাঙলুপ কয়াগী মফমদা অহোংবা ৱাখল পুবকপা অকুবা নত্তে হায়বা তাকপা অসিনি। নগেন্দ্র দত্ত অমদি দেবেন্দ্রবাবুগুম্বা জামিন্দার কয়াদা, তারাচান্দগুম্বা স্কুল ওজা কয়াদা নোংচুপকী শিক্ষা অমদি ৱা'খল্লোন্না কয়াগী মতিক অহোংবা পুরকপা ঙমগ্রবা হাযবসি মতম অহুগী সমাজগী মীওই খুদিংমক্তা থন্থদবা য়াদ্রবা সমস্যা অমা ওইরবনি। নারী অধিকার ( নুপীগী হক ) মীপুম তিংনা শোন্নরিবা ৱাফমনি। অহুবু বঙ্কিমদি নুপীদা অ'থংবা লৈত্তবা নীংতম্বা পীবা হায়বহুদি পামখিদে। নুপীদি নুপীনি, অখাঙকনবী, ৱাশক-চেংগী, হৌনবা খঙবী, ৱাজবতনা মপুন্সিগী অনত্তা ঙায়বা নুংঙাইবনি হায়না খন্দোকপা ওম্বী নুপীমচাগী পুন্সিনি। কৎ-থোকপা —ঐগী হায়বা থমদবা—নুপাগী শরুক মচেৎ অমত্তনিকো ঐসি হাযনা খনবা ঙমজবী মহুতনা নুংঙাইজবী নুপীনি। করিগী অচাউরম পামলুগনি, করিগী নগেন্দ্রগুম্বা ইনাকখুনবা জামিন্দার অমগী মচেং চারুগনি ?

'কৃষ্ণকান্তের উইল' বঙ্কিমগী খ্ৱাইদগী অথোইবা সামাজিক উপন্যাসনি হায়না লৌনৈ। অইবা মশামক্তম্ভু খ্ৱাইদগী হেন্না পামজবা, খ্ৱাইদগী হেন্না নুংশিজবা উপন্যাসনি হায়বসি অয়াম্বা সমালোচকশিংনা পনবিরম্মী। লুখ্রাবী লুহোংবগী সমস্যানি। রোহিণীগুম্বী নৌনা মপুরোইবা কায়নরবী অহুম ওইনমক ঈশ্বরনা

পীরকপা হকচাং কায়াৎকী ফজবনা সমাজদা ঐগী ইফম ৱাৎতে হায়না দাবী তৌরিবা মুপীমচা অমথক য়াম্না পামজনা অমদি মুংশিজনা পুখৎলক্লগা অরোইবদা তমথিনা মাবু থৱায় তানা মুংশিজবা মপূৱোইবা শক্লবা গোবিন্দলালগী মথুক্তা হাৎহনখিবগী থম্মোয় শোকপা ৱারীনি।

শম্না হায়রবদা গোবিন্দলালগী মুপী কুচু মুৰী ভ্রমরগা নৌনা লুপ্না ওইরবী শক্তী নীংথিবনা লৈতেংলবী রোহিণীগা অনীগী খল অমা অইবনা ঐখোয়গী মাঙদা পুথোরকই। শক্তা গুণগগী লাম্লেংনি—গুণনা মমৈথংদা জয় তৌখিবা, তৌবস্সু তাবা। শক্তী মুর্ত্তি রোহিণী মাঙখি, গুণগী মুর্ত্তি ভ্রমর অতুম্মক লৈহৌই। মী-ওইবা হায়বসি ফীভমগী মনাইনি, মানা মানা তৌবা মানা মানা ফংবনি। মানা মানা চৎপা মানা মানা চংফম থোকপা চৎপনি। আইম্না য়.বা লুহোংবা অমদি আইম্না য়াদবা লুহোংবা অনীগী মরক্তা লৈরিবা কনফ্লিক্ত অতুম্সু উপন্যাস অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি। বঙ্কিমনা রোহিণীবু মুংদ মুংশিখিদবরা, হাৎত হাৎ-তোকনিংখিবরা? অস্মুক্তী মতিক পামজনদি পুখৎলগা করিগী অরোইবদা মহাকপু হাৎতোক্লি? ৱাহং অসিগী পাউখুমদা কাঙ-লুপ অমনা হায়, রোহিণীগী মরাল লৈ, মুপীগী নীংতম্বা পীরে, মশক্লক ওইজৌ হায়রে, অতুবু ইন্দে, অধিকারগী অর্থ খঙদে, কর্ত্তব্য য়াওদে, থৌদাং মশক খঙদে, মাবু শেম্বিরকপা মী মশক খঙদে, পাপ চেল্লবীনি, মহাক চৎপা তাবনি, মহাক মাঙবা তাবনি। কাঙ-লুপ অমনমুক হায়—রোহিণী লাঞ্জদবীনি, সমাজনা মহাকপু মাঙ-হনবনি। মুপীমচা অমগী থম্মোয়নি, লৈরাংগা পাংখকনি, থোৎ-চবীনি নৌজবীনি, মানবু করম্না মতমগী অকনবা নোংলৈ-মুংশিং থেংনবা ঙমগনি? অতুবু ওইরবস্সু অমবু ওইরহস্সু বঙ্কিম অইবনি, অইবগী অশেংবা থম্মোয় পানবনি, মপূক্লংদা মরৈবাক মজাতিবু মুংশিবগী ৱাখল চেনবনি, আদর্শগা যথার্থগা খেম্নবা খঙবনি,

নোংপোক নোংচুপকী মরী থওবনি। রোহিণী ক্লর্দিন্নু 'ফৎত্রবস্থু 'বঙ্কিমগী অয়োবী খুৎয়েক্লি, রোমান্তিক ওইবা রাথলগী ফীভমং অমদা মুংগী থৌইন্সিন অমনা শাথিবা চরিত্রনি। মসিমক্লা ওইরম্বা য়াই—কনাগুম্বা সমালোচক অমনা হায়থি হায়রিবসি— The very moment Rohini die the art in Bankim dies. ভ্রমর কয়া লৈরম্বা য়াই, সূর্য্যমুখি কয়া হিংলম্বা য়াই, তৌইগুম্বস্মুং রোহিণীদি, কুন্দলিনীদি—হায়বগী রাহংনা অপারা, ঐথোয়গী থম্মোয়দা ইতৎ-তৎতনা উৎপগুম তৌরিবসি অইবগী কুপশিন্না য়েংবা ঙম্বগী মতৌ অতুননি, মীবু মীনা মশক থঙবা ঙম্বননি। বঙ্কিম ইচম চম্বা অইবা নত্তে, ঋষিনি। পোৎ খুদিংমক মমুং চুঙিন্না উবা ঙম্বা মীশক্লি। লুপ্ত্রাবী লুহোংবা পামদবা মসিগী মাইওক্তা লৈবা বঙ্কিম্নি হায়দুনা কনাগুম্বা থরনা বঙ্কিমবু শেরান্ননা উবস্থু য়াওদবা নত্তে। 'কৃষ্ণকান্তের উইল' হায়বা উপন্যাস অসিদা বঙ্কিমনা সমাজগী সমস্যা নৈনবদা নত্তনা ইনাকথুনবা জমিন্দার অমগী ইমুং মমুংগী য়াম্না রিয়েলিস্তিক ওইবা রাথোক থৌদোক কয়াস্থু উৎলি। উপন্যাস অসিগী মগুণ শীংথাদুনা সমালোচক শ্রীকুমার বন্দোপাধ্যায়না অস্থুন্না হায়রম্মী— 'Krishnakanta's Will is the best social novel in Bengali literature. This is an outstanding gift of Bankimchandra's talent.' ( Bangla Sahitya Upanyasen—Page 167).

বঙ্কিমগী অতীকপা উপন্যাস থরা—'রজণী', 'ইন্দিরা', 'যুগলাঙ্গ-রয়' অমদি 'রাধারাণী' দস্থু বেঙ্গলী ইমুং-মমুংগী রাথোক-থৌ-দোক মচা মচা উৎপা উই। রজনীদনা থরা কয়া অতুগা অতৈদনা থরা শোন্না সামাজিক চেতনা অমা শাগৎপগা লোয়ননা পুন্সিগী অরা-মুংঙাইগী শক্তম উৎলি।

বঙ্কিমগী সামাজিক উপন্যাস নৈনরকপদা মী থরনা মহাকপু কেনাত্তিক ওই হায়। রাকম অসি লানগনি, বঙ্কিমগুম্বা জিনিয়স

অমবু মশক খণ্ডবা হায়বসি চুম্নগী মীৎয়েংনদি য়ারোই, বঙ্কিম মশক খণ্ডগে হায়রবদি মণ্ডোন্দা চণ্ডজবা তাই, মণ্ডোন্দা লুপ্পা তাই। খরনমুক অসিফা ওবা হায়বা য়াওই—বঙ্কিমদি কম্যুনেলিষ্ট নি, বেঙ্গলতগী খল্লি, বেঙ্গলতগী রা ই। রাফমসিসু অরানবা ওইগনি। শ্রীঅরবিন্দনা মহাকপু a leer and nation builder হায়না থাগৎলম্বা করিগীনো? □

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :

১। Bankimchandra Chattopadhyaya
—Tr. Nishitesh Benarjee

২। Bankimchandra Chatterjee—S.K. Bose

৩। Bankimchandra Chatterjee—S.C. Sengupta

৪। History of Bengali Literature
—Dr. Sukumar Sen

৫। বঙ্কিম বীক্ষা—জয়ন্তী সাহা

৬। বঙ্কিমগী অনুবাদ তৌরবা উপন্যাস খরা।

# বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী ধর্মগা মরী লৈনবা অমসুং লৈবাক নীংবগী উপন্যাসশিং

শ্রীমতী সিপ্রা সিনহা

দুর্গেশনন্দিনীগী নায়কনা শগোল শয়াংথক্কা তোং মথৌ পাওথোকলুনবগী থৌখিবা মতৌমকনা্ রেনেসাস্‌কী ইহান হানবা ঈহৌগী নমুনা ওইরমই। অনৌবা ঈহৌ অসিনা মিংচৎ অমসুং চাওদম থীহন্নবা বাংলা ম্বারেংবু কনবীখিবতা নত্তনা তুংদা হৌরকপা সমাজ, সংস্কৃতি অমসুং ধর্মগী ঈহৌনা বিবেকানন্দ, অরবিন্দ, ঠাকুর অমসুং মখোয়গুম্বা মশীং লাকওমদ্রবা শকনাইবা মীওই কয়া কয়ানা চুমই হায়না ম্বানখ্রবা ধর্ম চেনবগা ঈরোইনরবা মরৈবাক নীংবগী ঈহৌ অমা শেমগৎলক্লবগী লম্বীসু ফাৎখিরমই।

মথৌনা ফবা, মুপা থোকপা লীংজেল চেনবা অমসুং লানওম ফিরান থেৎনীংবা শক্তমশিংনা লৈতেংলবা 'দুর্গেশনন্দিনী' 'রাজসিংহ' নচিংবা উপন্যাসশিং অসি দৃষ্টবাদতা, খওণ্ড্ উরুবদগী অরেপ্পনি হায়না খওলবশিংদা অমসুং নোংচুপলোমগী খুৎইদা তাংলবা খুৎই ঙাকনি। অদুবু হায়রিবা দৃষ্টিবাদ অসিগী হৌরকফম মরুদি ভারতকী থায়নগী লীরবা ধর্মগী লাইরিকশিংনা ওইরমই—বঙ্কিমনা বৈদীক্কী মতমদা চৎনখিবা অরীবা মওং মতৌশিং অদুদগী লৌথোকলুবগী ম্বাতনি।

ইহান হানবা গীতাগী মরমদা বাংলা লোনদা কুপনা নৈনদুনা ( সমালোচনা ) ইখিবা মীশকসি বঙ্কিমনি হায়না তাকই অমসুং সংস্কৃত নত্তবা অতোপ্পা লোন অমদা ম্বাম্না মচু তানা গীতাবু অমুম্না নৈনদুনা ইখিবসি মহাক্কীসি ওইরমগনি হায়না মখোয়না থাজে।

মচং ওইবতুদা থিজিনবা কাংবুগী মিৎয়েংদা অচুম্ববু থিদোকপা পামখিবা বঙ্কিমনা, D'Rozio, Des Cartes নচিংবগী জ্ঞানগী মপান তাংত্নুনা অমস্তুং থায়নগী উপনিষদশিংদা পীরমলিবা পরিং-শিংত্থু কুপনা থিজিল্লগা ব্রাহ্মন্য ধর্মগী চৎনবী অমস্তুং সংহিতাদা তাক্লিবা ধর্মগী হৌনবী থৌরমশিংবু ( কর্মক্রীয়াশিং ) মখোয়না খণ্ডবনা মহেল্লে খঞ্জরবা পুরোহিতশিংগী মোৎলবা মথুৎনা তৌনীং-বতা তৌত্নুনা য়াংলেন শরু থুদেকপীরবা অমস্তুং খোগংনহল্লবা আধ্যাত্মিক জ্ঞানবু নোহৌননা মশেক মঙান ফাওহন্নবগীদমক হোৎনরমই। মী অমস্তুং তাইবংপান অসিদা মাগা মরী হেক লৈনরিবা পুম্নমক অমস্তুং তাইবংপানবু শেম্বীবা মপু অসিনচিংবা পুম্নমক অসিবু দর্শন শাস্ত্রগতা মরী লৈনবা অথুপ্পা রানি অমস্তুং থাজনা লৌনরিবা মতবাদনা য়োমত্নুনা থমলিবনি হায়না থম্বগী মহুত্তা, নোংচুপলোমগী ধর্মগী মিৎয়েংদগীদি খেন্ননা, ঐখোয়গী থায়নগী ধর্মগী লাইরিকশিংদা আধ্যাত্মিক স্বাধিনতা ফংনবগী ( 'ন্যায়' অমস্তুং 'মীমাংসা দর্শন' তাকলমলিবশিং অসিদি মী-ওইপোক্কী পুন্সিদা মীগী য়ুমবাল্লবা ইমুংগী অমস্তুং ময়াম পুল্লবা সমাজগী থায়নদগী চৎনরকপী চৎনবীশিংগা হকথেংননা মরী ফংন-হল্লি। কনাগুম্বনা বঙ্কিমগী উপন্যাসশিংদা য়াওরিবা মপুং ওইবা নায়কশিংনা ধর্মগী অমস্তুং মমালৈবাকপু মুংশিবগী মরীদা তাক-নীংলিবত্থু করিনো হায়বা শেংনা খণ্ডগে হায়রবদি ধর্মনা ফমজিন-হল্লবা ঐখোয়গী জাতি অসি গ্রীকশিংনা লৈবাক অসিবু INDEO ( হায়বদি INDIA ) হায়না হেক কৌখিবা হাক্তক্তদগী হৌনা ইরাইতা লাইথোকনবগী লাইনা অমা লাইচুরকলবনি হায়বসি তঙাইফদনা খণ্ডবীবা তাই।

য়াওজরকপা মগুণনা কাল্পনিক শক্তি লৈজবা, শিনফমনা লোইলম লৈবাক্কী শিল্লংবামা ( কর্মচারী ) ওইখিবা বঙ্কিমচন্দ্রনা কুপনা থিজিল্লবা মতুংদা জাতিসিনা মাংলমচত্তা নংখিবা মুংশি-

হৈত্রবা মীওৎ মীনৈগী অমস্নুং লান্দারকপা মীরৈবাকচাশিংনা-মচাক খরম কয়া নমথুনা লোবীখিবগী অকি তুজুংনীংঙাই ওইবা থোকখিবা থৌদোশিং ঐখোয়দা শং-শং উহল্লি।

ঙাকপীহৈবা অমস্নুং অখাং কনবনা ধর্ম পুন্নমকপু খেন্নবা লৈহনদনা থমলগা তোঙান তোঙানবা কৃষ্টি কলা কয়া তোংশিন য়ানশিন্নথুনা রোমান্তিক ওইহন্দুনা শেমগৎখিবা মাগী শক্তমশিংনি হায়বসি মমৈথংদা খণ্ডনরকলবস্নু মসিবু শাগৎনবগী য়ুমফম ওইখিবদি অপুনবা ভারতকী আত্মানা নংখিবা অথুঙৈগী অনুতাপ অমস্নুং মায়থীখিবগী মৈশা অথুনি অমস্নুং বৈদিক যুগ চণ্ডলকত্রিঙৈ মমাংদগী চৎনরমলবা চৎনবীশিং অথু রেনেসাঁসকী হৌনবী কখোকপা অমস্নুং হৈনীংবগী ঈহৌ অমগা লোইনথুনা মাগী উপন্যাসশিংদা চঙশিলহল্লি।

হিন্দু লাইনীংগী 'দ্বৈতবাদ' কী হৌরকফমদা তাংলগা মাগী উপন্যাসশিং অসি কয়ামুক য়াম্না ধর্ম খেন্নবগী ৱাখল্লোন যাওদবা মীওইবগী হৌনশা শাজৎকা চান্নবা ইরবগে হায়বসিনা খ্বায়গী য়েংনফম ওইনরি অমস্নুং মসিমক্লা 'আনন্দম' কী অশম্বা ৱারী ওইরি। অসিগুম্বা দ্বৈতনীতিগী ৱাখল্লোন অসিমকনা মীচং মীথায় নাইদবা শক্তি পুন্নমক্কী তুংনফম ওইবা (রূপক ওইনা শক তাকপদা 'পুরুষ' কৌনবা) লেঙত্রবা মহাক অথুবু অমস্নুং মহাক্কী থুংশেম হৈবগী থৌদোবু হায়বদি 'শক্তি' বু (মমা ওইবী, চঙজফম পীনবী, প্রকৃতি) মথেক শেংনা তাকই অমস্নুং উহল্লি। অসিগুম্বা মশাবু মশানা য়েংশিন্দুনা শেম শাজবনা মশাবু হায়নীংঙাই লৈতনা ফজহল্লিবা প্রকৃতিগী থৌদোসিনা মাবু 'ইমা' হায়না কৌনরিবসি মীওইবগী থোইদোক্লা যাফম থোকলবা ৱাফমনি, মুংশিবা অমস্নুং পোৎচাক্কী তাইবংপান অসিদা অসিগুম্বা খ্বায়দগী হেন্না থোংনৌরবা মহাউ অসিবু খঙবা তারবদি কৃষ্টি অমস্নুং কলাবু মীনুংশি য়াওনা থিজিল্লবতদা খঙবা ঙমই। মতবাদ অমগী ৱাখল্লোন

তাকুদনা অসিগুম্বা ইচম চম্বা যুক্তিবিদ্যাগী ৱা অসিনি ঐখোয়গী থায়নগী ধর্মগী লাইব্রিকশিংদা তাকলমলিবা। মতাংসিদনি অমগা অমগা য়েৎননবগী ব্র্যাফম থোকলকলিবসি।

লেং লেং চৎলবা অশং অমাননা অয়েকপগুম নিংথিজরবী বঙ্গদেশতা হৌজরকপা বঙ্কিমচন্দ্রনা লমদমসিবু অমসুং মাগী লমখৈ-নুংদা থোকখিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং, মওং মতৌশিং পুন্নমকপু হন্না হন্না পুথোকচরকপা মশানা তাবনি। অতুমকপু কনাগুম্বনা ফজববু থিদোকপা হৌগৎলকপদা নত্রগা মশাগী শেম শাবা হৈবগী কলাগী চাং ওনগে হায়রবদি অহানবদা মশামক্কী 'মহুম' অতুদগী হৌবা তাই অমসুং মাগী অকোইবদা নক্না লৈরিবা মওং মতৌ-শিংদুদা মাগী মশাগী লৈজবা মগুণশিংগী চাং য়েংবা হায়বসি অচুম্বা থৌদোনি। মপুংফাবা ( Absolute ) হায়বতু তমলকপদা যুক্তিবিদ্যাগী মত মতুংইন্না হৈথোই শীংথোইবা ঙাক্তনসু য়াদে।

বঙ্কিমচন্দ্র মশাদা ধর্ম অমসুং মরৈবাক নুংশিবগী মরমদা করম্বা ভাব-রস ফাওখিবগে হায়র্বসিগী মরমদা ফোঙদোকখ্রিৱৈ মমাংদা ঐখোয়না মাংজোননা খঙগদোবদি উপনিষদনা তাকলম্বা অচুম্বা হায়বতু করম ঙাক্কদগে হায়বসিনি।

মপান্থোংদগী য়েংবদা 'আনন্দমঠ' কী 'ইমা' গী য়েংহৈদ্রবা ফিভমতু উবদা 'সন্তান' শিংগী থম্মোয়দা ফাওখিবা চৈথেং খঙবদা থোইনা লুনা থোক্তে। অতুগা অমুকসু 'বন্দে মাতরম' গী শৈরোন্দা য়াওরিবা মরৈবাক নুংশিজবগী খোইথুমনরবা মহাউদুবু মহাউ তংবদা করিস্সু ৱাদে।

অসিগুম্বসিনা অথীংবা ৱা য়াওবা ধর্মগী ফজবীদা তাংবা, চুগম্নরবা, হান্না নৌখিবতু হোংফদে থাজবা পুন্নমকপু নাম্থোকহল্লি। ইমা লৈবাক্কী মতীক মগুণ থাতুনা শক্লকপা শৈশক্না মীগী মশাদা য়াওজবা থোং নৌবগী ৱাখল ফোঙদোকখ্রি। মরৈবাক নুংশিববু থৌগৎপদা 'অখুবনি' হায়নীংঙাই মরম সুপলৈ সৈতে। ধর্ম, শাগৈ,

জাত-কী রা চঙদে মফমতুদা, চুশিন্দুনা লৈহৌরগদৌবা, মতম চুপ্পদা অরোই অথম নাইদনা লৈহৌরগদৌবী মুপীতুগী মুপী ওইবীগী অথোৎ অমেংগী, লেমজবীগী মতৌনা মফমতুগী অশংবা লৌবুক্তা, লমহাংদা, উনারক্তা, তু-খোংদা, বসন্তগী ফৌরোই ইনবশিংদা।

পুকচেল শেংনা অমসুং থঙনীংবমা য়াওনা য়েংত্রগদি বঙ্কিম-চন্দ্রনা শিজিন্নরমলিবা 'যাবন' হায়বা কাংলুপ তাকপা রাহৈসি মহাক্তা শিজিন্নরিবা মওং অতুদগী হেন্দোক্তুনা উবা ঙমলোই। অতুগা অরোই অথম লৈতনা লৈহৌরগদৌবা ভারত সংস্কৃতিগী অচৌবা মীশক অমগী শক্তম য়েকলিবতু হিন্দু লাইনীংবু মীচং মীথায় নাইবগী মিৎয়েংলোমদগী য়েংলিবমথৈ কনানো হায়বা থঙবা ঙমলোই।

বঙ্কিমচন্দ্রনা ম্যাজিষ্ট্রেটকী ফম পায়বা মতমতু 'সিপাহীগী লালহৌ' হৌরমদাই তাঙ্গাদনি। মতমহুদা হৌরকখিবা কখোক-পগী ভাবনা কাংলুপকী ওইবা তঙাইফদে খন্নরম্বা রাখল্লোন পুন্নমকপু তাওথোকহনবা তোপক্লোপ তারবা মিৎয়েং অমা ওইখি। বঙ্কিমনা রাফম অদোমদা মাগী কলম থারমই, থাখিবা মওংদি কাংলুপকী অরীবা অহকপশিংতু পাম্বা মীশক্কুম্না তৌখিবা নত্তে, সুপনগী আধ্যাত্মিক স্বাধিনতা অমসুং অফা অপুন য়াওত্রবা, ইতিং তিংবা মীরমচৎকী রাখল্লোন পুরক্লবগীনি। মীওইববু ঈশ্বরগী 'মমি' ওইনা শেমলমলবদি মহাক মঙ মঙবা তাই, খম্বা তাই অমসুং মাগী মশাদা য়াওরিবা অফ ফত্তগী রাথল খনবা ঙম্বগী পাঙ্গল পুন্নমক শিজিন্নতুনা শেমগৎ শাগৎপা তাই—ধর্ম-চেনবা হায়বসি করিনো তারুবগী মসিদগী হেন্না তাকনীংঙাই অমা লৈত্রে। □

